ꯀꯕꯤ ꯂꯩꯇꯥꯡꯊꯦꯝ ꯔꯥꯝ ꯁꯤꯡꯍ

# কবি লৈতাঙ্থেম রাম সিংহ



শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

ꯀꯕꯤ ꯂꯩꯇꯥꯡꯈꯦꯝ ꯔꯥꯝ ꯁꯤꯡꯍ

# কবি লৈতাঙ্খেম রাম সিংহ

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ



মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল মণিপুর।

# কবি লৈতাম্থেম রাম সিংহ

*অইবাঃ মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ*

# Kavi Leitanthem Ram Singh

*Written by: Moirangthem Rajendra Singh*

**(Life and works of Leitanthem Ram Singh)**



*অহানবা ফোঙবা ঃ সেপ্টেম্বর ৭, ২০১০ ইং*
*(৮৮ শুবা মপোক কুমওন)*

*অফোঙবা ঃ মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল*

*কপী মশীং ঃ ৫০০*

*মমল ঃ লুপা ৭৫/-*

নম্ফম ঃ সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল কৈথেল অমসুং
এম.বি. কম্প্যুটেক, তেম্থা থোংখোঙ বজার

# শ্রী লৈতান্থেম রাম সিংহগা শকখঙনজরকপা

**ওবর এ কপ ওব টি**

খৃঃ কুম ১৯৭৮ গী নবেম্বর ২৭ নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুংথিল পৃং ৩ লোম তাবা মতমনি। থৌবাল কলেজদগী ঐহাক য়ূমলোমদা হল্লকই। থৌবাল কৈথেল মনাক্তা লৈবা থৌবাল তুরেলগী মথক্তা শাবা থোংগী ময়ায় য়োঁশিল্লকই। হৌজিক ঐখোয়না চৎনরিবা লান্নরিবা থোং অসি নত্তে, অতোপ্পা অমনি। হৌজিক্কী থোং অসি শাদ্রিঙৈদা অতোপ্পা থোং অমা লৈবম্মী। য়াম্না তোয়না মেরামট (রিপেযার) তৌরবা থোংনি। হৌজিক্কী থোং অসিগী মনাকমত্তদনি। মমাঙলোমনি। উপাক মথক্তা কোইলাস থাজিল্লি। হৱাগাড়ী চেন্নদা উপাক মথক্কী কোইলাস (উপাক অনীগী তাইনফম কোইলাস) অদু ময়ি পরেং পরেং শাংনা চৎপসু য়াওই। সাইকল তয়ার (চাকা) উপাক্তা চপকে তৌবসু য়াওই। নাক য়েত্তা থোইনা য়েংথোক্কুবা তৌদে, ঐগী সাইকল থৌফম লীক্লম অদুতবু য়েংই, মাঙলোমদা হৱাগাড়ীগা মায়োক্লগদ্রা খনবদগী নাক য়েৎতা লৈথোক্তবনি। মী অতৈসু থোং অদুদা অৱাং পাংনা অমসুং খা পাংনা চৎনরি। থোং লানথোকপা অদু মিকুপ নাহুম শিংবা তাবনি। অসিগুম্বা মতাঙ আসিদা মীয়াম মরক্তগী কনাগুম্বা অমনা খোঞ্জেন হৌরপ তৌনা *'ইবুংঙো রাজেন'* হায়না থোংগী অতোপ্পা নাকল অমরোমদগী কৌরকই। খোঞ্জেল অদু তাবদা সাইকলদগী কুমথরগা তাখিবা খোঞ্জেল অদুগী মায়কৈদা য়েংখি। *'ঐনি*

*ঐনি, অমুক্তা ঙাইখো'* হায়দুনা খূৎ থাংগৎলকখি। কৌরক্লিবা মীশক অদু ফৈজোম শেৎলি, অঙৌবা মচুগী ফুরিৎ লীৎলি, ঙ ণমদা ফিয়ান অমসু য়াল্লি। খোঙকাপ চাউরপ চাউরপ থাংদুনা চাউকান চাউকান কাল্লগা ঐগী নাক্তা চঙলকই। ইনাক য়ৌরকপদা নোকফেৎ তৌই। 'ওঝা' বু হায়দুনা ঐসু ভক্তি কৎলি। খল্লি করি হায়রক্কদৌরিবনো। হংজৈ ওঝাগী মফমাঃ

— ওঝাবু করি তাকপিগদবা?

— চৎলি, চৎনা চৎনা ৱারী শাসি।

চৎনা চৎনা অসুম লাকপনা থোং লালথোক্লে, মখা তানা হায়রকইঃ

— ইবুংঙো! হয়েং কলেজ কারক্কদ্রা?

— কারক্কনি ওঝাবু। (খুম্মী ঐনা, মখা তানা হংজৈঃ)

— করিগী ওইবীরবনো?

— কৈসুগী নত্তেদা।

ঐনা হংজবা ৱাহংগী পাউখুম পীবগী মহুত্তা মখা তানা ঐঙোন্দা হংলকখিঃ

— পূং কয়াদা কারক্কনি?

— তরা মখায়দা ঐগী ক্লাস লৈ, মদু নংনবা কারক্কনি।

— অদুদি খরা ঙন্না কারকউ, পূং ৯ অদুৱাইদা ঐহাক্না অমুক্তা উনসি।

— ওঝাবু মফমদি কদায়দা?

ৱারী শানা-শানা অসুম লাকপনা থৌবাল কৈথেল ময়ায় মপা চপ চানা য়ৌরে, ওঝানা খুন্নকইঃ

— কৈথেলসিদা, অসিগী হোটেল মমাঙ অসিৱাইদা। (খূদোনবীনা হোটেল লোমদা থিল্লি।) মতম অদুদা উমেস হায়না কৌবা নন-মণিপুরী অমগী হোটেল অমা লৈরম্মী, থৌবালগী মনুংদা মতমদুগী খ্বাইদগী চাউবা অথুম-অহাওগী হোটেলনি, হৌজিক্কী থৌবাল বোইজ জুনিয়র হায়স্কুল অসিগী ওপোজিৎ সাইডতনি। মফম অদুগী মনাক্তনি ওঝানা ঐবু উনসি হায়না খূদোনবীনা থিনখিবদু।

— ফনি ওঝাবু ঐহাক শোয়দনা পূং ৯ অদুৱাইদা য়ৌজরক্কে।

— ফরে চৎলো চৎলো থেঙলনি। 'য়াম্না সুম লৈহৌরগে।

— ফনি ওঝা! ঐহাক য়ৌজরগে।

করিগী ওইরিগদবনো খল্লি। য়াম্না লাঙতক্লবা অমা য়াওই। খন্না খন্না যূম য়ৌরকখি। য়ূমদসু খল্লিঃ চাক চাবদা, তূল্লমদাইদা, য়াহৌরকপদা, ঈরুজবদা, কলেজ কারমদাইদা। কলেজ কারকপদসু খল্লি, খন্না খন্না লাকই। নিংথমথাগী মতম ওইরবসু থোইনা নিংথম্না ফাওদে, করিগী ওইরমগদগে খঙনীংমনবদগী। উমেসকী হোটেল মপা য়ৌশিল্লক্কদৌরে। লাপতক মমাঙদা মমায় খা পাংনা ওন্দুনা ঐবু য়েংদুনা ওঝাদুনা ঙাইদুনা লৈবগী মওং অদু উবা ফংই। মনাক য়ৌশিল্লকলে, ঐনা হান্না কৌজগে খনবনি। অদুবু হানবদি নংহৌদ্দে, খল্লিগুদা হান্না হায়রকইঃ

— ইবুংঙো! য়ৌরকলেদনা?

— য়ৌজরক্কে ওঝাবু। (ওঝাগী মফমদা ভক্তি কৎলি।)

— হোটেলদা চঙসি, ৱারী শাশি।

অসি হায়দুনা ঐবু লমজিংদুনা উমেসকী হোটেলদা পুশিল্লি, ফাম্মিন্নৈ, চা থকমিন্নৈ। চা থক্লা থক্লা য়াম্না নুংশিনা হায়রকইঃ

— ইবুংঙোসু হন্দক সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু এৱার্ড ফংবদা য়াওরে তাবদা 'য়াম্না য়াম্না নুংঙাইখ্রে, ঐমক্লা হেক ফংবগা মান্নবা নুংঙাইজে। ইনাওনা অসুম্না এৱার্ড ফংলকপা অসি ঐখোয়গী লমদম অসিগীসু থৌবাল কলেজগীসু মায়নি, চাউথোকচনীংঙাইনি, নহাল মখৈ ঐখোয় ইবুংঙোগী মরমদা ৱারী শান্নরম্লিবনি।

— ওঝাবু মসি তান চারুবা হায়দুনি, ঐগীদমক্তদি য়াম্না লাইবক ফবা হায়বদুনি, ঐদি থোইনা খঙজ-হৈজবা নচ্চদে।

— ইবুংঙো! লাইবক অসি পাক হেক ফবিয়ু য়াবা নত্তে। লাইবক অসি হোৎনবগীসু মখা পোল্লি, ইবুংঙোগী লাইবক্লা ফনা ফদুনসু লাইরিক্তুবু ইরমদ্রবদি এৱার্ড অসি ফংলম্লোই। ইবুংঙোগী হোৎনজমল লাইবক্লা তম্নি। ইবুংঙোগী লাইরিক্তুবু করি কৌবগে?

লাইরিক্কী ৱা পল্লকপদা পিং লাউবা অমা ফাওই, ঐহাক হাইফেৎ ইকায়খি। নহাল মখৈ ওঝাগী মফমদা ঐগী লাইরিং : *ভারত-রাসিয়াগী ললোন ঈতিক* হায়বা অহানবা অমসুং অনীশুবা হায়না অনীথোক্লা খায়দোক্লুনা ফোঙবা, ঐনা এৱার্ড ফংগদৌরিবা লাইরিক্তু ওঝাগী মফমদা খূদোন তমখিদ্রি। মী অতৈদদি ফনা য়াম্না খূদোন তমখ্রেঃ লম্বীদা, ওফিসতা, হোটেলদা, ময়ূমদা। করম্না ওঝাদা খূদোন তমহৌদ্রিবনো খল্লুবদা ইকায়, ঙকই; মায় ঙাওলপ তৌই। মহৌশানা ঐহাক ইকায়রগা মায় ঙাওগল্লি, মীনসু ঐগী মায় উরগা ইকায়রে হায়বা লায়না খঙবা ঙম্মী। ইকায়রগা মায় ঙাওবসি তাইবঙ মীগী হৌনশানি, ইকায়বা খঙদ্রবদি মায় কয়া ঙাওনদে, কনাগুম্বা খরদি ইকায়রবসু মায় ঙাওদবা য়াওই। ইকায়রগা মায় ঙাওবসি ময়ামদগী ঐনা খরা হেল্লমগদ্রা খল্লি। কৈদৌবগী ওঝাবু চিংথরল্লিবনো হায়ফম খঙদে। ওঝাদি মথৌ মশক খঙবা, মী খ্বাইনা ইকায়খুম্নরবা, শক্লাইরবা অইবা অমনি। অইবা অমদবু করম্না অইবা লাইরিক অমা খূদোন তমহৌদবাঃ ঐনা মায় ঙাওবদু ওঝানা খঙলম্লগদ্রা খল্লুবদা অমুক্কসু ইকায়খি। ইকায়বা অমগী মথক্তা ইকায়বা অমা ননশিনখি। ইকায়রে হায়দুনা চেনবা য়াবা মতাঙসু নত্তে। মোরোক শারগা মৈতান অশাবদা চীন য়াইরগা (কাম্লগা) ফবগুম ঐনা ইকায়বসু ওঝানা খঙখিগনি ইকায়বদগী মায় ঙাওলম্বা অদু খূদক্তা ফখি। ইকায়বা অমবু ইকায়বা অমনা মায়থীবা পীখ্রে। ওইদবা অমা ঙাওদবা য়াদদুনা খূদক্তা ঙাওবা তাখি। মথক্তা পঞ্জখিবা ইকায়বা অনীগী মতাঙসি মিকূপ অমগী মনুংদা থোকখিবনি, অকনবা লড়াইনি, কুইথনা খম্মুরুবা য়াবা নত্তে। ওঝাগী পাউখুম খূদক্তা পীগদৌরিবনি, পম্মবা য়াবা নত্তে। শেমজীন-শাজিন্দুনা পাইরক্কী লৌশিং ওই করি ওই খুমজৈঃ

— ওঝাগা উনবা তান অমুক্তা চাদে, ঙসিদি ফনা তান চারে, ওঝাগী মফমদা লাইরিকসি কচ্চনীংবা কুইরবনি, ঙরাংসু কচ্চগে খনবনি অদুবু য়াওরক্তবনা ঙমজখিদে।

অসি হায়দুনা ওইদবা অমা ঙাওদুনা লাইরিক অনী অদুগী মনুংদা অহানবা শরুক হায়বা অদুগী কোপী অমা ওঝাগী মফমদা কৎলি। নুমিৎ অদু

ফনা লাইবক ফৈ। অহানবা শরুক্কী কোপী অহুম ঐনা কলেজদা লাকপদা খাউদা হাপ্তুনা পুরকই, নৎলমদ্রবদি অমুক্কসু ইকায়রমগনি, পুরক্লিবা অদুসু ওঝাদা খূদোন তমগে হায়না অতম্লনা অনীংবা অমা য়াওনা পুরকপা নত্তে, হান্না খাউদা অদুম য়াওজরবনি, খাউ অদু ঙরাং সাইকলদগী লৌথোকহৌদবনি। ঙরাং ওঝাগা উনবা অদুদা করিগীদমক লাইরিক য়াওই নীংশিংলুদ্রিবনো। কুইনা খন্দুনা লৈবা য়াবা মতাঙ নত্তবনি। ওঝাগী মফমদা মখা তানা হায়জেঃ

— অনীশুবা শরুক্কী কোপী অদুদি কলেজদা লৈহৌরে, হোরেল্লা হয়েংলা ওঝাগীদা পুজরক্কে।

— য়াম্না নুংঙাইরে ইবুংঙো।

অসি হায়রদুনা লাইরিক অদু ফাক্কুনা য়েংই, হেক হাংদোকপদা *১৯৭৮ গী সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু এৱার্ড ফংলবা* হায়না ইবা মথক্তা মখা ফন্না শাৎকায়রবা গুলাপ অমা য়েংপা লামায় অদুদা মুন্না য়েংই। ওঝানা থৱায় য়াওনা য়েংবা অদুদা ঐসু নুংঙাইবা ফাওই। ঙসাই ইকায়রম্বদু পূমকোক কোকখ্রে। মিনিট ২/৩ গী মনুংদা ঐগী মায়থোঙদা হোংদোক হোংজিন তৌরিবা অসি কনাগুম্বা অমনা লোন্না য়েংলম্বা তারবদি করিনো মাগী মায়থোং অসিনা অসুক থুনা হোংদোক হোংজিন তৌরবসিবু হায়না খনবদা অঙকপা অমা ফাওরমগনি। চেনা খরা ফাক্তোক্কুনা য়েংলগা মখা তানা হায়রকইঃ

— ইবুংঙো সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু এৱার্ড অসি করম্বা মখলগী এৱার্ডনো?

— পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুনা লৈখিদ্রবা মতুংদা *ফোর গ্রেটর সোভিয়েট-ইণ্ডিয়ান ফ্রেণ্ডশিপ* হায়বা ফণ্ড অমা খৃঃ ১৯৬৪ দা লিংখৎখি। *সোভিয়েট লেণ্ড* মেগাজিননা ফণ্ড অসি শাগৎলগা এৱার্ড অসি লিটরেচর, জর্নেলিজম, রাসিয়াগী ক্লাসিকেলগী লাইরিকশিং ভারতকী লোলদা হন্দোকপশিং, আর্টকী লমদা থোইদোক হেন্দোক্লবশিং, ভারত-রাসিয়াগী লৈনবা মরীদা ফজনা ইবশিং, লৈবাক অনীগী মরী ফগৎনবা হোৎনবশিং, মালেমদা শান্তি পুরক্লবা হোৎনবশিংদা পীবনি। পণ্ডিত নেহরুনা শান্তিবু

পাম্মজখিবা অদু নীংশিংবা ওইনা ফগু অসি শাগৎলগা এৱার্ডশিং অসি পীবনি। পণ্ডিতজীগী মপোক নুমিৎ নবেম্বর ১৪ দা এৱার্ড অসি য়েনথোকই।

— মণিপুরদগী এৱার্ড অসি ফংনখিবা য়াওরব্রা? কনা কনানা ফংখ্রবগে?

— ১৯৭৬ তা অরাম্বম প্রিয়োকুমারনা গোর্কিকী *এনিমিজ* হায়বা লাইরিক অদু মণিপুরীদা *য়েক্রবা* হায়না থোন্দুনা অনুবাদ তৌবগী এৱার্ড অসি ফংখি। মহাক্না মণিপুরগী ইহান হানবা এৱার্ড অসি ফংবা মীশক্নি। মথংদা হাকুম (১৯৭৭) নোংথোম্বম কুঞ্জমোহননা *সোভিয়েটকী লৈবাক্তা* হায়বা লমকোয় ৱারী লাইরিক অমা ইদুনা এৱার্ড অসি ফংখি। ঐনা কুমশিগী অহুমশুবনি।

ফনা কুইনা ৱারী শামিন্নে। নুমিৎ অদু ঐহাক্নীসু লাইবক ফবনি। ঐখোয়না হোটেল অদুদা ফনা কুইনা ফমজিন্দুনা লৈবা অদুদা উমেসতা থোইনা অকায়বা লৈখিদে, ঐখোয়না ৱারী শারিঙৈদা মী কা হেন্না হোটেলদা চঙলকখিদে। হোটেল মপু উমেস ঐখোয়গা হান্না খঙনবা মীনি, নন-মণিপুরী ওইজরবসু। ওঝাদুবু ইকায় খুম্নবা মীশক্নি, মহাক্না ওঝা অদুবু য়াম্না ব্যবহার তৌই। মহাক মণিপুরী ফজনা খঙই। ঐখোয়গী নাক্তা ফমদুনা ৱারী শাবদু মাসু তায়। ঐখোয়না শান্নবা ৱারী অদু নেহরু এৱার্ডকী ৱা ঙাক্তা নত্তে, ওঝাগীসু য়াওনা শাবনি। ৱারী শাবা অদুদা ওঝানা ঐঙোন্দা *'ইবুংঙো ইবুংঙো'* হায়, করিগুম্বদা *'ওঝা'* হায়রকপসু য়াওই, ওঝা হায়রকপা অদুদা ইশাসি শ্বাই লাউবগুম্বা তৌই হায়হন্নীংদে, তৌবগীদি ওঝাগী শিনফমদা চঙলুরবনিনা 'ওঝা' হায়না হায়রকপনি। য়াম্না তোয়নদি হায়দে ২/৩ লকুম্বদনি। *'ইয়াম্বা ইয়াম্বা'* হায়না তোয়না পনবিবা অদুদদি হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজে, ঐহাকপু মনাওদা মনাও ওইনা খনবীবনি হায়না পূক্লিংদা ফাওই। 'ইবুংঙো' হায়বা অদুদসু অসুক্কী মতীক নুংঙাইজে। মরক মরক্তা (২/৩ লক্তা ওইরমগদ্রা) 'ইপানা' হায়বা ৱাহৈ শীজিন্নরকপা অদুদসু য়াম্না নুংঙাইজে, মচাগুম্না খনবীবনি হায়বগী নুংঙাইবা ফাওই। ওঝাগী মফমদা মখা তানা হায়জৈঃ

— ৱারীসু ফনা নুংঙাইরি, অদুবু ঙরাং ওঝানা ঐবু উন্দসি তাকপীখিবদুবু করিগী ওইবিরবনো, মদুগী ৱাফমদি ইপনবু পন্নদ্রি।

— ঙসাইনা পন্নরেনা, ৱারীসি শানীংবদগীনি, অতৈগী নত্তে, ইবুংঙোগা চা থকমিন্নদুনা ৱারী শাবসি পামজবদগী নহাকপু উনসি হায়বনি। ইবুংঙোবু তরাম্না অমুক্তা ওকচগে খন্দুনা ইয়াম্বনা ঙরাং ইবুংঙোদা বার্তন তৌজবনি।

— ওঝানা ঐবু নুংশিবিবসি করিনা লমন শিংজবা ঙমগনি।

— করিনো ইবুংঙো লমন শিংবা হায়ববো, ইবুংঙোগা লোয়ননা নুংঙাইমিন্নবা হরাওমিন্নবা অসিনি, অসিমুক নুংঙাইবা লৈত্রে। এৱার্ড ফংই তাবদা ইবুংঙোবু তরাম তরাম্না অমুক্তা ওকচগে খন্দুনা চা থকমিন্নরগা ঙসিগী থৌরমসি পাঙথোকপনি।

--- ওঝানা ঐগীদমক খনবিবা, ঐবু পোকতা পোকমিন্নবা মনাওমক্লি খনবিবা অসিগীদমক ঐহাকসু নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈত্রে, ওঝানা ঙসি ঐঙোন্দা নুংঙাইবা ফোঙদোক্তুনা তরাম্না তৌবিবা অসিগুম্বা অমত্তা এৱার্ড অসিগা মরী লৈননা কনাগুম্বা অমত্তনা তৌবিখিদ্রি।

— ইবুংঙো মসি তৌফম থোকপনি। ঐসু ঐগী থাক্তা ঐনা ঙমজবা ঐগী নুংঙাইজবা ফোঙদোক্লিবা অসিনি।

— য়াম্না নুংঙাইজরে ওঝাবু।

— কলেজ মতম য়ৌরক্লে, থেঙঙনি কলেজ য়ৌরো, থোক্লসি।

ঐনা হৌগৎকে তৌবদা ওঝানা উমেসকী নাক্তা পরপ পরপ চঙশিনখি, চাগী শেল পীগে তৌই। ওঝাবু 'ঐ পীজগে' হায়দুনা ফুরিৎখাউদগী শেল লৌথোকই। *'ইবুংঙো মদু য়াদে, 'য়াম্বনা চাগী শেল পীরগা অসুক্কী মতীক নুংঙাইজগদৌরিবনি, নহাক্তি ঙসি ঐগী অতিথিনি, ঐনা নহাকপু তরাম্না ওকপনি'* হায়দুনা ওঝানা চাগী শেল পী। উমেস ঙাইহাক্তং তঙক তঙক য়েংদুনা লৈ। কাইনথংদা ওঝাদগী শেল লৌশিনখি। *'ইবুংঙো 'য়াম্বা লৈহৌরগে'* হায়রগা লৈহৌই। *'ফনি ওঝা'* হায়দুনা ওঝাদা ভক্তি কৎলম্লগা কলেজ তান্না চৎলি।

খৃঃ কুম ১৯৭৮ গী সোভিয়েট নেহরু এৱার্ড য়েঙ্খোকপগী থৌরম ন্যু দিল্লিদা মহৌশাগুম জৱাহরলাল নেহরুগী মপোক নুমিৎ নবেম্বর ১৪ দা পাঙথোকখি। নোংপোক ভারতকী ওইনদি ডিসেম্বর ১৯ দা কোলকাতাদা পাঙথোক্কদৌরিবনি। মদুদা ঐহাকসু শরূক য়ারুগদৌরিবনি। অদুগীদমক্তা মতম

ঙাইদুনা লৌবিবনি। মদুগী ৱাখলদা ঙাওদুনা লৈবিবনি। নোংপোক ভাবতকী সোভিয়েট লেগু নেহরু এবার্ড কমিতিগী সেক্রেতরি হি ত্তি গুহানা শোযদনা লাকতবা যাদে হাযদুনা টেলিগ্ৰাম তত্তনা তৌবকই। অসুম্না পূক্লিং লাঙলিঙৈ-নুংঙাইবিঙৈ মতমসিদা খ্বাইনা ইকাযখুম্নবিবা শক্লাযববা অইবা অমসু ওইববা ওঝা অসিনা ঐবু নুংশিবিবা, মনাওমক্লি খনবিবা, ঐবু তবাম্না তৌবিবা অসিদা অমুক্কা হেন্না হবাওবা অমসুং নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউদুনা লৈবগুম তৌখি। অদুগা মীওইবগী নুংঙাইবা অসি শেলনা লৈবা ফংলোইদবা নুংঙাইবসু লৈবোইবে খঞ্জখি। এৱার্ড অসি পীননবা ঐবুসু যাওনা খর্নাবিবকপা অদুদা নুংঙাইমর্নাখবনা ইমান্নবা মরূপ মপাং অমদি তিন্নজবা কযাদা চামিন-থর্কমিন্নখিবা কযার্বুদি যাওখি। মদু পূম্বা ঐহাক্লা নুংঙাইবা ফোঙদোকচবনি। ঙসিগী থৌদোক অসিদি মশাগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা ঐবু তবাম্না ওর্কপিবনি। ঐনা শীনবা নত্তে। মতম যৌবক্লদুনা কোলকতাদা চৎতুনা এৱার্ড লৌকববা মতুংদসু কনা অমত্তনা ঐবু তবাম্না ওকপগী থৌনম পাঙথোকখিদে। ঐনসু মাযকৈ অদোমদা থোইনা খোযজঙলুদে। ঐহাকপু তবাম্না ওকপিখিবদি ওঝা অসিতনি। ওঝা অসি মশাগী চহী ৫৬, থা ৩ নুমিৎ ১৫ নি শুবা খৃঃ কুম ১৯৭৯ গী ডিসেম্বব ২২ দা তাইবঙ চেঙজেন লোইবদুনা ঐখোয খ্বাই পূম্নমকপু থাদোক্লম্লগা লাইবক্লেন্দা মপু মাগী লৈকোন্দা মাগী আথ্বানা হৈনম লৈনম তিনবগুম তিনখি। ওঝা অসি লৈখিদ্রে হাযবা পাউ তাবদা থম্মোয শোক্লা নুংঙাইজখিদে। মহাক্লা ঐবু থৌবাল তুবেলগী থোং মথক্তা ঐবু কৌবকখিবা *'ইবুংঙো বাজেন, ঐনি ঐনি'* অদুগা হোটেলদা তোযনা তোযনা *'ইবুংঙো 'যাম্বা'* হাযবা খোঞ্জেন অদু তত্তনা ঙসিসু তাবি। অদুগা থোং মথক্তা খূৎ থাংগৎখিবা, চাউকান চাউকান কান্দুনা ঐগী না া লাক্লগা নোকফেৎ তৌখিবা, উমেসকী হোটেল মমাঙদা মমায মখা পাংনা ওন্দুনা লেপ্লগা ঐবু ঙাইখিবা দৃশ্য পূম্বা ঙসিসু মাগী মিং পন্নবকপদা ঐগী ৱাখন্দা ফাওবকই, *'মহাক্তনা ঐবু তবাম্না ওকপিখি'*।

চাক চাবা অমা চামিন্নদুনা নুংঙাইমিন্নবা, চা থর্কমিন্নদুনা নুংঙাইমিন্নবা থৌদোক কযা ঐগী পুন্সিদা থোকখ্রে। চা থকমিন্নদুনা খন্নবা নৈনবা তানবা

কয়াগী মতাংদা *ওবর এ কপ ওব টি হায়ব্রা ওন এ কপ ওব টি* হায়বা করিনো ইংরাজি ব্রাহে অসিগী মখাদা থৌরম কয়া পাঙথোকপগী ব্রাফম থেংনখি। উমেসকী হোটেলদা ওবর এ কপ ওব টি/ওন এ কপ ওব টি-গী থৌরম পাঙথোক্তুনা ওঝানা ঐবু রিকগ্নিসন পীবিখিবা অমসুং তরাম্না ওকপিখিবা অসিদি ওন্থোক্না মমল য়ামখ্রে। মতম অদুদা চা গ্লাস অমগী মমল শিকি অমতনি। (লুপা ০.২৫)। শিকি পীবা চা গ্লাস অমমম থকমিন্নদুনা থম্মোয়গী নুংঙাইবা ফোঙদোকমিন্নবা, থম্মোয় মশক খঙমিন্নবা, লৌথুপ লৌকোই লৈতনা থম্মোয়গী অশেংবা ব্রা তেংনা ফোঙদোকমিন্নবা, লুপা লাক্ষ লাক্ষকী ভেল্যু ওইগদবা লৌকিক প্রেমবু নাথৈদুনা পাতান্দা নরক কোমদা থম্লগা অলৌকিক প্রেমদা শিকি পীবা গ্লাস অমনা স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংমিন্নবা অসিগুম্বা মহাআনন্দ অসিদি লুপা কোটি কোটি পীবা পোৎনা কৈদৌঙেদা মহূৎ শিনবা য়ারোই। নীংশিংই মতাঙ অসিদা মহাভারতকী ব্রারীঃ শ্রীকৃষ্ণদগী 'হরে কৃষ্ণ' হায়বা কৃষ্ণ নামনা লূম্বা হেল্লি হায়বা মতাঙ অমা। নাপল কারবী সত্যভামানা মাগী সনা লুপা হীরা মণিমুক্তা কয়া পুথোরক্তুনসু, দ্বারকাদা লৈবী শ্রীকৃষ্ণগী বনিতাশিংগী খ্বাইদগী মমল য়াম্বা লৈতেং পুথোরক্লবসু শ্রীকৃষ্ণনা লূম্বা মহেনবা অদুগা মমল য়ান্নবা মণিমুক্তা সনা লুপাদগী হেন্না লূন্নবা শ্রীকৃষ্ণদগীসু মাগী ভক্ত উদ্ধবনা 'হরে কৃষ্ণ' হায়বা নাম শোন্দুনা হেকপা তুলসী পত্রনা লূম্বা হেনবগুম শিকি অমা পীবা উমেসকী হোটেলগী ওবর/ওন এ কপ ওব টি-গী মতাঙ অসিদি শিকি পীবা চাদুদগী লূম্বা হেনগদবা অতৈ মমল য়াম্বা পোৎ অমা লৈত্রে হায়না খঙ্খি।

ঐবু তরাম্না ওকপিখিবা, ঐহাকপু রিকগ্নিসন পীবিখিবা ওঝা অসি অতৈ কনা নত্তে, মতম অমদা থৌবাল মায়কৈদা সাহিত্যগী লৈকোন্দা নাইতোম শাৎখিবা অদুগা মাগী মমিং মণিপুরগী কাচিন কোয়া য়ৌনা শন্দোকপা ঙমখিবা, মথৌ নিংথীনা পাঙথোকপগীদমক খৃঃ কুম ১৯৭৭ তা অফবা খনগৎলবা ওঝা অমা ওইনা নেসনেল এব্রার্ড অদুগা ১৯৭৮ দনা ষ্টেট এব্রার্ড ফংখ্রবা থৌবাল কলেজগী গোবর্নিং বোডিগী মেম্বর অমা ওইরম্বা খ্বাইনা ইকায়খুম্নখিবা নুংশিজরবা শ্রী লৈতাঙ্থেমগী ওঝা রাম সিংহনি। ওঝা

রামসিং কনানো হায়বা মতম অদুদা লমদম অশেংবা খঙনদবা য়াওখিদে। মরম্দা নত্তে, শক্তিদা নত্তে মাবু খঙনখিবসি— মাগী তোপ তোপ্পা গুণ, মথৌ নিংথীনা তৌবা, নীতি চুম্বা, ...ইত্যদা অবদান, সমাজ কর্ম্মী ওইবা অসিনচিংবা কয়াদগী মাবু মশক খঙবনি।

ইহান হান্না মাগী মিং ঐহাক্কা খৃঃ ১৯৫৫ দা খোংজোম এম ই স্কুলদা ক্লাস সিক্স তম্লিগৈদা তাখি। মতম অদুদা মহাক্কী লাইরিক উপন্যাস *জাৎ ওনবা* ইহান হান্না পাবা ফংজখি। লোন্না পাবনি। অঙাংনা নুংশি নুংঙোনগী লাইরিক পাবা ফত্তে হায়দুনা পাহন্নরমদে। কবি কমলগী *মাধবী* সু পানীং পানীং পাহল্লমদে। অদুবু পানীংমনবদগী লোন্না লোন্না মাধবী অমসুং জাৎ ওনবা পাখি। ঐগী লৈকায় অদুদা লাইরিক পাবা ঙম্বা মী অমবু পাহল্লগা লৈশাবী পাখঙশিংনা কোয়না ফম্লগা তাবা অসি চৎনরম্মী। নোংমা লৈশাবী অনীনা (ইথক্কীনি, ঐদি অঙাং ওইরি) কদায়দগীনো খঙদে মাধবীগা জাৎ ওনবগা পুরক্কুনা ঐবু পাউ হায়রে। ঐনা পাই, মখোয়না তায়, মখোয় অনীদা নত্তে, ৪/৫ শুই, ইচে অহনসু য়াওই। অসুম্না ওঝা রামসিংহগী মিং অসি ঐহাক্কা ক্লাস সিক্স (১৯৫৫) তম্লিগৈদগী তাখি। অদুগী তুংদা ঐহাক্কা থৌবাল কলেজদা ওঝা ওইনা য়াওরক্লবদা ওঝাগা শকখঙ মায়খঙনখি। ঐহাক্কা কলেজ চঙলকপদা ওঝা অসি গোবর্নিং বোডিগী মেম্বর ওইনা য়াওরম্মী। অদুবু কলেজনা ১৯৬৯ দা গ্রান্ত ইন এইড ফংবা কলেজ অমা হেক ওইরকপগা লোয়ননা নিয়মগী মতুং ইন্না অনৌবা মেম্বর খল্লকপা তাখি। মতম শাংনা খৃঃ ১৯৬৩ দগী চহী ৬ কলেজগী অৱা পোৎলূম পুরক্লবা মতুংদা খৃঃ ১৯৬৯ দা গোবর্নিং বোডিগী মেম্বর ওইরম্বদগী পোত্থাখি। জি. বি.-গী মেম্বর ওইদ্রবসু কলেজগী ফঙ্কসন খুদিংমক্তা বার্ত্তন ফংলবদি হেক্তমক য়াওই।

খৃঃ ১৯৭৬ তা ওঝাগী মীহূৎ অমা ওইনা ঐহাক থৌবাল কলেজগী গোবর্নিং বোডিগী মেম্বর ওইখি। ওঝাশিংগী মীহুৎনি। সরকারগী নোমিনি ওইনা মতম অদুগী থৌবালগী ইন্সপেক্টর ওব স্কুলস ওইরম্বা আই দাওজি সিংহসু গোবর্নিং বোডিগী মেম্বর ওইখি। নোংমা কলেজগী জি. বি.-গী মীতিং তৌবা অমদা ইন্সপেক্টর অসিনা ওঝা রামসিংহ অসি নেসনেল এৱার্ড

ফংবা য়াবা মীশক্লি, মাগী মাঙদা ফংনখিবশিং অদুদগী মানা করিসু তাবা নত্তে, বেকিং লৈরবদি শোয়দনা এব্বার্ড ফংগনি হায়খি। ইন্সপেক্টরগী ব্রাঙাঙদু তাবদা ঐহাক থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইখিদে। অসিগুম্বা মীশক অমদা করিগীদমক অখন্নবা উপাধি পীরোইদৌরিবনো, করিগী ইকায় খুম্নরোইদৌরিবনো, মীচঙ শঙ্গ ফদ্রবদি অফবা মীগী চন্নফম লৈরোইদবা তাইবঙলা, ব্রাচৎ-ব্রানোম তৌদ্রবদি এব্বার্ড ফংবা য়ারোইদৌরিব্রা খনখি। অদুবু পামদ্রবা থৌওং কয়ানা য়োল্লবা ঐখোয়গী খুন্নাই ওইজরবসু মৈবু ফিনা কৃপ্পুনা থম্বা য়াদবগুম, নারক্তা শাৎলি হায় হায়দুনসু লৈনম্না ব্রা ব্রা লাউনা শন্দোরক্লবদবু কনানা অখন্নবা লৈ শাৎলি হায়বা খঙনরোইদবা লৈতে। মীপূম খূদিংনা ওঝা রামসিং, ওঝা রামসিং হায়নরকখি, শোন্নরকখি। অসুম্না শোন্নরকপা ঙাঙনরকপা অসিগা লোয়ননা খৃঃ কুম ১৯৭৭ অমসুং ১৯৭৮ দা মথৎংশিংনা ওঝা অসি নেসনেল এব্বার্ড অমসুং ষ্টেট এব্বার্ড পীদুনা ইকায়খুম্নখি। অসুম্না 'ওঝাবু শক খঙবিদুনা ইকায়খুম্নরবা অসিগুম্বা শক্লায়রবা মীশক অমনা ঐহাকপু তরাম্না ওকপিখিবা অসিগীদমক ঐহাকসু ঐহাক্কী হোৎনজমন অমসুং পোকচমন মহয় য়াল্লে খঞ্জখি অদুগা অতৈ খ্বাইনা খঙবিদ্রবসু ওঝানদি শকখঙবিরে খল্লুবদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি। ওকপগী মওংদা হোটেলদা ওবর এ কপ ওব টি-গী থৌরম পাঙথোক্কুনা ওকপিখিবনি।

অসুম্না খৃঃ কুম ১৯৭৮ গী নবেম্বর ২৭, নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুংথিল পূং অহুমলোম তাবা মতমগী থৌবাল কৈথেলগী থোং মথক্তা থোকখিবা থৌদোক অমসুং মথং নুমিৎকী অয়ুক পূং ৯ লোম তাবদা উমেসকী হোটেলদা চা থকমিন্নদুনা ঐবু ওকপিখিবা থৌদোক ঐগী থম্মোয়দা য়েক্কুনা লৈখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবালগী মশাগী নৌনা খল্লবা খৃঃ কুম ২০০০ গী প্রসিদেন্ট ইকায় খুম্নজরিবা ওঝা আই এস অকোইজমনা ওঝা রামসিংহগা মরী লৈননা পরিষদকী চেফোঙ *য়েন্নীং* পুথোক্কনি হায়না ঐঙোন্দা পাউদম্বা অমসুং কন্যা গার্লস হায়স্কুল, থৌবালগী পব্লিক হোলদা 'জাৎ ওনবা' দ্রামা শান্নখিবা মতমদা অদুগা করি করিগুম্বা মতমদা ওঝাগী ব্রাবী শান্নরকপা মতমদা থম্মোয়দা য়েক্কুনা থমখ্রবা থোং ময়ায়গী অমসুং

উমেসকী হোটেলগী দৃশ্য অদু মাঙদা তত্তনা ফজনা হেক্তা ফন ফন চোংথোরকপগুম তৌই অদুগা মহাক্কী মিরবা খোঞ্জেন অদু ময়েক শেংনা হেক্তা তাবগুম তৌরি।

সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু এব্বার্ড ফংবদা অখন্নবা ভদ্রলোক খরদগী তোঙান তোঙানবা রিএক্সন ফংখি। হরাওবা অমসুং নুংঙাইবা অমা য়াওনা থৌবাল কলেজগী ওঝাশিংবু চা অমমম থকমিন্নসি হায়না অখন্নবা মীফম অমা থৌরাংজখি। মীফম অদুদা ডা. এন জি নবচন্দ্র সিংহ (মণিপুরী) না পাঙথোকখিবা থৌরম অসি ওঝা রাজেন্না শীনগদবা নত্তে, ঐখোয়না ওঝাবু ওকপগী থৌরম পাঙথোক্তুনা ওঝাবু ইকায় খুম্নবা উৎকদবনি, পাঙথোক্লিবা থৌরমসি ওন্ন-তৈনরবনি হায়বিখি। অদুবু ওঝানা হান্না শীনবিরবনিনা নুংঙাইমিন্নবা হায়বা অদুনি হায়না মখা তাখি। অদুম ওইনমক মতম অদুগী কলেজগী প্রিন্সিপাল ইন-চার্জ পুবীরিবা অদুনদি ওহ্নোকপা ব্রাফম অমা থম্বীখি। মতম অদুদা কলেজগী প্রিন্সিপাল শ্রী নোংথোম্বম শামু সিংহগী মহূত্তা সেনিয়রমোষ্ট ওইবা লেকচরর অমনা প্রিন্সিপাল ইন-চার্জ ওইরি। মহাক্কী মফমদদি ঐগী লাইরিক অদু এব্বার্ড ফংবদা মতীক চাদে, ইভালুএসননি হায়রগা ইভালুএসন করিনো খঙদে, করম্না কনানা রিভিয়ু তৌরিবনো হায়বগী অঙকপা ফোঙদোকখি। মদুগী পাউখুম ওইনা ডা. খুমুকচম তোম্বা সিংহ (ইংলিশ) না খূদক্তা ঙম্লগা মাসু ইয়ুদনা মীগী নোক্লদোই শরুক হায়খি। নোংমা মণিপুর কলেজ, ইম্ফালগী ওঝা এল. সদানন্দ থৌবাল কলেজদা লাকপদা মহাক্লা ঐগী লাইরিক অমসুং এব্বার্ডকী মতাঙদা ব্বারী শাবা হৌরকখি। ঐহাক্লা মঙোন্দা লাইরিকশিংদুগী কোপী অমমম প্রজেন্ট তৌই। নুমিৎ অদুদসু প্রিন্সিপাল ইন-চার্জ অদুনা ঐগী লাইরিক অদুগী থাক নেম্বগী ব্রাফম পুথোরকখি। ওঝা ডা. তোম্বনা হায়খিবা অদুমক্তা মান্ননা ওঝা সদানন্দসু প্রিন্সিপাল ইন-চার্জ অদুদা "ওঝাসু হেন্না ফবা লাইরিক পুথোকপিয়ু" হায়খি।

থৌবাল কলেজদা ওঝা ওইমিন্নবা ডা. এন জি নবচন্দ্র সিংহ (মণিপুরী) দি ঐবু ওকপগী থৌরম পাঙথোক্লবা শীঞ্জনীংবনি। ওঝাশিংগতা নত্তনা ছাত্র-ছাত্রীশিংগা পূন্না ফাওবা পাঙথোকমিন্নবা পাম্বনি। অদুবু ঐহাক্লা ওঝাশিংবু

চামিন থকমিন্নদুনা নুংঙাইবা ফোঙদোকচবা অদুনা হানমনখিবা অদুগীসু মথক্তা কলেজগী প্রিন্সিপাল ইন-চার্জ ওইরিবা মহাক অদুনসু ওকপগী থৌরম পাঙথোকনীংদবা অদুদা ওঝা নবচন্দ্র সিংহগী অনীংবদু অদুম পাঙথোকখিদ্রে। ঐগী লাইরিক মতীক চাদ্রে হায়বা অদুদা ওঝা ওইমিন্নবা মণিপুরীগী লেকচরর লৈশাংথেম বীরসু নুংঙাইতবা খরা পোকপগুম তৌমাল্লে। চা থকপা লোইনরকপদা তূমিন্না লৈরম্বদগী হৌগত্তুনা ওঝা রাজেন্না ভোল্যুম অনী থোক্লা পুথোক্লিবা লাইরিক অসি অচম্বা নত্তে, কুমশিগী এৱার্ড অসিগী থাগৎলকপা লাইরিক ৩০০ লোম হেনবদগী খনগৎলবা লাইরিক ১৭ কী মনুং চল্লবনি হায়খি।

মতম অদুদা ঐহাক কম্যুনিষ্ট পার্টি ওব ইণ্ডিয়া (সি পি আই) ৱাংজিং তেন্থা লোকেলগী এক্সিকুট্যিব মেম্বর অমা ওইরি। নোংমা ৱাংজিংদা ঐহাক্লা নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা পার্টিগী কার্ড হোলডর অমসুং পার্টিবু নুংশিবিবা মীওই কয়াগা লোয়ননা চা থকমিন্নখি, মদুদা ডা. এম নরসিংহনা এৱার্ড অসিগী মতাঙদা ৱা ঙাঙখি। থৌরম অদুসু ঐহাক্লা নুংঙাইজবা ফোঙদোকপা ওইনা শীঞ্জবনি। মতুং খরা লৈরগা গান্ধী মেমোরিএল হোল, ইম্ফালদা খৃঃ ১৯৭৯ দা ইন্দো-সোভিয়েট কলচরেল সোসাইটিগী মীফম অমা পাঙথোকখি। মীফম অদু মতম অদুগী চীফ মিনিষ্টর শ্রী রাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহনা অথোইবা মীথুংলেন ওইরগা পাঙথোকপনি, মহাকসু সংস্থান অদুগী অখন্নবা মেম্বর অমনি। শ্রী ঙাঙোম মহেন্দ্র সিংহ (মতম অমদা এম. পি. ওইখিবা) না মীফম অদুদা সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু এৱার্ডকী মতাংদা ফজনা ৱা ঙাঙখি। অরাম্বা প্রিয়োকুমার, নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন অমসুং ঐহাক্লা এৱার্ড ফংবগী ৱাফম ঙাঙখি। হায়রিবা থৌরম অদুসু ওকপগী থৌরম নত্তে চুম্নতা সংস্থান অদুগী মীফম পাঙথোকপদা পল্লকপা ৱাফম্নি। মতুং চহী খরা লৈরগা খৃঃ কুম ১৯৮২ গী ওক্টোবর ১৭ তা থৌবালগী কোটেজ ইন্দস্ট্রিজগী ট্রেনিং কম প্রদর্শন সেন্তরগী হোলদা থৌবাল কলেজগী প্রিন্সিপাল শ্রী নোংথোম্বম শামু সিংহনা থৱায় য়াওনা হোৎনদুনা ইন্দো-সোভিয়েট কলচরেল সোসাইতি, মণিপুর য়ুনিটকী মঙাশুবা ষ্টেট কনফরেন্সকী মীফম

চাক ঈশিং য়াওনা শীন লাংখি। মদুদা ঐহাকসু 'ইন্দো-সোভিয়েট কোওপরেসন এন্দ এ ন্যু ৱার্ল্ড ইকোনোমিক ওর্দর' হায়বা পেপর অমা প্রজেক্ত তৌদুনা পাথোকখি। থৌরম অদুদসু শ্রী ঙাঙোম মহেন্দ্র সিংহনা সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু এৱার্ডকী মতাঙদা ঐহাক্কী মিং পন্দুনা মাগী রিপোর্ট পীবদা ঙাঙবিখি। অদুম ওইনমক থৌরম অদু পাঙথোকপদা ওকপগী শরুক য়াওনা পাঙথোকপদি নত্তে।

**ওঝা রামসিংনা ঐঙোন্দা পীবিবা য়াথং অমসুং মঙ্গলাশীর্ব্বাদ**

নোংপোক ভারতকী ওইনা খৃঃ কুম ১৯৭৮ গী সোভিয়েট লেণ্ড নেহরু এৱার্ড য়েন্থোকপগী থৌরম চহীদুগী ডিঃ ১৯ দা কলিকতাদা পাঙথোকখ্রে। এৱার্ড লৌরুরবা মতুংদা নোংমা ওঝা রামসিংগা ৱারী শাবগী তাঞ্জা অমসু ফংজখি। কলিকতাদা থোকখিবা থৌদোক পূম্বা ওঝাগী মফমদা চিংখ্রদনা তমজে। ওঝানসু ঐনা পাউদমজবা অদু মুন্না তাবী। নুমিৎ অদু খৃঃ কুম ১৯৭৯ গী জানুৱারীগী ৫, ইরাই নুমিৎনি। ফনা কুইনা ৱারী শান্নরবা মতুংদা ওঝানা য়াম্না চাংলেম্না তপ্না হায়বীখি–

— ইবুংঙো কলম পায়বা লেপকনু, ইবা লাইরেক্কনু, থৌবাল মায়কৈসি অইবা মশীং য়াম্না ৱাংলি, এৱার্ড অমা ফংলে অদুনা তোকথোক্কনু, পোত্থাবা লৈতনা হোৎনৌ, অনৌ অনৌবা লাইরিক পুথোকসি। অইবা মশীং য়ামহনসি।

— হোৎনবা য়াবা হোৎনজগে, অদুবু খঙদে করিবু ইগদবনো হন্দক্কীসিসু পাবদা নুংঙাইবা নত্তে, কদ্রক কদ্রক লাউবা লাইরিক্নি।

— কনাগুম্বা মীওই খরদা কদ্রক কদ্রক লাউরম্বা য়াই অদুবু কনাগুম্বা খরদদি য়াম্না মরুওইবা ওইরমগনি। করিসু লৈতবা লাইরিক ওইরগবু হেক্তমক লাইরিক অমা ইরে হায়দুনা এৱার্ড পীবা য়াবা নত্তে, ইয়াম্বনা হায়রিবসিনি ইবা লেপকনু।

— ওঝাগী কৃপাদগী মথং মথং ইবা ঙম্বা ওইজগে।

— শোয়দনা ঙম্বা ওইয়ু, মায়পাকপা অইবা অমা ওইয়ু।

অসি হায়দুনা নুমিৎ অদুদা ওঝানা ঐঙোন্দা ইবা ঙমজনবা মঙ্গলাশীর্ব্বাদ পীবিখি। অদুগী থৌনাগা ঈরোয়ননা খৃঃ কুম ১৯৮৩ দা *রংজিং তুরেল*

*তূথৈরোল, হৈরেম খুঞ্জান চুম্বরম* অমসুং *হৈরেম খুঞ্জান শৈথারোল* কৌবা লাইরিক মচা অহুম ফোঙবা ঙমজখি। অদুবু ওঝাগী পাউতাক অদুবু যৌওইদবনি হায়গদ্রা নৎত্রেগা করিগুম্বা অমদগীনি হায়গদ্রা মতম শাংনা কলম পায়দুনা ইবগী থবক্তু থাদোক্লরে। কলম পায়বা লেপকনু, ইবা লাইরেক্কনু হায়বা ৱাফম অদু পূমকাউ কাউথোক্লরে। মসিগীদমক তোল্লবনা লৈখিদ্রবগী আত্মাদা লাঞ্জরে হায়বা ৱাফমসি থমজবগা লোয়ননা ঙাকপীনবা চঙজরি। খৃঃ কুম ১৯৯৮ দা থৌবাল কলেজনা চহী ৩৫ মপূং ফারকপা কলেজ ফাউন্দেসন ডে আগষ্ট ৮ দা থোকপা অদুদা ওঝা রামসিং অমসুং অতৈ কলেজগী লৈখিদ্রবা ফাউন্দর মেম্বরশিংগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি পীজবগা লোয়ননা পুস্পাঞ্জলি কৎতুনা তৌবিমল খঙবা উচ্চনীংবগী ৱাখল ফাওরকখি অদুগা ঐখোয়গী ইরক্তা হিংদুনা লৈরিবা জি বি মেম্বরশিংগী মফমদসু ইকায়খুম্নবা উচ্চনীংখি। মখোয়না তৌরম্বা অবদানবু শীংথাদুনা পমফ্লেট অমসুং লীফলেট-নচিংবা কয়া ইরগা ছাপা তৌদুনা ফোঙজখি। মদুদা চঙবা খরচ পূম্বা কলেজ ফণ্ডদগী কাইবিনবা কলেজ অথোরিতিদা হায়জবা তৌদনা ইশানা পুথোকচদুনা ছাত্র-ছাত্রিশিংদা ওঝা রামসিং অমসুং অতৈ মেম্বরশিংনা লৌবিখিবা থৌদাং অদু খঙহন্নবা হোৎনজখি। মসিনা পেনবা হায়বদু ওইখিদে। অদুনা খৃঃ কুম ২০০০ দা লাইরিক মচা অমা ওইনা *থৌবাল কলেজ (শন্নপ্পা ৱারোল খরদং)* হায়বা মমিং থোন্দুনা পুথোকচৈ। মসিসু কলেজ অথোরিতিদা অচঙমন তান্দনা ইশানা পুথোকচৈ। থৌবাল কলেজ থাদোক্লমদাইদা ওঝা রামসিং অমসুং অতৈ জি বি মেম্বরশিংগী পুন্সি ৱারী য়াওবা লাইরিক অমা পুথোকচগে খনবদুদি পাঙথোকপা ঙমজদ্রি। মসিমক ঐগী ইথৌ মশক খঙদবনি হায়জনীংই। থবক অসি পাঙথোক্লবা ফাউন্দর মেম্বরশিংগী বাইও দাতা খরা খোমজিনবা হৌখি। ওঝা রামসিংহগী বাইও দাতাগীদমক ওঝাগী মচা ইবুংঙো শ্রী মুক্তাসিংহগা তাং ২/৮/৯৮ ইংদা উনজে। শ্রী মুক্তা সিংহনা ঐঙোন্দা পীবিরকপা ওঝানা ইবা *পুন্সিগী থাবা* ওঝা লৈখিদ্রবা মতুংদা ফোঙবা লাইরিক্তুদা যুগেশ্বর ৱাইখ্বানা ইবা ওঝাগী পুন্সি ৱারীগী শন্নপ্পা মতাঙ অমা য়াওই। মেম্বর অতৈদগীসু বাইও দাতা খরমখৈদি ফংজখি। অদুবু ঐনা পাঙথোক চাম্বা, থৌৱা শাদবা ঙসি হয়েং হায়দুনা নিংঙাই মলাইদনা ৱাওই থৌওইদনা লৈথোক্লবদগী

মতম অমদা পাঙথোক্কে খল্লস্বা থবক্তু ঙসিদি লঙ্কাগী নিংথৌ রাবণনা স্বর্গ কৈরাক থাবগী মওংদা লৈরি। মসিগীদমক ময়াম খ্বাইগী মাঙদা ইমায় অসি উৎকদবা ইকায়ঞ্জে। অদুগা ওঝানা তাকপিখিবা ইবা লাইরেক্কনু হায়বদু নীংশিংলুবদসু ইতোমতা ইকায়ঞ্জে। অদুম ওইনমক ওঝাগী য়াথং ঙাকচবা ওইনা খৃঃ কুম ১৯৯৯ অমসুং ২০০০ দা লাইরিক মচা ৭/৮ লোম পুথোকচৈ। ওঝানা ৱারৌবা অমা য়াওনা– 'ইবুংঙোক নহাক মতম কুইনা কলম পায়রক্তুবদি করিগীনো? ইয়াম্বগী য়াথং ঙাক্লীংদ্রিবা করিগীনো?' হায়বা কোরৌ নোংমদোনথক্তগী হংলকপগা লোয়ননা অমুক্তং ৱারকপিরক্লবদি ঐঙোন্দা নীংঙমদবা পোক্লিবসি খরমখৈদি কোক্কদ্রা খল্লি। হৌজিক্তি ওঝাগী য়াথং *কলম পায়বা লেপকনু, ইবা লাইরেক্কনু* হায়বদু নীংশিংজবগা লোয়ননা ওঝাগী মঙ্গলাশীর্ব্বাদ *মায়পাকপা অইবা অমা ওইয়ু* হায়বদু ফংজগে হায়না কলম পাযবা হৌজবগা লোয়ননা ইমা খোৎপগী লমদা চঙশিল্লগে হায়না ৱাখলদি খল্লি। মায়পাকপা হায়বদুদি ঐগী হোৎনবগী মখা পোল্লি। ওঝানা মঙ্গলাশীর্ব্বাদ পীরমদুনসু ঐহাক্না মায়পাকপা অইবা অমা ওইবা ঙমদবসিদি ঐনা নিংঙাই মলাইদনা লৈথোকপা অদুগী ফলনি, মসি ঐহাক্কী চাউরবা ইরান্নি। ঐহাক্না এৱার্ড ফংবদা তরাম্না ওকপিবসু মহাক্তনি। অদুগা মখা তানা ইননবা থৌনা হাপ্লিখিবসু মহাক্তনি। অসিগুম্বা মীশক অমনা শিন্নবিবা থৌদাংবু থবক ওইনা পাঙথোক্তবা অসি ঙাকপিফম থোক্তবা ইরান্নি। ইবা খোৎপগী লমদা চঙশিল্লুবা ঙমদ্রবসু ওঝানা শিন্নবিরম্বা থৌদাং পাঙথোকপা ঙমদ্রবসু ওঝাগী মিং পন্দুনা ৱারী শানরকপদদি হেক্তা নীংশিংই– **মহাক্তনা ঐবু তরাম্না ওকপপিখি।**

মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালনা সাহিত্য অকাদেমী, ন্যু দিল্লিগা খৃৎশম্নরগা খৃঃ ২০০৯ গী আগষ্ট ২৭ অমসুং ২৮ দা সাহিত্যগী থৌরম অমা পাঙথোকখি; মদুদা ওঝা অসিগী 'জাৎ ওনবা' অমসুং অতৈ লাইরিকশিংগী মতাংদা খন্ন-নৈনখি। লাইবক ফবদগী ঐহাক্না মদুদা 'শ্রী লৈতাম্থেম রাম সিংহগী শন্নপ্পা পুন্সি ৱারী অমসুং থবক' হায়না মিংথোনবা ৱারেং অমা খুদোল তমজখি। মদুগী ৱারেং অদুগা অতোপ্পা ৱারেং খরগা পুন্সিঞ্জদুনা 'কবি লৈতাম্থেম রাম সিংহ' হায়না মিংথোনবা লাইরিক মচা অসি পুথোকপচবনি।

# য়াওরিবশিং

## শ্রী লৈতাম্থেম রাম সিংহগী শন্নপ্পা পুন্সি ৱারী

## অমসুং থবক

মালেমগী মফম কয়াদা, সহরদা, খুঙ্গংদা, মচী-মচীদা শীংথানিংঙাই ওইরবা, অখন্নবা মীথোই মীহেল্লবা কয়া পোকখি। তোঙান-তোঙানবা লমদা লৈবাক শীন্থুংনা মীয়াম্না শকখঙনরবা মীশক ওইখিবা কয়ানি, কয়া অমনা মীনা থোইনা শকখঙবীদবনি, কনাগুম্বা খরদি ঈরোলনুংগী মণিগুম কনানসু খঙবীখিদবনি। মীনা শকখঙবীদ্রবসু মণিদি মণিনি কনানসু মণি নত্তে হায়বা ঙম্লোই। অসিগুম্বা মীওই কয়া মালেমগী মফম কয়াদা লৈতবা নত্তে। অমরোমদা অমুক মালেমগী মফম কয়াদা তোঙান-তোঙানবা লমদা লময়ানবা কয়া থোরকই– খরনা মালেম পূম্বগী ওইনা, খরনা লৈবাক্কী ওইনা, খরনা মায়কৈ অমগী ওইনা, খরনা লমদম অমগী ওইনা, খরনা খুঙ্গংগী ওইনা, খরনা লৈকায় অমগী ওইনা। অসুম্না থোরকই থৌবাল মায়কৈদা সাহিত্যগী শক্লাইরবা লময়ানবা অমা। সাহিত্যগী লমদতা নত্তে ঠিয়েটরগী লমদসুনি। মহাক্তি মীনা ইকায়খুম্নখিবা অফবা ওজা অমসুনি, গুরুগী মগুণ চেল্লবা ওজানি, সোসিয়েল ৱার্কর অমা ওইনসু মীয়াম্না শকখঙনবনি, সমাজ সংস্কারক অমনি, কলা বিদ্যা অমদি সংস্কৃতি চাউখৎপা পামজবা মীশক্লি।

কনানো মহাক অদুদি? মহাক অদু অতে কনা নত্তে, ঐখোয় খ্বাইনা ইকাযখুম্নজখিবা হৌজিকসু মহাক্কী মিং পনবদা ইকায়খুম্নজরিবা ওজা শ্রী লৈতাম্থেম বাম সিংহনি। মহাক অফবা ওজা অমা ওইবদগী শক্লাইরবা ওজাশিংদা জাতিগী থাক্তা পীবা এৱার্দ– *নেসনেল এৱার্দ* অমসুং *ষ্টেট এৱার্দ* পীদুনা ইকাযখুম্নখি। সাহিত্যগী লমদা খোঙদারিবা লমদম অসোমগী হৌজিক্কী মীবোলনা কাউবা লৈতে মহাক্কী উপন্যাস *জাৎ ওনবা।* ইবন্মী মহাক্না লাইবিক ৬ (উপন্যাসকী ৪, শৈবেংগী ২)। বাম সিংহগী মিং হেক পনবগা লোয়নবকই *জাৎ ওনবা, জাৎ ওনবা* হেক হায়রকপদা বাম সিংহ। মহাভাবতকা ব্যাসকা, বামাযণগা বাল্মীকিগা, হোমবগা এলিযাৎ অমসুং ওদিশীগা, ডাঃ কমলগা মাধবীগা; অসুম্না বাম সিংহগা জাৎ ওনবগা। হৌখিবা চহী খর্বাসিগী মনুংদা মণিপুবগী সাহিত্যগী লূপ কযানা মণিপুবী লোল অমসুং সাহিত্যবু চাওখৎনবা হোৎনবিবন্বা মণিপুবদা লৈবন্বা সাহিত্যকাব কযাবু ইকাযখুম্নবগা লোযননা নৌহৌনা নীংশিংদুনা মখোযনা সাহিত্যগী লমদা লৌবন্বা থৌদাং অমসুং মখোযগী সাহিত্যগী পোথোক (সাহিত্যগী লৈকোলদা থাবন্বা সাহিত্যগী লৈবাং চাব) কযা পুথোক্লুনা খন্ন-নৈনবগী থৌবম লেপ্পা লৈতনা চত্থর্বক্লি। থৌবাল অমসুং মণিপুব তম্পাক্কী খা মাযকৈগী সাহিত্যগী শক্লাইববা অমসুং লমযানবা সাহিত্যকাব অমা ওইখিবা মীশক্তি ঐখোযগী চাউথোকচনীংঙাই ওইববা শ্রী লৈতাম্থেম বাম সিংহনি হাযবদা মতীক চায। অদুবু লাইবক থীবর্দি মহাকপু লৈবাক শীস্থুংনা শকখঙবীবর্দি খ্বা ৱাৎপগুম তৌই। মবম অসিনা অসিগুম্বা শকখঙবীবা ৱাৎলবা শীংথানিংঙাইর্দি ওইববা সাহিত্যকাব মহাকপু শকখঙবীবা হাযর্বাসি তঙায ফদর্বানি।

**পোকপাঃ**

শ্রী লৈতাম্থেম বাম সিংহ খৃষ্টগী কুম ১৯২৩গী সেপ্টেম্বব ৭ তা

থৌবাল ৱাংমতাবদা পোকই। অপোকপগী মিংনা শ্রী লৈতাম্থেম তোম্বা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা লাম্থম নীংঙোল কন্যা দেবী কৌই। শ্রীবাম সিংহ মচীন মনাও ৮ নি; পিবানা ৬, নীংঙোল্লা ২। শ্রীবাম সিংহ মচীন মনাওশিংগী মনুংদা মহাক্না ৬শুবনি। মপা ইবুংঙো শ্রীতোম্বা সিংহ মণিপুরী গৌড় সম্প্রদায়গী লাইবিক থীবনি। বাম সিংহ কৃষ্ণ সিংহ ফাইবোক্নি। থাজনবী অমগী মতুংইন্না ফাইবোক পোকপা মচীন মনাও মণিপুবদা মিং হাইফেৎ মান্ননা থোনবা অসি কন্যাগুম্বগী মফমদদি চৎনবী ওইনা তৌই। অদুনা মচীন-মনাও ফাইবোক অসি অহল লমন্না বাম সিংহ কৃষ্ণ সিংহ হায়না মমিং থোল্লি। হায়নৈ ফাইবোক পোকপগী দোষ কোক্নবা লাইগী মিং লৌদুনা মচীন মনাওগী মিং থোনখিবনি বাম সিংহ কৃষ্ণ সিংহ হায়না।

**য়ুম্বানবা অমসুং মচাশিংঃ**

শ্রীবাম সিংহনা বাইখোম নীংঙোল চন্দ্রমণি দেবী লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী পান্নদা খোঙদাখি। মচা ১০ নী মনুংদা নুপা ৪, নাংঙোল ৬না। যাম্না অঙাং ওইরিবঙৈদা মচানুপী অতোনবীদু লৈখিদে।

**মহৈ মশিং তম্বাঃ**

শ্রীবামসিংহগী অহানবা ওজা দি শ্রী লৌবেম্বম ইবোতোন সিংহনি। ওজা অসিনা বাম সিংবু মাগী মমাও শঙ্গোযদা লাইবিক তম্নীবা হৌখি। মতুংদা খৃঃ ১৯৩৩ দা থৌবাল বোইজ এলঃপিঃ স্কুলদা তমদুনা নিম্নপ্রাইমারী (ক্লাস টু) গী থাক ফাওবা তম্লগা মোইরাংখোম ইউঃপিঃ স্কুলদা মখা তমদুদা খৃঃ ১৯৩৫দা উচ্চ প্রাইমারী (ক্লাস ফোর)গী পরীক্ষা থাই, পাস তৌই বৃত্তি ফংই। অদুবু পরীক্ষা পাস তৌববা মতুংদা ইমুং মনুংগী শেল থুমগী থিংবম ফংচল্লক্তবনা মবম ওইদুনা ইম্ফালদা লৈবগা মখা তানা লাইরিক তমথনীংবগী অপাম্বদু ফংবা ঙমখিদে। নীংবা থুংদবগী অকনবা

চৈথেং মঙোন্দা ফাওবকখি। তুংগী মীবোলনা মঙোন্দা ফংলিবা অসিগুম্বা মখলগী চৈথেং অসি ফংদনবা হোৎনগে হাযবসিদা পূক্লিং চপযুংনা লেপখি। থৌবাল মাযকৈদা অৱাংবা থাক্কী স্কুল লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌনীংখি। মবম অসিদগী মহাক্না লমদম অসোমগী লমযানবা কযানা থৌবাল হাযস্কুল (হৌজিক্কী চাউযাইমা হাযাব সেকেণ্ডবি স্কুল) লিংখৎপদা মহাকসু মাযপুননা মায পাক্লবা হোৎনখি। মমৈথঙদা মহাক হাযস্কুলসিদা খৃঃ ১৯৪৯-৫০ দা ক্লাস নাইনগী পবীক্ষা থাই, পাস তৌখি। অদুবু ক্লাস টেনদি মিং চনশিল্লুবগা মশাগী যূম পুবা ঙম্লবা হোৎনবা তাবা, লৈকাযগী থৌগায কযা পুবা তাবা, এলঃপিঃ স্কুল অমদসু ওজা ওইরুবা, অতৈ স্কুল খবা লিংখৎপদসু মতেং পাংবা ওইনা থৌ কযা পুরুবনা পবীক্ষা থাবা তোকপা তাখি। অসুম্না মহাক্কী মহৈ-মশিং তম্বগী পুন্সি লোইশিনখি। স্কুলগী ওজা ওইবিঙৈদা খৃঃ ১৯৬০-৬১দা ককচিং বিঃটিঃআইঃদা জুনিযব বেসিক ট্রেনিং পাস তৌই।

**ওজাগী শিনফম অমসুং মহৈ তম্ফমশঙশিং লিংখৎপদাঃ**

শ্রীবাম সিংহগী পুন্সিগী মরুওইবা অমসুং শেম্লোক লম্বীগী শিনফমদি স্কুলগী ওজা ওইবা অসিনি। মহাক খৃঃ ১৯৪৪ দা থৌবাল গার্লস এলঃপিঃ স্কুলদা অহানবা ওইনা ওজাগী শিনফমদা চঙই। স্কুল ওইননবা হোৎনবদা মহাক্না চেন চোংদুনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। স্কুল অসি কোন্না লৈতাঙ্খেম কাহ্নাই গার্লস এল.পি. স্কুল হাযনা মিং ওল্লি। শ্রীবাম সিংহ স্কুল অসিগী হেড পণ্ডিতনি। স্কুল অসি সবকাবনা বিকোগনাইজ তৌদুনা খৃঃ ১৯৪৬/৪৭ তা ছাত্রীশিং মণিপুব ষ্টেট নিম্ন প্রাইমাবী পবীক্ষা থাই। অদুদগী খৃঃ ১৯৪৮ গী জানুযাবী ১দগী ১৯৫৩ গী এপ্রিল ৩০ ফাওবা সবকাবগী গ্রান্ট-ইন-এইদ স্কুল ওইনা লৈবম্লগা ইংশোক ১৯৫৩ গী মে ১ দগী হৌনা কনভর্সন তৌদুনা সবকাবনা লৌশিনখি। মতম শাংনা স্কুল

অসিদা ওজা ওইবল্লগা খৃঃ ১৯৭৯ দা স্কুল অসিদগী থবক্তগী পোখাখি। স্কুল অসিদা হেড পণ্ডিত ওইনা খৃঃ ১৯৭৯ ইংদা সংসাব থাদোকখি।

ওজা ওইনা ওইনা অতৈ মহৈ তম্ফমশঙ কযা লিংখৎপদসু চাউববা থৌদাং লৌখি অদুগা কবিগুম্বা মতাংদা হেনফদবদগী মতেং পাংবা ওইনা স্কুল খবদা ওজা ওইনা থবক পুখি। থৌবাল মাযকৈদা লাইবিক লাইশুগীদমক মহৈতম্ফমশঙ (স্কুল, কলেজ) কযা লিংখৎপদা শ্রীবাম সিংহনা লমদমসোমগী লমযানবা লমজিংবা কযাগী মতুংইন্না অমদি মহাক মশামক্লা কবিগুম্বদা লমজিংদুনা লমযানবা ওইবগা অতৈ মীযামগা লোযননা চাউববা থৌদাং লৌখি। মহাক্লা মপূং ওইনা লৌখিবা থৌদাংশিংদি– ১। থৌবাল হাযস্কুল (হৌজিক্কী চাউযাইমা হাযাব সেকেণ্ডবি স্কুল), ২। পোপুলাব হাযস্কুল (হৌজিক্কী নিমাইচান্দ হাযাব সেকেণ্ডবি স্কুল), ৩। থৌবাল গার্লস হাযস্কুল (হৌজিক্কী কণ্যা গার্লস হাযস্কুল), ৪। থৌবাল ৱাংমতাবা বোযজ এলঃপিঃ স্কুল, ৫। মনিশং গার্লস এলঃপিঃ স্কুল, ৬। মশামক্লা হেদ পণ্ডিত ওইবা থৌবাল গার্লস এলঃপিঃ স্কুল (লৈতাম্বেম কাহাই এলঃপিঃ স্কুল) অমসুং ৭। থৌবাল কলেজনি।

থৌবাল গার্লস এলঃপিঃ স্কুলদা ওজা ওইনা ওইনা মহাক মশানা হেদ পণ্ডিত ওইনা প্রাইভেট বোইজ এলঃপিঃ স্কুল অমসু লিংখৎখি। স্কুল অদু মতম অদুগী থৌবাল প্রাইভেট এমঃইঃ স্কুলগী ব্রাঞ্চ অমনি। স্কুল অদু মহাক্কী মমাঙ শঙ্গোয়দা চলাইখি। মসিগী মতুংদা খৃঃ ১৯৪৬-৪৭ তা নুপীমচাশিংগী উচ্চ-প্রাইমাবী স্কুল অমসু মহাক্লা ওনবেবী হেদ মাষ্টব ওইদুনা লিংখৎখি। অদুবু লাইবক থীবদি মতীক চানা ছাত্রী ফংদবদগী স্কুল অদু খাংঙুথক্তা অদুম পুন্সি লোইখি। মসিগী মতুংদদি অফবা ওজা অমা ওইবদগী মহাকপু থৌবাল হাযস্কুলদা থাদা লুপা ২৪/২৫ পীদুনা মতম খবগী ওইনা ওজা ওইহল্লি। স্কুল অসিদা মহাক চহী ৩/৪ খৃঃ ১৯৫২ ফাওবা ওজা ওইখি। ছাত্র মশীং হেনগৎলকপগা লোযননা চাউয়াইমা

হাযস্কুলদা লাইবিক তম্বা যংনবকতবা মতম লাক্লবদা অতোপ্পা হাযস্কুল অমা থৌবালদা লিংখৎনবগী তঙায ফদবা লৈখি। অসিগুম্বা মতম অসিদা ছাত্রশিংগী মিং চনবগী সমস্যা কোক্লবা থৌবাল পোপুলাব হাযস্কুল লিংখৎখি। কমিটিগী এদভাইস মতুংইন্না স্কুল অসিদসু চহী অনী মখাযবোম মহাক্না ওনবেবী হেদ মাষ্টব ওইখি। মদুদা অৱামল কবি অমত্তা লৌদনা মতেং পাংখিবনি। মতুংদনা মতম শাংনা স্কুল অসিগী কমিটিগী মেম্বব ওইদুনা থবক পুবকখি। খৃঃ ১৯৫৪ দা মহাক মশামক্না সেক্রেটবী ওইদুনা থৌবাল বাংমতাবা বোযজ এলঃপিঃ স্কুল লিংখৎখি। মতুংদা অমুক মহাক স্কুল অসিগী মেনেজিং কমিটিগী চেযাবমেন ওইখি। খৃঃ ১৯৬০ দা মণিশং গার্লস এলঃপিঃ স্কুল লিংখৎখি, অদুগা খৃঃ ১৯৬৬ তা নুংথিলগী ক্লাস ওইনা ক্লাস থ্রীদগী ফাইব ফাওবা অপগ্রেদ তৌখি। মসিদা মহাক্না অযুক্কীসু নুংথিলগীসু সেক্রেটবি ওইনা মতম শাংনা থবক পুখি। থৌবাল গার্লস হাযস্কুল লিংখৎপগী এক্সপেবিমেন্টেল ষ্টেজদা মহাক্না চহী অমবোম স্কুলসিগী ওনবেবী হেদ মাষ্টব ওইনা থবক পুবম্লগা মতুংদা স্কুলগী মেনেজিং কমিটিগী জোইন্ট সেক্রেটবী ওইনা মতম কুইনা থবক পুখি অদুগা স্কুল অসিগী *বিক্রেসন কম ওদিটোবিযম হোল* শাবদা অচৌবা দাযিত্ব লৌখি। ইংশোক ১৯৬৩ দা থৌবাল কলেজ লিংখৎপদসু কলেজগী গবর্নিং বোর্দগী মেম্বব ওইবগা লোযননা কলেজ অসিগী বিল্ডিং সব কমিটিগী মেম্বব চহী ৪/৫ বোম ওইদুনা থবক পুবমখি।

শ্রীবামসিংহ ওজা অমা ওইনা চহী অহুম মবিবোম এনুবেল প্রাইমাবী প্রোমোসন এক্সামিনেসনগী সুপবিন্টেন্দেন্ট অমসুং হেদ এক্সামিনব ওইবম্মী। খৃঃ ১৯১৬ তা ইদুকেসন দিপার্টমেন্টগী ওর্দব মতুংইন্না চবাংপাৎ, খাঙবোক অমসুং তেন্থাদা চত্তুনা এদল্ট লিটবেসিগী পবীক্ষা যেংশিন খোর্তাচনখি।

অসুম্না ওজা অমা ওইনা স্কুল কযা লিংখৎপদা শক্তক যাবকখিবা ওজানি। ওজা ওইবীনবা লাইবিক হবা (ক্লাস ৱাংবা) মী ৱাৎপদগী স্কুল

খবদনা মতেং পাংবা ওইনা ওজা ওইখি; স্কুল খবদনা থবক পুবীনবা মী লৈতবা, মতীক চাবা মীশক ৱাংপা, কখোকপা ঙম্বা মী লৈতবদগী স্কুল মেনেজিং কমিটিগী মেম্বব ওইখি। স্কুল খবদদি মেনেজিং কমিটিগী জোইন্ট সেক্রেটবী/সেক্রেটবী/ভাইস চেযবমেন/চেয়বমেন ওইদুনা থবক পুখি। ক্লাস নাইন ফাওবদমক পাস তৌখিবা মীশক অমনা পাঙথোকখিবা মযাম, ওজাগী শিনফমদা তৌখিবা থবক কযা শীংথানবোইদবগী মবম লৈতে।

**নুপীমচাশিংগী লাইরিক লাইশু তম্বগী লমদাঃ**

নুপীমচাশিংবু লাইবিক লাইশু তম্নবা হোৎনবদা মহাক্লা লৌখিবা থৌদাং যাম্না চাউই। মতম অদুগী (মহাক্কী অঙনবা মতমগী) নুপীনা লাইবিক তম্বগী মতা'দ। মৈতৈ সমাজগী মীৎযেংদি নুপীনা লাইবিক তম্লগা অমদি হৈবগা কবি কান্নগনি, নুপীদি যূমগী কূপনোম পুগদবনিনা ইমুংগী থবক-ইনখাং কোনশেং ৱাইশেং, ফিসু ফিজাম, ফিশা-লোনশা হৈবগা লোইবে হাযবসিনি। নুপীনা লাইবিক তম্বা মতম মাঙনবনি, শেল তিংনবনি, খবক শীৎনর্বানি হাযবসিনি মতমদুগী ৱাখল্লোন, মীৎযেং। মনীং-মমাং খত্তুনা ঙাঙবা কযা অমসুনি; লাইবিক হৈবগা চিঠি ইবা হৈনর্বান, থুনা মযূম পান্ননর্বানি হাযবা কাঙবু অমা, লাইবিক তম্লগা যূম্বানবা শীৎনবনি হাযবা কাঙবু অমা। অসিগুম্বা মীৎযেং ৱাখল্লোন অসিগী মাযোক্তা শ্রীবাম সিংহনা মাগী লৈকাযদা, মখুঙ্গংদা লৈবা নুপীমচা পোকপা মীগী যূম যূমদা চৎতুনা যূমথোঙ যৈনা অহল লমনদা নুপীমচাশিং লাইবিক তম্বা থাবক্লবা হাযজখি। অসুম্না হাযজবসি অমুক হাযজবগা তোকপা নত্তে, হঞ্জিন-হঞ্জিন কযাবক চৎলর্গানি। অহানবদা মহাক্কী মমাঙ শঙ্গোযদা তম্বীবা হৌবগা খৃঃ ১৯৪৪ দা থৌবাল গার্লস এলঃপিঃ লিংখৎতুনা তম্বীবনি। মশাগী ফূবিৎখাউগী শেল পুথোক্লগা শীজিন্নৈ। মমা-মপানা থাবকপা নুপীমচাশিংগীদমক লেম্না লাইবিক পীবা কযাসুনি। নুপীমচাশিংগীদমক উচ্চ প্রাইমাবীগী থাক (ক্লাস ফোব)

ফাওবগী স্কুল লিংখৎনবা শেম শাই। মযুমদা তম্বীবা হৌবনি। মপূং ফানা ছাত্রী ফংদবদগী মায পাকপা ঙমখিদে, মতম চাদনা মূৎখি। হন্‌বা লৈত্রবা ওজা অসিনা মহাক মশামক্কী লৈকাযদা মযাম্লুং শ্রীলৈতাম্ব্রেম অমুবী সিংহগী মতেং নিজদুনা খৃঃ ১৯৬০ দা মশাগী ইখোল মচী অমদা মণিশং গার্লস এলঃপিঃ স্কুল লিংখৎখি। নুপামচাশিংগী ওইবা থৌবাল পোপুলাব হায়স্কুল লিংখৎলবা তুংদা নুপীমচাশিংগীতা ওইবা থৌবাল গার্লস হাযস্কুল লিংখৎপদসু থোইদোক হেন্দোক্লবা থৌদাং লৌখিবনি।

**চম্না পুন্সি লেনবা পুন্সিগী থৌদাংঃ**

শ্রীবাম সিংহ অচম্বা পুন্সি লেল্লি। অকে-অমৌগী ৱা মঙোন্দা লৈতে অদুবু মশাদি নাল্লি। মশা পাবপ তৌই, মবেপ ৱাংই। মমল যাম্বা ফিবোল শীজিন্নবগী মহুত্তা ইবমদমগী পোখোক ইযোংদা শাবা খাদি শীজিন্নৈ। খোঙগ্রাও শীজিন্নদে ফৈজোম শেৎলি। মহাক্না লৌখিবা থৌদাং মবি থোক্লা যেংবা যাই— ১। ওজা অমা ওইনা লৌখিবা থৌদাং ২। টিযেটবগ লমদা লৌখিবা থৌদাং ৩। অইবা অমা ওইনা লৌখিবা থৌদাং অমসুং ৪। অতৈ অতৈ লমদা লৌখিবা থৌদাং।

**কলা, সংস্কৃতি অমসুং অতৈ লমদাঃ**

স্কুল কলেজনচিংবা মহৈস্ফমশঙ কয়া লিংখৎপদা শরুক য়াবা, থন্নায় য়াওনা চাওখৎনবা হোৎনবতা নত্তনা কলা, সংস্কৃতি অমসুং অতৈ লম কয়াদসু মায় ওনশিন্দুনা চাউখৎনবা হোৎনখিবা মীশক্লি। মায়কৈ অসোমদা চাওখৎ-থৌরাং কয়া পায়খৎলকপদা মহাক য়াওদবা ইরৈ লৈখিদে। চুম্নতা য়াওবা নত্তে লমজিংবা লময়ানবসু ওইখিবনি। কলা অমসুং সংস্কৃতিবু পামজবা অমসুং নুংশিজবা শ্রীরাম সিংহ যুমগী লৈত-লায়রগী থোইদোকপা খল্লুবা তৌদনা পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক্তি লমশিং অসিদা কথোক্লম্মী হায়বা

যাই। সেমিনাব কযা, কেম্প কযা, কলচবেল প্রোগ্রাম কযাদা শরুক যাদুনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। খৃঃ ১৯৪৫-৪৬ তা থৌবাল পোপুলাব ঠিযেটব লিংখৎপদা মেম্বব ওইদুনা ইন্সটিট্যুৎ অদু চাওখৎনবা চাউববা থৌদাং লৌখি। মহাক মশামক ঠিযেটব অসিগী ষ্টেজ মেনেজবনি, প্রোমটবনি, টিকেৎ সেল্লবনি, এক্টবনি। মমৈথংদা মহাক এসিষ্টেন্ট ডিবেক্টব অদুদগী ডিবেক্টব ফাওবা ওইখি। অসিদসু কুইনা ঠিযেটব অসিগী মেনেজিং কমিটিগী ভাইস চেযাবমেন অমসুং চেযাবমেনগী ফম পাযদুনা মতম শাংনা থবক পুবীবম্মী। মহাক্না ইবা উপন্যাস *জাৎ ওনবা* হাযবা লাইবিক অদু দ্রামাটাইজ তৌদুনা মহাক মশামক্না ডিবেক্সন পীদুনা মফম কযাদা মাযপাক্না উৎপা ঙমখি। মহাক্না ফাউণ্ডব সেক্রেটবী ওইদুনা লিংখৎপা থৌবাল ৱাংমতাবা বোযজ এলঃপিঃ স্কুলগী ফণ্ড শাগৎনবা মফম কযাদা চৎ চত্নুনা *জাৎ ওনবা* দ্রামা ওইনা চেবিটি শো পাঙথোকখি। *থৌবাল পোপুলাব ঠিযেটব* লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌবতা নত্তুনা *থৌবাল সঙ্গীৎ কলা বিদ্যালয* ইং কুমজা ১৯৬৩-৬৪ দা লিংখৎপদসু অঙম্বা মতেং পাংখি। খৃঃ ১৯৬০ ৬১ দা ককচিং বিঃটিঃআইনদা এনী ওজাশিংবু ফঙনা তাকপী তম্বীদনা *ইম্ফাল খোইবী* অমসুং মৈতৈ খৃঙ্গং হাযবা দ্রামা অনী উৎখি, মদুদা মহাক্না প্রোমটব অমসুং ডিবেক্টব ওইখি। ইংশোক ১৯৬০ ৬১ দা ককচিং গার্লস এমঃইঃ স্কুলবু হাযস্কুলগী থাক্তা পুখৎনব হোৎনবদা মাগী উপন্যাস *খঙগান পাল্লাই*দা হাযবদু দ্রামা ওন্থোক্নুনা চেবিটি শো ককচিংগী আজাদ হোলদা উত্তনা শেলগা মতেং পাংখি।

অতৈ লম কযাদসু শ্রীবাম সিংহনা শবক যাখিব। যাম্না শীংথানিংঙাই ওই। ইংশোক ১৯৫২ দা থৌবাল সব ডিবিজনেল কম্যুনিটি প্রোজেক্ট হৌখি। দেভেলপমেন্ট ব্লোক, থৌবালনা শীনবা তোঙবন কযাদা শ্রীবাম সিংহ শরুক যাখি। খৃঃ ১৯৫২ দগী ১৯৫৬ ফাওবগী মনুংদা চঙ্গী খুদিংগী কম্যুনিটি প্রোজেক্ট আসিনা খাঙবোক, ৱাংখল, থৌবাল মেলাগ্রাউণ্ড অমসুং

থৌবাল লমদোংদা মেলা পা থাকই মদুগী অশীন-অরাঙদা মহাকসু শরুক য়াই। থৌবাল লমদোংগী মেলাদা মাগী উপন্যাস *জাৎ ওনবা* মশানা ডিবেক্সন পীদুনা ড্রামা উৎলি। মদুদা মঙোন্দা মেরিৎ সার্টিফিকেট পীখি। খৃঃ ১৯৫৫ দা থৌবাল ব্লোক লেভেলদা পাঙথোকপা শা-ষণগী মেলাদা শা-ষণগী ব্রাবেং শৈবেং কম্পিটিসন্দা শ্রীবাম সিংহনা ইবা ব্রারেং-শৈবেংনা অথোইবা মনা ফংখি। খৃঃ ১৯৬৩ দা পোপুলার হায়স্কুলদা পাঙথোকপা ভাবত সেবক সমাজগী কেম্প অমসুং ১৯৬৮ দা পাঙথোকপা ফার্ষ্ট মণিপুব কলচবেল মীট অসির্নাচিংবা কযাদা থব্রায হকচাং যাওনা শরুক যাখি, মবী লৈনবা ঈশৈ শৈবেংশিং ইদুনা শকখি। স্কুল, কলেজ, ক্লব অমসুং অতৈ সংস্থান কযাগী অশীন-অবাঙনা হাযজবকপদগী থৌবমগা মবী লৈনবা ভাষণ কযা পীর্লখি, জর্জ ওইবা কযা যাওখি। মহাক মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী মেম্বব ওইবম্মী। সাহিত্যগী সম্মেলন কযাদসু শরুক যাখি। এবিযান ঠিযেটব, ইম্ফালদা পাঙথোকপা *সাহিত্য সম্মেলন সভাদা* মশানা ইবা শৈবেং অনী পাথোক্লুনা থৌবমদ শরুক যাখি। খৃষ্টগী কৃম ১৯৭৬ তা চাউযাইমা হাযাব সেকেণ্ডাবি স্কুলদা পাঙথোকপা ওল মণিপুব ইন্টব স্কুল বিসিটেসন কম্পিটিসনদা মহাক জর্জ ওইখি। মতম অদুদা থৌবালদা সব ডিবিজনেলগী থাক্তা পাঙথোকপা ইন্দিপেন্দেন্টস দে, বিপাব্লিক দে, গান্ধি জযন্তীনচিংবা থৌবম কযাদা চিংথবা তৌদনা শরুক যাই। অসিগুম্বা থৌবম কযাগী অশীন অবাঙদা মহাক যাওদ্রবদি থবক মপূং ইফা ফাদবগুম্মী।

স্কুলদা মতম অমদা সবস্বতী পূজা তৌবগী চৎনবী অমা লৈবম্মী। ফাইবেল থাগী পানখৎলকপা ৫ নি শুবা নুমিৎ (ফাইবেন পঞ্চমী)তা পূজা অসি পাঙথোক্লে। পূজাগী থৌবমদা থবায যাওজবা ওজানি। মহৈবোইশিংনা বিদ্যাগী লমদা পূক্লিং চিংশিন্নবা মাযকৈদা চঙশিনবদা থব্রায যাওই। অসুম্ন দূর্গা পূজাদসু মায ওনশিনবা ওজানি। অসুম্না লমদম অসোমদা (থৌবাল অমসুং অকোযবদা লৈবিবা মফম কযাদা) ঈশৈ নোংমাই, কলা, সংস্কৃত

অমসং সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎপদা চাউববা থৌদাং লৌবীখি।

**কখোকপগী লমদাঃ**

শ্রীবাম সিংহ কবিগুম্বদা কনাগুম্বনা মঙোন্দা মীযামগীদমক্কি হাযদুনা মতেং নিবা লাক্লবদি মহাক্লা ঙমজবা লুপা অমখকতা ওইববসু হেক্তা দান তৌই। মহাক্কী শেম্লোক হায়ববু মহাক্লা এলঃপিঃ স্কুলদা ওজা ওইবগী তলব অদুতনি। মদুদগী হেনবা অতৈ শেম্লোক লৈজদবনি। এলঃপিঃ স্কুলগী ওজাগী তলবনবু কযাম চাউবমগনি হাযবা খ্বাইনা খঙনববনি। পিক্লবা মাগী ইনকম অদুদগী অঙম্বা কাইথোক্কুনা মীযামগী মতেং ঙম্মীবমখে পাংখিবনি। প্রাইভেৎ স্কুল কযা লিংখৎপা, স্কুলশঙ শানবা হোৎনবা, সবকাবনা লৌশিন্নবা হোৎনবা কযা শেল তিংলিবনি। মদুদা মাসু অঙম্বা মতেং পাংখিবনি। যাম্বা যামদবনা ৱা অমনি। থৌবাল পব্লিক ঠিযেটব, থৌবাল সঙ্গীত কালা বিদ্যালযনচিংবা লিংখৎপদসু অঙম্বা মতেং পাংই। থৌবালগী ক্লব অমসুং লাইব্রেবী কযাদা লমদম অসিদা ফোঙবা পাউ চে (খবব)গী কোপী অমমম নুমিৎ খুদিংগী খুদোল তৌই। মসিদসু নক্তনা অবাপ্পদা লৈবা ক্লব, স্কুল, লাইব্রেবীনচিংবা কযাদসু অঙম্বা শেলগী দান হেক হেক তৌই।

**মনাওনুপা কৃষ্ণ সিংহ লৈখিদববদাঃ**

শ্রীবাম সিংহ ইমুং মনুং, মমা মপা, মচিন মনাও, মচল-মচে কযাব যাম্না নুংশিজে। ইমুং মনুং অমদি কৈবোই লৈকাযগী অৱা-অনা কযাদা শরুক যামিন্নবকপা মনাও শ্রীকৃষ্ণ সিংহনা ইংশোক ১৯৫০ মশাগী তাৰিখ ২ শুবকপা অদুগাইদা লৈখিদে। বাম সিংহ অমসং কৃষ্ণ সিংহ যাম্না নুংশিনে। মচীল মনাও অনী বাম কৃষ্ণ কৌবগী মবমসু লৈ। মনাওনুপা লৈখিদবদা শ্রীবাম সিংহ থম্মোয শোক্লা নুংঙাইখিদে। মনাও লৈখিদবগী মতেংদদি লৌহৌবববা পুন্সিগী শরুক অদু সমাজগী থবক তৌনা তৌনা



ইবগী লমদসু চঙশিল্লগে খ-খি। মনাও লৈখিদবগী ৱারবা থম্মোয় অদু ফাথজদুনা নুংশা শ্বর হোন্দোকপা লোইরম লোইফাৎত্রিঙৈদা মচানুপা শ্রীবিসম্ভর অমসুং পারিজাৎ অনী লৈখিদবগী অৱা চৈথেংনা শ্রীরাম সিংহদা মথং-মথং অৱাবা পীরকখি। মচা অমদি মনাও কায়নবগী ৱাখলদা লূপখিবদগী ইবগী লমদা খূমাঙ চাওশিনবা ঙমখিদে। অদুবু থম্মোয় ৱারবসু ৱানা ইবদি লেপ্লে। কায়নবগী শৈরেং কয়া ইখি। মনাওদা কখোক্তুনা ফোঙই মাগী শৈরেং লাইরিক *ছৈরেং অনৌবা,* খূদোল তম্মী মখাগী ৱারোল অসুম্না— *ইবুংঙো কৃষ্ণ সিংহ!*

ইয়াম্ববু ৱারৌগনু। তাইবং পুন্সি খরসিদা নুংশিরবা ইনাও নংগীদমক খল্লুবদা অৱা-নুংশি ঈপাল-লাংবা নত্তনা করিমত্তা পীবা ঙমখিদ্রি।

ঙসিদি, ইয়াম্বগী "ছৈরেং অনৌবা" কৌবা পীকপ্রবা ছৈরেং মচা অসিমতং ইনাওগী শরুক তম্লি, হরাও হরাওনা লাইরবা নয়াম্বগী নুংশি খূদোন্নি খন্দুনা লৌকো ইবুংঙো।

*নযাম্বা*

*তাং ২০/১২/৫৪ ইং* রাম সিংহ

**সমাজ সংস্কারক অমা ওইনাঃ**

সমাজগী ফত্তবা চৎনবী কয়াবু চুমথোক্লবা শেমদোক্লবা রাজা রাম মোহন রোয়, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, জননেতা ইরাবতনচিংবা কয়ানা চাউরবা থৌদাং লৌখি। অসিগুবা সমাজ সংস্কারক কয়ানা সমাজগীদমক হোৎনখিবগুম শ্রীরাম সিংহসু মাগী উপন্যাসশিংদা ফত্তবা সমাজগী চৎনবী পলবু নমখায়নবা থৌদোক কয়া ইদুনা সমাজ সংস্কারক (সোসিয়েল রিফোর্মিষ্ট) অমানি হায়বদু চপ-চানা উৎলি। তশেংনমক মহাক সমাজ সংস্কারক অমনি।

**ইরম্বা লাইরিকশিংঃ**

শ্রীলৈতাম্ছেম রাম সিংহনা মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোলদা খূদোল তম্বীরম্বদি পূন্না লাইরিক তরুক্লি— অনীনা শৈরেংগী লাইরিক, মরিনা উপন্যাসকী। মরম অসিদগী মহাকপু মহাক্না সাহিত্যগী লমদা থম্বীরম্বা খূদোলশিং য়েংলুরগা কবি অমা ওইনা অমসুং উপন্যাসকার অমা ওইনা হায়বা মীৎয়েং অনী থোক্লা য়েংবা য়াই। শৈরেংগী লমদা খূদোল থম্বীরম্বদি— ১। *ব্রাখলগী লৈকোল* (১৯৫২) অমসুং ২। *ছৈরেং অনৌবা* (১৯৫৭)। উপন্যাসকী লমদা খূদোল তম্বীরম্বনা— ১। *জাৎ ওনবা* (১৯৫৪), ২। *খঙগনি পোল্লোইদা* (১৯৫৮), ৩। *মীৎয়েং অমত্তং* (১৯৬১) অমসুং ৪। *পুন্সিগী থাবা* (ইবা লোইদনা থমম্বা অদুগা ১৯৯৭তা ফোঙবা) অসিনি।

**জাৎ ওনবাঃ**

বামন চনু অরিবম যামিনীগা মৈতৈ পাখং খাঙেম্বম নবকিশোরগা নুংশিনবগী ব্রাবীনি। মখোয় অনী লৌন-লৈনবা সমাজনা য়াব্দে। যামিনী বামন পাখং অমদা থাজখ্রে। নবকিশোর যামিনী লোন্না চেনখিদুনা চীংগী কসোম খুন্দা লোৎলে, খল্লাংদা অমুক লৈবে। মতমগী মতুংইন্না মচানুপা অমা ফংজবে। অবোনবা ফিজেৎতা মপা-মমা, মরূপ-মপাংগী য়ূমদা কনা খঙহন্দনা লাক্লে। লাক্লম্মী খঙহন্নীংবদগী কোন্না চিঠিদা খঙহল্লকখি। খল্লাংদা অমুক হল্লে, লাইগী নোংদম্না কৈগী শাবাক ওইনা মচানুপা চীংলেন থনম্লগা তাইবঙপাল থাদোকখ্রে। পাউ তানবকপদা নুংঙাইনখিদে।

**খঙগনি পোল্লোইদাঃ**

*জাৎ ওনবা*গী মখা তাবকপনি। তমগী চার অমবু লোইবী চীংদা লৈহৌবা অদু করম তৌখ্রবগে খঙনীংগনি। নবকিশোর অমসুং যামিনীগী

মপাবী খল্লাংগী খুল্লাকপনা যাকহৌবা চীংলেনগা নবকিশোবগী মব্দপ শ্যামা অমসুং যামিনীগী মতা সখীগী মচানুপী কুমাবীগা নুংশিনবগী অমসুং খুদোংথীবা কযা থেংনববা অমসুং মাযোক্লববা তুংদা থুংনবগী বাবীনি।

**মীৎয়েং অমত্তঃ**

মৈতৈ পাখং চাউথোইগা খোংজাই নীংঙোল হাওবী চনুবাগা নুংশিনবগী বাবী। শিনবদি আইনগী মথক্তা লৈ তাকপনি। চৎনবী পন নমখাযদুনা নুংশি পস্থু, যৌবগী বাবীনি, নুংশিবগী অঙকপা জযনি তাকপনি।

**পুন্সিগী থাবাঃ**

ইব লোইশিল্লমদনা এনম্বা ওজা বাম সিংহগী অবোইবা উপন্যাসনি খুঙ্গংগা মবম ওকপা ছাত্র পুন্সি কৌবা মমগ চেংলৌ হেল্লবী লুখ্রাবী থাবাগা নুংশিনবা হৈবকপগী মতং একগী বাবীনি। মখা কবন থোক্লগদগে, পুন্সিগা থাবাগা নুংনগদ্রা খংদ অমা ওনা থস্মোয় তাশোন পীবল্লবা উপন্যাসনি।

**ব্রাখলগী লৈকোলঃ**

শৈবেং ২৩ যাওবা শ্রীবামসিংহনা সাহিত্যগী লৈকোলদা মা ইহা হাপ্না খুদোল তল্লম্বা শৈবেং লাইবক্লি। কবিনা পুন্সিদা থেংনখিব খাঙেমদ্রবা থৌদোক কযানা বাখলদা তাহনাখিবা শকতমশিং শেংনা তাকপনি নুংহীক্লবা সুবনি। কবিগী থম্মোযদা বাখলদা শোক্লকপা চৈনা অদু মপাবশি ফাওহল্লি, শোকহল্লি।

**ছৈবেং অনৌবাঃ**

শ্রীবাম সিংহনা মাগী লৈখিদ্রবা মনাও কৃষ্ণ সিংহগী মনম

কখোক্তুনা ফোঙবা শৈবেংগী লাইবিক্লি। মনাওগী মফমদা মযাম্বগী নুংশি খূদোলনি খন্দুনা লৌকো ইবুংঙো হাযনা কখোকপনি। মসিদা কবিগী পূক্লিংগী খোঙচৎকী মশক খবা হোংলকই। থম্মোযবু থেমজিঞ্জদুনা ফাথজদুনা মীওইবা জীবগী সেবাদা মীৎযেং থল্লকই। মমা লৈবাক মণিপুবগীদমক চাউথোকচৈ।

**মনা মথুম অমদি উপাধিশিংঃ**

মথৌ মশক খঙনা থবক তৌবা, ছাত্রশিংগীদমক্তা থোইদোক হেন্দোক্লা পূক্লিং চঙবা, তাকপি তম্বীবদা হৈবা, ছাত্রশিংবু মশামক্কী অপোকপা মচানি খন্দুনা লমজিং-লমতাকপিবা, মশাগী ওইজবা কযা থাদোক্তুনা ছাত্রশিংগী ফনবা থবক তৌবা অসিনচিংবা কযানা মহাকপু ছাত্রশিংনা, মহল লমনশিংনা, মীযাম্না "ওজা বাম সিংহ" হাযনা ইকাযখুম্নে, মীযাম তিনবা সোসিযেল ফঙ্কসন কযাদসু মীযাম্না ব্যবহাব তৌই। অফবা শাংথানীংঙাই ওইবা শক্লাইববা ওজা অমা ওইবা মবম্না মহাকপু শকখঙবা ওইনা ভাবত সবকাবগী "মিনিষ্ট্রি ওব ইদুকেসন এণ্ড সোসিযেল ওযেলফেযাব"না ইং ১৯৭৭ গী ওইনা খঙ্গৎলবা ওজাশিংদা পীবা "নেসনেল এবার্দ" পীদুনা ইকায খুম্নখি। অদুগা ১৯৭৮ দা মণিপুব সবকাবগী এদুকেসন ডিপার্টমেন্টনসু "ষ্টেট এবার্দ" পীদুনা ইকাযখুম্নখি। মসিদা নওনা তোঙান তোঙানবা লমদা শাংথানীংঙাই ওইবা মাগী থৌদাংগা মবী লৈননা মঙোন্দা মেবিট সার্টিফিকেট কযা অমসু পীবীদুনা ইকাযখুম্নবা উৎখি।

*নীংশিংবা যাবা অমনা মশা লৈখিদ্রেবা তুংদা খৃঃ ১৯৮৮ গী জুন ১৯ দা "বাইটর্স এসোসিযেসন" ককচিংনা মঙোন্দ কবি অমা ওইবগী "উপাধি পত্র" পীদুনা ইকাযখুম্নখি।*



**অরোইবা মতমঃ**

হায়নবা য়াওই *অফবা মীদি লাইনা পাম্মী।* মসিমক অওইবগুম তৌখি শ্রীবাম সিংহগী মফমদসু। ঐখোয়গী চাউথোকচনীংঙাই অমদি লেমজনীংঙাই ওইববা ওজা রাম সিংহ খৃঃ ১৯৭৯ গী দিসেম্বর ২২ দা মশাগী চহী ৫৬ কা খরা হেল্লকপদা মাগী তাইবঙ চেঙজেল লোইরদুনা ঐখোয খ্বাই পূন্নমকপ্ থাদোক্লমদুনা মাগী অরোইবা য়াহীপ তানখি। মাগী মতমনা শুরক্লবনিনা খনম্মী লোইশিন্দনা মাগী উপন্যাস *পুন্সিগী থাবা।* থম্মোয শোক্লখি মহাক্লা লৈখিদবদা। মাগী আত্মানা লাইরমলেনগী লৈকোন্দা চিক্লা ঈংনা পোত্থাবা পীবীবা ওইসনু তাইবঙ মপুনা।

শ্রী লৈতাঙ্খেম রাম সিংহগী শন্নপ্লা পুন্সি রাত্রী অমসুং থবক

# শ্রী লৈতাঙ্থেম রাম সিংহগী "জাৎ ওনবা" গী অশম্বা ৱারী

## অহানবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনী থৌবাল কিয়াম সিফাইদা লৈবা ছাত্র ছাত্রীনি। মখোয়গী য়ূম থোইনা পংলাপ লাপ্লদে, সোরোক্কী ৱাংবা ৱাংমদনি, নবকিশোরগীনা অৱাংদা যামিনীগীনা মখাদা। মখোয় অনীমক শীংজমৈ চীংঙা মখাদা লৈদুনা লাইরিক তম্মী : নবকিশোরনা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা অদুগা যামিনীনা তম্ফাসনা গার্লস হায় স্কুলদা। নবকিশোর মেট্রিক পাস তৌরে অদুগা য়ামিনীদি ক্লাস নাইনগী পরীক্ষা থারমদাইদা লাইরিক তম্বা তোকখি। যামিনী ব্রাহ্মণ চনুনি, অরিবমনি, চহী তরাতরেৎতা মঙায়রি, মশক মতৌ ফজে কুলৈ কুচুনি, মশম-মনা তরু তরুই, মীয়ায় ওইনা চাউই, ৱাহৈ খোনফম ফজে, ঈংতপ্পী, মবূং তরেৎকী মনুংদা তাঙনা মতোমতা অরোইবদা য়াওজবী নুপীমচানি, মমা মপানা খজিক লাইরখিবনা মহাকপু মখা তানা লাইরিক তমহনবা ঙমখিদে। নবকিশোর চহী তরামাপল শুরবা নুপামচানি, য়ূম্নাক্লা খাঙেম্নমনি, মহাকসু মশক মতৌ ফজে, শাওং-শাদা চূং-ফিরান চায়, হাইরপ রাং চাউই, পূকচেন খোয়জেন য়াম্না তপ্পী। দশুমতী কৌবী থৌবাল এম ই স্কুলদা ক্লাস ফোরদা তম্বী মচলনুপী অমা লৈ, মমা মপানা পোকচবা মচা মখোয় অনীতনি। মখোয়গী ইমুং মনুং মচীঙ্গাক কাবক-কাবক চাজরিবা ইমুংনি। মপানা নবকিশোরবু

ওইনা লাকপনি, লাইবিক লৈব্রা হংজিন্নবনি হায়বদুনা চিঠি অদু যামিনীদা পী। চিঠি অদু ফাকতোক্তুনা মখোয় অনী পার্মিন্নৈ। চিঠিগী ৱাবোল অদু যাম্না লুবা অমসুং অৱাবগী মতাংনি, মুন্না খল্লু হায়বন্নগা সখী ময়ূমদা হনখি। মতা সখীনা হায়বশ্না ৱাফম অদু যামিনীনা মুন্না খল্লবা তুংদা মাগী ৱাখল অমুক হোংজবোই, মহাক কন্নাগীস্ নৎত্রে, পুন্সিগী অৱা- নুংঙাই পুম্নমক্তা শরুক যাজগনি হায়বগী বাবোল যাওববা চিঠি অমা ইখি। চিঠি অদু নবকিশোরগী মফমদা যৌননবা খুদোংচাদবা খবা লৈবদগী পীথোক্তুনা মহাক্কীদা তবানিমুক লৈখি।

## অহুমশুবা মতাং

যামিনীদা পীখিবা চিঠিগী পাউখুম ফংদবা নুমিৎ তবান থাখায ফাঙিল্লকে। মপূক্লিং লাঙতক্লববা নবকিশোর নোংমা মখূৎতা লাইবিক মচা অমা পায়বদুন। যামিনীখোযবোমদা চৎখি। মতম অদু থৌবাল কৈথেল কানবা মতমনি। নবকিশোরনা থুংলুবা মতমদুদা যামিনীগী মমা বাধে কৈথেল চৎনবা থৌবাং তৌবম্মা, মবুং খর্বাদ চৎথোক্লখি হবনা ইংখোলদা থবক শূবি। যামিনীগী মপাবুং সনাজাওদি মতম অদুদা লংঙৈ চৎখিদুনা ময়ূমদা লৈখিবমদে। নবকিশোরনা থুংলুবদা যামিনী ইযোংফি শাবম্মী। বাধেনা মচানুপীদা ফিদা পুখোববকউ থৌদাই। যামিনীনা ইমুংদগী তক- তকৱ ফদা ফক মচা অমা লৌথোক্লদুনা থাই। অতৈ লৈত- লাইবগী বাবা কযাগা লোয়ননা যামিনীনা লাইবিক তম্বা তোকপগী বাবাসু শাই। ঙাইহাক বাবী শানববা তুংদা "... ৎবুংঙো ... ঙাইহাক ফমহৌখোকো" হায়বন্নগা নাখে কৈথেলদা চৎখিবম্মী। হৌজিক মখোয অনীদা মঙাযবে। নবকিশোরনা মাগী চিঠিগী পাউখুম ফংদবগী ৱাফম পনবগা লোয়ননা মহাক্কী যামিনীগী পূক্লিং কবিনো অশেংবা খঙনীংই মশা (নবকিশোর) লাক্লিঙৈদা শেংদোকাপযু হায়খি। যামিনীনা মাগী চিঠি অদু যৌহন্নবা মী নাতৈ চাদবদগী ঙর্মাখদবনি হায়না শেংদোকপগা লোয়ননা মপূক্লিংগী অবেপ্পা ৱাবু ইজববা চিঠি অদু পুথোক্তুনা নবকিশোরগী মফমদা পীজৈ। চিঠি অদু নবকিশোরনা লৎনদনা হবাও- হবাও লৌশিল্লগা মহাক্কী ফুবিৎখাউদা হাপচিনখি অদুগা মখোঙনা থোংনা লাক্তুনা পাউখুম- চে লৌজবে পূক্লিং নুংঙাইনা ৱাইশংনা হবাওনা লৈবিহৌবোকো হায়বকখি। যামিনীনা পুম্নমক মহাক্কী মবালনি যাজখি। লাক্লিবা

[redacted]



শ্রীপঞ্চমী নুমিৎতা "কাইনা" পুকুম্না চৎমাম্নসি হায়নবনা তুংদা নবকিশোর ময়ূম হল্লকখি।

## মরিশুবা মতাং

যামিনীখোয়দগী হনখ্রগা নবকিশোর ময়ূমদা মতোমতা চীক্লা মাগী লাইরিক পাক্ষম কাদা যামিনীনা পীবকপা চিঠি অদু পাখি। চিঠি পাকুবদা মমীৎতগী পি চদুনা চুম শীপ্পখি, যামিনীগীদমক হায়নীংঙাই লৈতনা ৱাখি। মশুংলাংগীদমক ব্রাহ্মণ চন্ন হমনা নুংশিববা মমা মপাবুং অমসুং মবূং তবেৎ কায়নবা তাবা, চান্নববী কৈবে ৷ লৈকাইগী মমান্নবী সখীনচিংবা শেৎনবা তাবা, পোক্লক্ষম লমদম থাদোক্লম্না তাব হায়বসিদনি নবকিশোরনা ৱাখিবা। মৈত্রবাক্কী ৱাংনা থিংখ্রবা চৎনবী পলগী ঈং ংমদা মখোয় লানমিন্নবগী মতম অমা লাক্লগনি, মদুদা পাঙ্গল শোনবী মাবু মাঙ থাদুনা পুবদা ৱায় হায়বকলোইদ্রনে হায়বগী বাফমসু নবকিশোরগী থম্মোয়দ ফাওখি। মসিদা নত্তনা যামিনীগী ইমুং- মনুংনা মাবু (যামিনীবু) উদ্রবা নুংঙাইবোইদবা অদুগীদমকসু থোইদোক্লা ৱাখি। যামিনীগী ৱাখলদা অসুম্না লৃপ্তং লৈববা তুংদা মমানা চাক লোইবদুনা চাবগা ফমুংদা তুমথখ্রে। নবকিশোর হান্নগ নবকিশোর ওইখিদ্রে। মতাক্কী পুন্সি, মহাক্কী ৱাখল হৌজিকতি পূমওন ওনখ্রে।

## মঙাশুবা মতাং

যামিনীনা লাইরিক তম্না তোকত্রিঙৈদগী হৌনা মাবু পীযু হায়না মহে হৈব, শাগৈ জাৎ ফবা, ইনাক খুনবা, ব্রাহ্মণ কয়ানা হায়দুনা লাকপনি। "মপাবু লাকখিসনু" হায়দুনা মমা অমসুং মবুংশিংনা থিংদুনা থনম্বনি। হৌজিক্তি মপাব স্নাজাও লংফৈদগী থুংলবে। মহাক লাক্লে তাবদা মখোয়শিং অদু অমুক মহৌশা ঙং লাক্লুনা স্নাজাওদা তক্লবম্মী। স্নাজাওনসু মতীক চাববনি খঙবা ব্রাহ্মণ মচা অমদ যামিনী পীনবা থৌবাং তৌবে। ৱাবোইপোৎ পুবে, লুহোংনবগী অফবা নুমিৎ লেপথোক্লখ্রে। পূম্নমক অসি যামিনীগী পূক্লিংগী অপাম্বা অমসুং অয়াবা যাওন তৌখিবদি নত্তে। যামিনীনা তৌবীনু হায়জবা পূম্বা কবিমত্তা তাবীখিদ্রে। নোংম নোংমা হৌখিদুনা লুহোংগদবা নুমিৎ নকাশল্লকলে। ফাইবেলগী পূর্ণিমা মতুং নীং

কোনবদা হোঙগদবনি। অওং- অউলসু শেমশাদুনা থমখ্রে। যামিনী কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ মচা অমদা থাজনবা থৌরাং তৌরে হায়বা পাউ নবকিশোরনা যামিনীগী মতা সখীদগী তাবা ফংখি। যামিনী মশানা য়ারমগনি হায়বসি নবকিশোরনা থাজখিদে। অদুবু যামিনীবু অমুক্তং উনবদি পামখি। করম্বা মতমদা উনগনি খনখি। শ্রীপঞ্চমী নুমিৎ (ফাইরেলগী ৫নি পানবা) নত্তনা অতৈ খুদোংচাবা লৈতবনা নুমিৎ অদু ঙাইদুনা লৈখি। নুমিৎ তরেৎনিতা ঙায়রবা নুমিৎ অদু চহী তরেৎ ৱাৎলিবগুম তৌখি। অসুম্না যামিনীগী মফমদসু মাগী পূক্লিং করি ওইরমগনি খন্থনীংঙাই ওই।

## তরুকশুবা মতাং

ফাইরেলগী শ্রীপঞ্চমী নুমিৎনি। ঈরু-মায়থজরদুনা হকচাং শেংদোক্লরবা তুংদা নুমিৎ মাঙ্গোল ময়ায় য়ৌরকপদা নবকিশোর যামিনী অনীমক কৈরোয়-লৈকাইগী মরেং-মমান্নবা কয়াগা লোয়ননা চেঙ, থোইদিং, লৈ-শুনচিংবা খরা খরা পুনরদুনা "কাইনা" খুরুম্বা থোক্লরক্লে। লাই খুরুম্বা লাকপশিং নোংপোক পাংনা হাওখা খুঞ্জিন ফাওনা লাক্লগা অমুক চীঙ্খে পাংনা লৌবুক-লমহাঙ অমা শমদুনা লাক্লগা লিশমলোক অমসুং কৈরানবী চীংগী চীংখোঙ তান্না চৎনখি। অদুদগী অঙম্বা চীংলম্বী হাইগৎতুনা অমুক চৎলি। চীংদোন মতোন লোম্লবা মতমদা থোইনা লাপ্তনা লৈবা পোইরৌ চীংশাংগী চীংমায় নাপোম অমদা চীংমী নুপা কয়ানা হোই লাউদুনা পাম য়ানবা অদু উবা ফংখি। মদু উবদা নবকিশোর অমসুং যামিনীগী মপূক্লিংদা নুংশি-নুংওন পোক্লখি, মীৎতগী পি শীম্থনখি, মখোয়গী পুক্সিদা তুংদা করি থোক্লগদগে খন্নখি। অসুম্না মথং মথং লাক্লবা তুংদা কাইনাগী চীঙ্গোল য়ৌখি। কাইনাদা থুংলবা তুংদা মানা মানা পুরকপা চেঙ, থোইদিং, লৈ-শুনচিংবা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিগী মফমদা কৎতুনা মানা মানা নিনীংবা অপাম্বা নিদুনা লাই খুরুম্নখি। যামিনীসু মাগী অপাম্বা হয়েং মতম অমদা নুংশি মশুংলাংগী কন্না চেকশিন্না খারিবা ৱাংলবা পল্লোল লানবদা মশাবীগী তুংইঞ্জবা ঙমজবা অসি পীনবীয়ু হায়না নিজখি। লাই খুরুম্বা লোইরবদা অয়াম্বা মাগী মাগী ময়ুমদা হন্নখি। নবকিশোর অমসুং যামিনীখোয়গী কাওবুদি পোইরৌ-খোংজিন অমসুং ৱাংখেমলোমদা লাক্তুনা য়াইরিপোক লম্বী তারকখি। লম্বী অসিদা লাক্তুনা থৌবাল কৈথেল কানবা মতমদা থৌবাল কৈথেল

[redacted]



য়ৌরক্লগা মাগী মাগী ময়ূম পাংনা চৎনখি। হল্লকপগী লম্বীসি মাইল তরুক তরেৎলোমনি। ব্লারী শানা শানা নবকিশোর অমসুং যামিনী হল্লকখি। ব্লারী শানবদা লুহোংবগী ব্লাফম অমসুং মখোয়গী পূক্লিংগী অরেপ্পা ব্লা ফোংদোক্লখি। নুমিৎ অদুগী শ্রীপঞ্চমীগী লিক্লোল শান্নবদা যামিনীনা নবকিশোরদা লাক্কদ্রা হংজবদা নবকিশোরনা লাক্কনি য়ুম য়ৌরে লৈহৌরো হায়রম্লগা মখোয় অনী মাগী মাগী য়ুমদা চঙনখি।

## তরেৎশুবা মতাং

শ্রীপঞ্চমী নুমিৎকী নুমিদাংনি। ওইনাম সখীগী মাঙ্গোলদা নবকিশোর অমসুং যামিনী পাখং লৈশাবী কয়াগা লোয়নননা থাউমৈ পেট্রোমেক্স অচৌবা থান্দুনা লিক্লোল শান্নরি। পূং ২/৩ লোম পো চৎনদুনা লিক্লোল শান্নরবা তুংদা পাখং লৈশাবীশিং অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা মহৈ মহৈ ব্লারী- ব্লাতাই শাবা হৌনরকখি। নবকিশোরনা যামিনীদা মৈতৈ মচা মহাক্লা ব্রাহ্মণ চনু মহাক্লা (যামিনীগা) চুম্না নুংশিনরুবদগী পংহায় হায়নখ্রে, মদুনা পুন্সিগী অরোইবা ব্লারেপ্নি হায়না লৌবদি য়াবা নত্তে, মৈত্রবাক্কী চৎনবীগী পাল অমা লৈরি, পল অসিবু খঙনা খঙনা উনা উনা চৎপা তারবদি পোক্লফম লমদম থাদোক্কুনা কদায়দনো চৎপা তাবনি, ইমুং-মনুং, ইমা ইপা, শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাং কায়নবা তাবনি। তু-খোং, পাৎ-তুরেল কয়া লানবা তাবনি, মৈত্রবাক্কী চৎনবীগী ব্লাংমদা কনা খঙদা কনা উদা মখোয় লৈবা তাবনি অদুনা মুন্না খল্লু! পুন্সিসিমগী ওইনা ঙসিদগী মখোয় অনী কায়নরে হায়না লৌনরসি হায়না যামিনীগী পূক্লিংগী ব্লা খঙনবা হায়রকখি। মদুদা যামিনীনা থম্মোয় শোক্লা কপ্না কপ্না অসিগুম্বা ব্লাফম পুশিনবীদুনা থৌরমশিংদু পাঙথোকমিন্নবদা খুরৌ চেননি খনবীবরা হায়না হংজবগা লোয়নননা "নতুং ইঞ্জগে থাদোকপিগনু" হায়জখি। যামিনীগী পূক্লিংগী অরেপ্পা ব্লা খঙলবা তুংদা লুহোংগদবা নুমিৎ কয়াম ব্লাৎলিবগে হংবদা ফাইরেল থাগী পূর্ণিমা মতুং নীনি কোনবদা থোকই হায়না খুম্বা তাবদা নবকিশোরনা ফরে অদুদি পূর্ণিমা নুমিৎ অদুদা মখোয় খোঙশাল্লসি হায়খি। নুমিৎ অদুগী নুমিদাং মী অয়াম্বা তূম্না হীপ্লখ্রবা মতুং খরা ওইরপ্না খোঙশানসি হায়না মতম লেপ্লখি। অদুদগী নোংঙাল্লমদাই য়ৌরক্কুনা লিক্লোল শান্নবা লোইরদুনা পাখং লৈশাবীশিং মাগী মাগী য়ুমদা হন্নখি।

## নিপালশুবা মতাং

ফাইরেলগী পূর্ণিমা নুমিৎনি। যামিনীগী লুহোংবগী হুমনিদা মঙায়রে। মথংগী নুমিৎতি বর বাঁতিন চৎলগদবনি। যামিনীদি হৌখিবা শ্রীপঞ্চমী নুমিৎতগী হৌনা মমা মপা, মবুং তরেৎ, মতা সখী অমদি মরূপশিং কায়নরগনি অমুক হন্না উনররোই খল্লুবদা কপ্পুনতা লেল্লকলিবনি। মাগী মতৌ উবদা মমা রাধেনা করি মনীং থুংদবা লৈবগে হংবদা কায়নগদবা ময়াম অমা অমুক হন্না উনররোই খল্লুবদা পূক্লিং নুংশিরকপগী তৌবনি খুমখি। মচাগী পূক্লিংগী ৱাফম অদু খঙদবনিনা রাধেনা করিগী উনরোইদৌরিবনো চীংলোন মাপল লান্না অরাপ্পদা লৈরুগদবা নত্তে, ইম্ফালগী বামোন লৈকায়দনি, নকখ্রবনি, লম্বী থোংসু ফরিসিদি, হৱাগাড়ীনা অতৎ-অখম লৈতনা চেল্লিবসিবু, নোংমা-ফাদোক লাকপদা ময়াম পূম্বা উনরবা য়াই হায়খি। মতুংদা মমা মচা নুমিদাংগী চাক চামীন্নখি। চাক-ঈশিং চাবা-থকপা লোইরদুনা লোইনমক মাগী মাগী ফমুংদা হীপ্পুনা তূম্নখ্রে। খ্বাইনা তূম্নখ্রবা মতমদা যামিনী মাগী ফমূংদগী হৌগৎলগা থাউমৈ পোদোল চূখৎলগা চিঠি অমা ইখি। চিঠি অদু মাগী মোন মখাদা থামজিনখ্রে। অদুদগী মহাক নবকিশোর লাকপগী পূংফম ঙাইদুনা লৈখি। অমরোমদনা নবকিশোরসু মমা মপা, মচল, মরূপ শ্যামা অমদি অতৈ মরূপ মপিজাশিং কায়নরগনি, পোক্লফম লমদম থাদোক্তুনা চৎপা তারবনিকো খল্লুবদা মমাংতগী পি অতৎ-অখম লৈতনা জর জর শীন্থখি। অদুবু নুংশিবগী মৈচাক্লা পূম্নমক অরেম্বা ওইখি। হায়নখিবা পূংফম য়ৌরক্লবদা যামিনী ফমুংদগী কুমথরক্তুনা নাশোন পিক্লা মপাল থোরক্তুনা নবকিশোর লাকপা ঙাইখি। তাঞ্জা অসিদা নবকিশোরসু হায়নখিবা মতুংইন্না ময়ূমদগী খোশাল্লক্তুনা যামিনীখোয়গী লাইশঙ ময়াদা বোকুল পাম্বী মরুমদা যামিনী থোরকপা ঙাইখি। যামিনী থোরকপা উবদা নবকিশোরনা "যামিনী! ইবেম্মা চৎলসি" হায়দুনা খূজেং পায়রগা থোঙ্গাললোমদা অদুম থোকমিন্নরকখি। অৱাংপাংনা সোরোক্কী মতুংইন্না চৎলগা তাংজেং উচান পোকপী চীংখোঙদা হৌবা খোংনাং বটকী মখোঙদা ঙাইহাক পোত্থারগা নোংঙাল্লমদাইদা চীংখোঙদা উচান পাম্বী কূংনা হৌরবা চীংমায়দা খূৎলৈ থুনা হাইগৎতুনা চীংদুদা কাখৎলি।

## মাপলগুবা মতাং

নোংঙানগদবা কুইরকত্রবা মতমদা যামিনীগী মপাবুং স্নাজাও মঙ অমা মঙখি। মমঙদুদা মহাক চীংজাও অমগী ঙম্লবা চীংমায় অমদা হাও পাখং অমগা হাও লৈশাবী অমগা পাম য়ানবা উখি। মতম অদু কালেন থাগী অয়ুক্কী চাক- ঈশিং চান- থক্লবা মতম ওইনা তৌই। মখোয় অনীমক মরক মরক্তা মপি চদুম চদুম তানা মৈতে তম্পাকলোমদা য়েংথরকই। লৈশাবী অদুনা মপুক্লিং য়াম্না নুংশিনা ঈশৈ শকই, পাখং অদুনা লেপ্তুনা থম্মোয় শোক্লা তায়। ঈশৈদুদা মখোয় চীংদা লাক্কুনা লৈররে অৱাংবা চীংনা খনজিনখিদুনা পোক্নফম লমদম অমুক উখিদ্রে হায়না পল্লি। অমুক পাম য়াল্লি। স্নাজাও মখোয়গী মতৌ উবদা মমীৎতগী পি শীন্থখি। অদুদগী মখোয় চীংদোন লোম্না কাখ্রগা অতোপ্পা চীংচেপ অমদা হাইথখি। অদুদগীদি মখোয়বু উবা ফংখিদ্রে। তাঞ্জা অদুদা যামিনীগী মমা রাধেনা হৌদোকপদগী স্নাজাও মিকপ খংথোক থোকখি। রাধেনা স্নাজাওগী মফমদা যামিনী লৈতে, কৌবদসু খুমদে, থাউমৈ পোদোলদি চুখৎতুনা থনম্মী হায়না পাউদমখি। মবুংশিসু মিকপ থোক্লরক্লে। "যামিনী, যামিনী" হায়না কৌরদুনা কোইথি থিনখি। লৈকাইগী মীসু লাক্কুনা থিবা য়াওনখি। থিবা ফংখিদে। কনাগীদা লৈরমগনি, কদায়দা চৎলমগনি, মতোমতা শিজরমগদ্রা, মাগা নুংশিনবা কনাগুম্বা অমদা চেনলমগদ্রা হায়না লেপ্পা ঙম্লখিদে। হয়েং লুহোংগদবা নুপী মশা মাঙখ্রে, থিবা ফংদ্রে হায়না থানাদু তাক্লুরে থানা বাবুশিংনা নুপী মশানা য়াদনা নমদুনা লুহোংনবা হোৎনরুব্রা, মাগা নুংশিনবা নুপা অমদি লৈরমগনি, মদু খঙফম থোকই কনানো হায়যু হায়না হংখি। মতম অদুদা নবকিশোরসু ময়ূমদা লৈতে, ঙরাং কদায়দা চৎখিবনো খঙদে হৌজিক ফাওবা ময়ূমদা হল্লকত্রি হায়না লৈকাইগী মী অমনা পাউদম্লরে। পাউদু তাবদা থানানা নবকিশোরগী মপা যুগোল অমসুং মমা কবোকলৈ কৌদুনা পাউহংখি। নবকিশোরনা যামিনীবু শোয়দনা পুরমগনি থাজনখি। থানাগী ও.সি. দা যুগোলনা থোইদোকপা খঙজদে হায়বদা মচাগী মওং করিগীদমক খঙলোইদৌরিবনো হায়দুনা মাবু ফাজিন্দুনা থমখি। অদুগা নবকিশোর অমসুং যামিনীবু ফানবা মণিপুরগী থানা লৈবা মফমশিংদা ঈ-পাউ পীখি। নুমিৎ অদুগী নুমিৎ তারমদাইদা যামিনীগী মবুং অমনা যামিনীগী মোন মখাদগী

যামিনীনা ইরম্বা চিঠিদু ফংখি। চিঠি অদুদা মৈত্রবাক্কী চৎনবীগী ঈৱাংমদা চৎচরে হায়বা ৱারোল য়াওরম্মী। অমরোমদা অমুক নবকিশোরগী মচল দশুমতীনসু মবুংনা ইদুনা থনম্বা চিঠি অমা টেবল মথক্তা লৈরম্বা থেংনখি। মচলদা ইবা চিঠিনি। মহাক ঙাওদুনা চৎলবনি, মপাবুং অমসুং মমাগী য়াথং হীকতোক্কনু হায়বা ৱারোল য়াওনা ইরম্বা থেংনখি। কবোকলৈ অমসুং ৱাধে মপারি অমসুং মমোমগী মৈচাক্লা পুক্নিগী য়েক্লবা ওইদৌরি। মথংগী নুমিৎতা মাজিস্ট্রেটকী ওর্দর অমগী মতুংইন্না যুগোল সিংহবু থাদোকতনা মতম খরা অমুক থমখিরম্মী।

## তরাশুবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনী তাংজেংগী উচান পোকপী চীংমায়দা অহিংগী শরুক খরা য়াওন- য়াতামিন্নখি। অদুদগী চীঙ্খো হুল্লকপদা ফুক ফুক হৌগৎতুনা খুৎলে তুনা ৱাইথৌ চীংগোলগী চীংমায় পরেংদা চৎখিদুনা পুং অমরোমগী মনুংদা ফুনাল মরিংগী চীংশাং য়ৌখি। অদুদগী অমুক চীংদোলদা খরা চৎলগা থিয়াম চীংজিন্দা থাথখি, অদুদগী অমুক চনম সন্ত্রোক, কৈরাউ লমদুম্মচিংবা চৎলগা অয়ুক্কী চাং ঈশিং চান-থক্লবা মতমদা ইরিনবুং কৈথেল য়ৌখি। পোথাবা তৌদনা অসুম চংখিবনা ঙাবিয়ান চীংখোঙ ফংখিরম্মী। অদুদগী অমুক পংচৎতা চৎখিদুনা নুংথিল পুং মঙারোম তাবদা য়াইরিপোক কৈথেল য়ৌখি। লমশাং চৎপগী হৌনবা ৱাবনা মফে তানখি, খোঙ থাংবা থোক্লখিদে। ৱায় হায়দুনা কুইনা পোথাবা য়াবসু নত্তে। য়াইরিপোক কৈথেলদগী অচা- অথক কবোক-হৈবোক্লচিংবা খরা লৈদুনা চামীন্নরগা অমুক খেংনাংপল অমসুং শিখোং নিঙেল তাবা লম্বীদা চৎতুনা য়াচঙবা মতুং খরা চেন্থরগা কৈথেল-খম্বা মতমদা নিঙেল য়ৌখি। নিঙেলগী যুম অমদা অহিংদু লেল্লে, নোংগাল্লগা অমুক খোঙশাল্লে। খরা চৎলবা মতুংদা অচৎ- অওক্লা মখোয় অনীবু শানানা ফানবা কোইথি থিরি, যুগোলবু হাজত্তা থমগ্রে হায়নবা, ঙাওনবা মখোয়না তাখি। করি তৌসিগে খন্নরবা তুংদা নবকিশোরনা ফুরিংখাউদগী চে কলম লৌথোক্তুনা চিঠি অমা ইরে। থৌবাল নৎত্রগা ইম্ফাল য়ৌগদবা মী অমত্তং ফংলবদি খল্লিঙৈদা অহল ওইরপ তৌবা নুপা অমা লম্বীদা লেংকোৎ পোলাং অমা পুদুনা লাকপা উখি। মহাক থৌবাল কিয়াম সিফাইদা চৎকদবনি হায়বা ৱারী শানবদগী



খঙখি। নুপা অদুদা থৌবাল ডাকঘরগা চিঠি অদু থাদবীরয়ু হায়না শিন্নখি। নুপা অদুনা চিঠি অদু পুরগা অদুম চৎখ্রে। নবকিশোর অমসুং যামিনী অনীসু অৱাং- চীংখৈ পাংনা চীংনুং মানুংদা চীংলক্কী লম্বী মচা অমগী মতুংইন্না পংচৎতা অদুম চৎমিন্নখি। ঙসি চিঠি শিন্নখিবা নুপা অদু নবকিশোরগী মপাগা হেক পোকমিন্নবা মখুরানি। নবকিশোরনা চহী ৫ / ৬ শুরকপা অদুৱাইদা কবোদা চৎতুনা লৈরুখিবনি। কবোদা লৈবা নুংঙাইরকত্ৰদুনা অমুক থোরকপনি। উনবদা মখোয় অমগা অমগা শক খঙনখিদে।

## তরামাথোইশুবা মতাং

যামিনীগা নবকিশোরগা মাঙখিবা নুমিৎ হুমনি শুজিল্লকলে। যামিনীগী লুহোংবা কায়রে। হুমনিশুবা নুমিৎতুগী নুংথিল পূং মঙারোম তাবদা থৌবাল ডাকঘরদগী চিঠি অমা ডাকপিয়ন অমনা পুরক্তুনা থৌবাল পুলিস ষ্টেসন্দা পীরে থানাগী মীশিংনা চিঠি অদু ফাকতোকতুনা পারে। কনানা কদায়দগী থারকপনে হায়বদু করিমত্তা ইরমদে। চিঠিগী ৱারোলদা লোৎখ্রবনি, ফংলরোই, মখোয় অনীগী লৈফম খঙলরোই, মতম চানা তাকলকখিনি, মরাল লৈজদবা মহাকপু হাজত্তগী থাদোকপিয়ু হায়বসি য়াওরি। থানাগী দারোগা বাবুনা মরী লৈনবা মীপূম খুদিংদা চিঠিগী ৱারোল খঙহনখি। নবকিশোর অমসুং যামিনী চৎমীন্নখ্রবনি হায়বসি থাঙ্গে শেংলবনি লৌনখি। মাজিষ্ট্রেট সাহেবনা যুগোল সিংহবু মচানুপা নবকিশোর অমসু যামিনী ফংনবা থিরু হায়দুনা জামিন্দা থাদোকপিখি। নবকিশোর অমসুং যামিনী অনীদি অসুম অসুম পংচৎতা চৎখিদুনা ফাঞ্জংখোং অদুদগী অমুক চীংদা তাবা খুল মচা মচা লাম্থোক্তুনা চৎখ্রগা ৱাং- চাউরবা ঙম্লবা কসোম চীংজাও কাখি। য়াম্ন ৱানা চৎলবা তুংদা উচিন- নাচিন্না কসোম চীংজাওগী চীংদোল মতোল লোমখি। অদুবু মখোয়না থুংলবা মতমদুদি য়াচঙবা মতুং ওইরুবনা কসোম খুলগী পম্থোং থিংলমলে। খুল নামুংই হায়দুনা অয়ুক নুংথিল ফাওবদসু লমলানবা মী অতৈ চঙব য়াদ্রিবনি। পম্থোঙদা লেপলিঙৈদা খাক লাউবগা লোয়ননা অকনবা নোং চুখি মখোয় অনীমক মফি- মরোল পূমচোৎ চোৎলে। মরক মরক্তা নোংথাং কৃপ্পী। নোংথাং কৃপ্পদা ঙানথোরকপা অদুদা হাও খরনা মখোয়বু উখি। নোংসু হাইফেং

[redacted]

পাথরকপগুম তৌখি। নামুংবা মতমদা মতম চাদনা লৈবা কনা কনানো খঙগনি হায়দুনা হূইয়াম অমগা লোয়ননা চীংমী নুপা নুপী কয়া তা অমমম পায়দুনা চঙশিন্নরকই। নবকিশোর অমসুং যামিনী অনীমক কিবনা থক থক নীকখি। নবকিশোরনা ময়াম অদুদা মখোয়বু ঙাকপিনবা হায়জখি। মখোয়গী মরক্তগী অহল ওইরবা কসোমগী খুল্লাকপনা হংবা ৱাহং কয়াগী পাউখুম নবকিশোরনা পীরদুনা মখোয় লাকপগী মরম, মখোয়বু থিবা কয়া চিংখদনা তমখি। মৈতৈলোন খঙদবা চীংমী অতৈদুদা খুল্লাকপনা মরম পূন্বা হায়রবদা মখোয় নবকিশোর অমসুং যামিনীবু য়াম্লা নুংশিখি। খুল্লাকপনা মখোয় অনীবু ময়ূমদা পুবীরকখি। অতৈ ময়াম অদুদি মখোয়বু থিনবা য়াওরম্লগা মহৈ মহৈ ময়ূম ময়ূমদা হন্নখি। খুল্লাকপগী য়ূমদা মৈ ড্রুং ড্রুং থাগৎপিদুনা মৈ তিকহনখি, মফি মরোল হোংদোকহনখি, অচোৎপা ফিশিং অদু মৈদা য়াইদুনা ফৌবিখি। থোং থাক্লবা মপোৎ মচৈ পীবদা ৱারে হয়েং ওইনা চাজরগে তূম্লবা হোৎনজরগে হায়খি। চাদ্রবদি ৱারনি তূম্বা য়ারোই হায়দুনা পান্দুম অমগা মঙ্গ্রাগা লৌবীরে। তূমফমসু খুল্লাকপীনা শেম্বীরে। পাল মঙ্গ্রাদু চাদুনা অমসুং ঈশিং খরা থক্লুনা নবকিশোর অমসুং যামিনী হীপফমদা চঙদুনা তূমখি।

## তরানিথোইশুবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনী কসোম খুলদা নুমিদাং থুংদুনা অহিংদু খুল্লাকপগী য়ূমদা লৈরে। নোংঙাল্লগা নবকিশোরনা খুল্লাকপগী মফমদা মখোয়গী ওইরিবা ফিবম পূন্বা হায়দোকলে। খুল্লাকপনা মখোয়বু নুংশিবীরদুনা মাগীদা লৈনীংলিবা মখৈ লৈবা য়ানি অদুগা করিগুম্বা মাগীদা লৈবা য়ারকত্রবা থোক্লবসু মখোয় অনীগীদমক অতোপ্পা মফম অমা য়েংদুনা নুংঙাইনবা শীনবীগনি হায়বীখি। খুল্লাকপগী ৱা তাবদা নবকিশোর অমসুং যামিনী য়াম্লা হরাওখি। শুফম থোকপা থবক শূজগে হায়জবদা অহানবদা খুল্লাকপনা য়ানীংদ্রবসু নবকিশোর অমসুং যামিনীনা মখোয়গী পুন্সি য়ারবদি "ইপাখোয়গী নরক্তা তিন্দুনা অসুম লেঞ্জগে খঞ্জরবনি" হায়রকপদা "হোয হোয়, ফরে ফরে, ইচা অনীনা পাম্বতা তৌজৌ" হায়বীরে। মীনা থিরকপদা খঙদনবা হাওফি ফিরুবাকতগী লৌথোকতুনা পীবীরে। মখোয়গীদমক চেঙ-চাক কোল-লীক পীবীরে। ঈশিংখোং লৈফমসু তাকপিরে। ঈশিং শোকমিন্নরুরে। ঈশিংখোংদা কোল



অমু-অরাক্লচিংবা খক লূপশিন-লাকশিনগনু লাইগী ৱায়েল মতুংইন্না লমদমদুনা শা লাক্কনি তাকপিরে। উশা য়াল্ল... চিংদুনা পুবসু য়াদেকো তাকপিরে। নুমিৎ অদুদগী মখোয় হাওফি শেৎতুনা কসোমদা লৈবা হৌখি।

## তরাহুমদোইশুবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনীনা কসোমদা লৈরকপা চহী অমা ফাজিল্লকলে। ময়ূমলোমদা মখোয়গী ঈ-পাউ করি অমত্তা তানখিদ্রে। নোংমা লৈত-লায়রগী হঙ্গল হন্দা কসোমদা চৎপা নূপা অমনা চহীমুক্কী মমাঙদা পাখং অমগা লৈশাবী অমগা কসোমগী চীংখোঙদা নুংথিল পূং ৩/৪ রোম তাবা অদুৱাইদা চৎমীন্নবা উহৌই হায়না নবকিশোর অমসুং যামিনীগী মমা মপাদা তমখি। খুদক অদুদা যামিনীগী মপাবুং স্নাজাওসু যামিনীনা ময়ূম থাদোকতুনা চৎখিবা নুমিৎতুগী অহিংদা মহাক্লা মমঙদা চীংমী পাখং অমগা চীংমী লৈশাবী অমগা চীংদা পাম য়ানমিন্নবা উখিবা অদু নৌহৌনা মীয়ামদা লীখি। থাক্তবা অমগা লোয়ননা কসোম তান্না নবকিশোর অমসুং যামিনীগী খোঙ্গুল লীবা চৎনখি। মখোয়গী খোঙ্গুল লীরকলে হায়বগী পাউ তাবদ কসোম খুল্লাকপনা মাগীদা লৈবা য়াররোই হন্দুনা মখোয় অনীবু পুদুনা চীংনুংদ চৎতুনা খোংজাই হাওখুল কয়া লাম্থোক্তুনা খল্লাং খুলদা মাগী মরূপ খল্লাং খুল্লাকপ তাংখুল হাওবদা মখোয়গী ৱারী-ৱাখোঙ নিংথীনা লীদুনা মখোয়বু মচাগী পান্দম শুম নুংশিনা থম্বীয়ু হায়না শিন্নখি। খল্লাং খুল্লাকপনসু মখোয়বু য়াম্না নুংশিনা লুনা থম্বীখি। মঙানি শুবা নুমিৎতা খল্লাং হরাওই। নবকিশোর যামিনী অনীসু হরাওবা য়াওই। কসোম খুল্লাকপসু মাগী কাঙবুগা লাক্লুনা হরাওবা য়াওই। অমরোমদা নুমিৎ হুমান মরিনি চঙনা কসোম তান্না চৎতুনা মখোয়গী খোঙ্গুল লীবা লাকপশিংনা মখোয়গী ৱা হংলকপদা কনা অমওনা খঙই উই হায়খিদ্রে, খঙদে উদে, তাদে লাকতে হায়বা পাউখুমতমক ফংখি। কারিসু তৌনীংঙাই লৈত্ৰবদা খোঙ্গুল লীবা লাকপশিং নীংবা কায়দুনা হন্নখি।

## তরামরিশুবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনী অনীনা খল্লাং হাওখুন্দা লৈরকপা চহী অমা মখায়রোম ফাজিল্লকপদা নুংশিরবা মপারী অমা ফংজরে। খল্লাংগী খুল্লাকপনা



মখোয়গীদমক য়ূম অমা তোঙান্না শাবীরে, পামলৌ চীংমায় অমসু পীবীরে। মখোয় পাম য়ান্দুনা থবক শুবা নিংথীনা হৈরে। মচাদা মচাদৌনা খুল্লাকপনা মখোয়বু থম্বীবা অদুদা পেল্লদুনা মখোয় মফম কদায়দা অমুক চৎনীংদ্রে। মখোয়গী মিং চীংমীগী মিংদা ওন্থোকপিরো হায়জখি। খন্নাংগী খুল্লাকপনা মতাও কসোমগী খুল্লাকপা কৌদুনা খন্নরগা নবকিশোরবু অমেবা অদুগা যামিনীবু শঙনু হায়না থোনখি। চীংমীগী পুন্সিদা হিংজরবসু চীঞাকতি কামখিদে, হান্নগুম তরু তরুই। অদুবু চেঙহী উতিদি মহৌশাগুম পংতোয় তোয়না লুখিদ্রে, মশম মনা থাউ তৌখিদ্রে, মকোক মরু শমজেৎ পঙনা হাৎখিদ্রে। মতম খরা লৈরগা মখোয় মপারী অদু হাওসমদা হাপ্তুনা পুরগা খুল্লাকপনা পীবীবা চীংমায় অদুদা পাম য়ানবা চৎলি। মচাবু শুমদুনা থল্লগা হোই লাউদুনা পাম য়াল্লি। কালেন থানি, হুমাং তপ তপ তাই। যামিনীনা চীংনা খঞ্জিন্দুনা উবা ফংদ্রবা পোক্লফম লমদম শৈথাদুনা ঈশৈ শকই। নবকিশোর পূক্লিং চঙনা তায়। অদুদৈ মখোয়না কাইনা খুরুম্বা চৎপদা পোইরৌগী চীংমায়দা হোই লাউদুনা চীংমীশিংনা পামলৌ য়ানবা উবদা মখোয়গী মীৎতা পি তাখিবদো অরেম্বদা তাবা ওইরমদ্রে, তুংদা থোক্লগদবা খুদমগী মমী ওইনা তমখ্রবনি হায়না নীংশিংনৈ। অতিয়া তরু তরুবা নুমিৎতদি খল্লাং চীংদগী খা-নোংপোক পাংনা য়েংখিবদা অৱা লৈবাক্কী অঙ্গো চীংশাং, নিংথি তুরেলনচিংবা উই। চীংলোন কয়ানা খনখিবনা পোক্লফম লমদমদি উবা ফংখিদে।

## তরামঙাশুবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনীনা ময়ূম থদোকখিবা চহী তরারোম শুজিল্লকলে। কৈরোয় লৈকায়গী মী অয়াম্বনদি মখোয়বু কাউখ্রে। মমা মপাশিংদি নীংশিংদুনতা লৈ। করম্বা মতমদা মচাশিংগী মশক অমুক্তং উবা ফংলখিগদগে খন্দুনতা লৈরিবনি। নোংমা যামিনীগী মমা রাধেনা মমঙদা মচা থিরিবনি হায়দুনা পংচৎতা চৎলি। চীংনুং মানুং ওইনা তৌবা নারক মোংশোং অমগী মনুংদা উখাদা লাইনীংবী হাওনুবী মোতাই শুদাইনবী মৌ নহাগুম্বী অমা লাইনীংবা উখি। মঙোন্দা রাধেনা যামিনী উৱা হংবদা নুপী অদুনা ইমা নহাক কনানো কৈদৌবা লাকলিবনো হংখি। মচা যামিনী উৱা হায়রল্লগা রাধে ৱাম্থখি। নুমিৎ মমশীল্লক্লবা মতমনি। নুপী অদুনা রাধেবু



কোনখৎপিদুনা হৌগৎহল্লগা উবনা হান্নি, খঙবনা কোন্নি, মখোয়দো নাক্তগী চৎখিনি, কুইনা পল্লমলোই, ৬ ১ পুন্সি কেমখিনি, চীংজাও অমগী মতোন্দা মপারী অমা থনমগনি অসিনচিংবা হায়খি। করি হায়রিবনো খঙদ্রে হায়বদা কোন্না খঙলক্কনি খুমখি। মতমদুদা নোংঙাল্লকপগী উচেক ৱায়া খোংলকই। রাধে মিকপ খংথোক থোকই। মপুরোইবা ম্লাজাওদা মঙগী ৱা তল্লুবদা মঙগী ৱাবু হায়রগা মদুনা অফবদি ওইররোই, ৱাগে হায়না ৱারবদা শিবা ফাওবদনি খুমখি। নোংমা চাকনিবা অহল অমা ম্লাজাওখোয়গী থোঙ্গালদগী পুন্সিগা মরী লৈনবা ঈশৈ অমা শক্তুনা চঙলকখি। ঈশৈদুগী মনুংগী ঈচেল করিনো হংবদা মীওইবা নখোয় ঐখোয় অসিবু হায়বনিদ হায়না খুমখি।

## তরাতরুকশুবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনী অনীনা চীংদা লৈবকপা চহী ১১/১২ রোম শুজিল্লকলে। মৈতৈলোল ঙাঙবদা মলোল ইখোই খোইরে। ফিজেৎসু হাওফি চপ চানা শেংলে, চীংমী মান্দা মাল্লে, কনা অমত্তনা মখোয়বু খঙগদবা লৈত্রে। নোংমদি মখোয মৈতৈ তম্পাক কুল্লসি, পোক্লফম লমদম যেংলুসি, মমা মপা, মরূপ মপাংশি উনরুসি খন্নখি। মখোযগী অপাম্বা অদু খুল্লাকপা খুল্লাকপীদা খঙহন্দুনা চৎচকপে তরুক্লি শুবা নুমিৎতা হঞ্জরক্কে হায়জখি। হায়জবদু য়াবীবদুনা চৎচক চৎচরু হায়না ময়াথং পীবীখি। যামিনীনা নমদা হাওসম নবকিশোরনা লেংকোৎ পোলাং পুদুনা অচা- অথক খরা হার্পাচিল্লগা মচানুপা পুদুনা খোঙশাল্লকলে। কসোম খুল্লাকপগী যুমদা চঙদুনা ৱারোল পূম্বা হায়রমলে। অদুদগী মৈতৈ তম্পাকলোমদা হাইথরক্কে। তম্পাক লমদম য়ৌরকপদা লম্বীদা অচৎ-অওকশিংগী মরক্তা মরূপ মপাং, খঙন- চান্নবা কয়া য়াওরকপা উখি। কনা অমত্তনা মখোয়বু শক খঙখিদে। হুর্মান শুবা নুমিৎতা পোক্লফম লমদম থৌবাল কিয়াম সিফাই য়ৌরক্লে। নুমিৎ অদু লমদাগী য়াওশঙ মৈথাবা নুমিৎনি। মমফাৎত্রিঙৈদা মখোয় যামিনীখোয়গী য়ূমদা চঙলম্মী। মমা মপা মাঙ্গোলদা উখোকতেক অমমমদা ঙাদুনা ফল্লম্মী। কদায়দগীনো করিগীনো হংবদা খল্লাং হাওখুন্দগীনি, ইম্ফাল চৎপা লাকপনি, নুমিৎ তাথোকখ্রে, গাড়ীসু অমত্তা লাকখিদ্রে, অহিংদুমতদি লেকচখিগে চঙজরকপনি খুমখি। যামিনীগী মমা মপানা মখোয়বু নুংশিবদুনা ফৈ-ফৈ লৈজৌ লৈজৌ হাযদুনা ফৌশুশঙ মচা অমদ

[illegible]

তরু তরু শেংদোকপিদুনা লৈহল্লম্মী। চাক থোংননবা চফূ উয়ানসু পীবীরে। চেঙ-চাক, ঙা-থুমদি মখোয়গী য়াওরকই হায়দুনা লৌখিদে। মাজাওনা নবকিশোরবু তুরেল তান্না লমজিংবীদুনা ঈশিং শোকহল্লে। মখোয়গী মিং করি করি কৌবগে হংবদা অমেবা অমসুং শঙনু কৌই খুমখি, অঙাংদুদি মিং থোন্দ্রি হায়খি। নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চাবা-থকপা লোইরবা তুংদা মহে মহে তূম্নখি। নোংঙাল্লে, পেচকারী নুমিৎনি। নবকিশোর অমসুং যামিনী ইম্ফাল চৎনবা শেমশারে। যামিনীগী মমা রাধেনা মখোয়দা চহী ১১/১২ রোমগী মমাঙদা যামিনী কৌবী নুপী অমগা নবকিশোর কৌবা নুপা অমগা মখোয়গী চীংদা লাক্নুনা লৈরে হায়বা তাখি লাকখিবা লৈব্রা হংবদা তাখিদে লৈখিদে খুমখি। করিগী হংলিবনো হায়বদা রাধেনা যামিনী অমসুং নবকিশোরগী মরমদা শেংনা পাউদমখি। রাধেনা মহাক মচাগী ব্রাখলদা ঙাওরবীনি হায়বদা যামিনীনা মাসু মাগী অঙাং অদু ঙাইহাক উদবদা লৈবা ঙমদে খুমখি। হাওনুবী অদুবু যামিনী মাল্লি নুংশি হায়রকপদা মাল্লবসু মাদি খল্লাং চীংজাওগী হাওনুবী শঙনু ওইখ্রেনে খুমখি। ঙাইহাক ব্রারী শানরবা তুংদা মখোয় সোরোক তান্না থোক্নুনা অরাকপা হব্রাগাড়ী অমা খাল্লগা মদুদা তোংদুনা ইম্ফাল তান্না চৎখি। যামিনীখোয়গী য়ূমদা থুংলবা, রাধে অমসুং মাজাওগা ব্রারী শানবদা নবকিশোর অমসুং যামিনী তত্তনা মীৎতগী পিরাং শীন্থখি, লোন্না লোন্না পিরাংদূ হেক হেক তৈথোকখি।

## তরাতরেৎশুবা মতাং

নবকিশোর অমসুং যামিনী ইম্ফাল য়ৌরে। পাউ-চেদা হাপ্পবা মখোয়গী ব্রারী- ব্রাখোঙ ইবা ব্রারেং অমা পীরমলে। অদুদগী অমুক থৌবাল কিয়াম সিফাইদা হল্লকলে। খাঙেম্বম নবকিশোরখোয়গী য়ূমদা চঙলকলে। নবকিশোরগী মমা মপা লৈরম্মী। শূমাঙ য়ৌরকপদা নবকিশোরনা মচলনুপী দশুমতী উখি। মচল উবদা মমীৎতগী পিরাং শীন্থখি। ইম্ফাল চৎলুবনি, চাক-ঈশিংগী থৌরাং মতমগী তাঞ্জানা য়াখিদ্রে, চু অমা অনীদা লৈজখিগে হায়খি। চেঙ অমসুং মপোৎ মচৈ পীগে চাক থোংলগা চাখো হায়বদা মতম লৈত্রে চাজররোই হয়েং হংচিৎতি আ খল্লাং হায়বা হাওখুল অদুদা চৎচরগনি য়াম্না লাপ্পী হায়না য়াখিদে। ফরে অদুদি হোরেল লম্বীদা চানবা হায়দুনা মখোয়গী অরোইবা চাক ইন্সাং খরা চংবী লাদা য়োমদুনা পীবীরে।

[redacted]

দশুমতীনা মমা মপাদা নুপামচাদ্ যাম্না নুংশি মবুং মাল্লি হায়রকপদা নবকিশোরনা মাগীসু মচল অমা যূমদা লৈহৌই য়াম্না নুংশি হায়খি। কবোকলৈনা খল্লাং কয়াম লাপ্পী কদৌঙৈ য়ৌগনি হংবদা য়াম্না লাপ্পী লেপ্পনা চৎলবদি মশেম মরৌগাদা য়ৌরুবা য়াই খুমখি। চু অহুম য়াল্লে, মকক মকক ককতুনা পীবীরে। যামিনীনা পান্দুম মঙ্গ্না অমা অনীদং মখোয়গীদি অসি মঙায়রে হায়দুনা পীরম্মী। অদুদগী মখোয় থোরক্লগা অমুক লাকপনা শ্যামাখোয়গী যূমদা চৎলম্মী। শ্যামাদি মতমদুগা বি এ পাস তৌরদুনা থৌবাল হায়স্কুলদা ওজা ওইবা চহী ৪/৫ শুরমলে। ওইনাম সখীসু মেট্রিক পাস তৌরবা তুংদা শ্যামাদা লুহোংলমলে। মহাক দশুমতীগা লোয়ননা কিয়াম সিফাইদা নৌনা লিংখৎপা স্কুল অমদা ওজা ওইমিন্নরম্মী। ৱারী ৱাতাই কয়া শান্নরবা মতুংদা শ্যামাগা অমেবগা মতাও শান্নরে অদুগা সখীগা শঙনুগসু মতা শান্নরে। শ্যামাখোয়দগী থোরক্লগা থৌবাল কৈথেল তান্না লাক্লে। কৈথেল য়ৌরগা ডাকঘরদা চিঠি অমা থাদরম্মী। অদুদগী অমুক তন্না চৎখিদুনা য়াচঙবা মতুংদা য়াইরিপোক কৈথেল য়ৌখি। মফমদুদা নবকিশোরগী মমা মপানা হাপ্পীরকপা চাক ইন্সাংদু লৌথোক্লুনা চামিন্নরগা কৈথেলগী শঙ অমদা অহিং অদু লেনখি। নোংঙাল্লগা অমুক চৎখিদুনা অয়ুক্কী চাক-ঈশিং চান-থক্লবা মতমদা কসোমগী চীংখোঙ য়ৌখি। মফম অদুদা উখা অমদা পোত্থাখি। মখোয়না পুরকপা চু অদু মকক অমমম চারে। ৱারদুনা যামিনী ঙাইহাক তূমথখি। তূমলিঙৈদুদা অকিবগী মশক ওইরবা মঙ অমা মঙখি। তাঞ্জা অদুদা নবকিশোরনা ঈশে অমা তাখি। অৱাবগী ঈশৈনি। ঈশৈদু তাবদা মহাক অৱা মৈশা লাংখি। পুন্সিগী অরোইবা পূংজা য়ৌরকলবোইরে খনখি। যামিনীবু হৌদোকই। মঙ মঙলিবা যামিনী মিকপ খংথোক থোকই। যামিনীনা মঙ অদু নবকিশোরদা মথৱাই ৱানা তমই। হাওনুবী অমনা লোক্লুংদা কোল অমুবা অমদা ঈশিং শোকপা, কৈজাও অমা চোংথোরক্লুনা হাওনুবী অদুবু লুশমদা লাক্লুনা চীংথক্তা শোরো শোরো চিংখৎপা, হাওনুপা অমনা তা পায়দুনা কৈজাও অদুগী মঙকশমদা থিনবা কৈজাও অদু লোংনা হাইথখিবা, নুপা অদুনা নুপী অদুবু পমখৎপা, অতোপ্পা কৈজাও অমসু মখোয়দা চোংশিনবা, হাওয়াম থাং তানচিংবা খূৎলাই পায়দুনা পাইশিন্নরকপা অদুদগী মিকপ খংথোক থোকপা অসিনি মহাক্কী মঙ। যামিনীনা মাগী মঙ অদু তম্বদা নবকিশোরসু মপূক্লিং য়াম্না ৱাখি। যামিনীবু মপুক্লিং ফাথবীদুনা অফা ফত্ত পূম্বা মপু

[redacted]

মাগী মফমদা শীন্নরগা লোইরে হায়রগা থেঙত্নগনি হায়দুনা কসোম চীংদোন তান্না খোঙশানখি। অঙম্বা চীং কারকপদা মচাবু অমুক পম, অমুক মাঙ থানা চৎহল তৌদুনা মাইল অনীরোমগী লম্বী হায়গৎখিদুনা নুমিৎ তাবুম তাবুম তৌরকপদা কসোম খুল্লাকপগী য়ূমদা য়াম্না ৱানা য়ৌখি। খুল্লাকপদা মখোয় থুংলরে খঙহনখি। অদুগা মৈতৈ তম্পাক্তা চৎলুবগী ৱারী লীখি। অহিং অদুমা কসোম খুল্লাকপগী য়ূমদা লেকখি। নোংঙাল্লগা নুমিৎ থোরকপদা অমুক খোঙশাল্লক্কুনা মাইল তরুকলোম চৎলগা অয়ূক্কী চাক-ঈশিং চান-থক্লবা মতমদা লোইবী খল্লাং খুল্লাকপগী য়ূম য়ৌখি। মখোয়গী পুন্সিগী মতাংদা নবকিশোরনা যামিনীদা ৱারুদুনা কান্নদে হায়রকপদা যামিনীনসু "চুম্মী করিসু থোইনা ৱাফম থোক্তে, হৌজিকতি পুন্সি য়াচঙলক্লে খোমলেন শাংনা য়াত্তাবা মতম ওইরকলে" হায়না খুমজে। মখোয় অনী মৈতৈ তম্পাকতগী হনখ্রগা খল্লাং চীংজাওগী য়ূমদা ঙাইহাক অৱা নুংশাংনখি।

## তরানিপালশুবা মতাং

য়াওশঙগী পেচকারী মতুং নোংমা কোনবা নুমিৎনি। অয়ূক পূং ৯ লোম তারে। মাইস্রাম শ্যামা ময়ূমদা মাঙ্গোলদা লাইরিক পাদুনা লৈ। মতম অদুদা ডাকপিয়ন অমনা ডাকঘরগী চিঠি অমা থিল্লকই। শ্যামানা চিঠি অদু ফাকতোক্লুনা পাই। চিঠিদু নবকিশোর যামিনী অনীগীনি। চিঠিগী ৱারোলদা নুপামচা অমগা লোয়ননা মাগীদা লাক্লম্বা হাওফি শেৎপা শেৎপী অনীদু নবকিশোর অমসুং যামিনীনি অদুগা নুপামচা অদুনা মখোয়গী মচানি হায়না পল্লি। চিঠিদু পারুবদা শ্যামা মীৎতগী পি শীম্থুখি। চিঠিগী ৱারোল অদু হায়দোকপদা থোইদোকপা অকায়বা লৈরোইদৌমাল্লে খন্দুনা যামিনী অমসুং নবকিশোরগী মমা মপাদসু খঙহল্লি। অনীমক্কী মমা মপা মখোয় লোইনা হীক হীক কপ্লখি। মাগী মাগী য়ূমদসু লাক্লম্মী হায়না মখোয় অমনা অমগী মফমদা পাউ তম্নখি। শ্যামাদা মখোয় কদায় লৈরমগনি থিরুবদা ফংগদ্রা হংখি। শ্যামানা মাসু অরেপ্পা হায়বদি ঙমদে চুম্নতা চিঠিদা পল্লকপা অদুতা তমজবনি খুমখি। লৈকায়গী মীসু তিনবা হৌরকখি। অসুম ঙাঙনরিঙৈদা নবকিশোর অমসুং যামিনীগী মরমদা ইবা ৱারেং অমা খবরদা ইবা থেংনখি, অমেবা অমসুং শঙনুনা ফোঙলকপনি। ৱারেং অদুগী মমীং "জাৎ ওনবা" হায়না থোল্লি। থৌবাল কিয়াম সিফাইদগী অরিবম যামিনীগা খাঙেম্বম নবকিশোরগা নোংমতদা অহিং অমদা মাঙমিন্নখিবা অদু খল্লাং

হাওখুন্দা তাংখুল জাৎ ওন্দুনা যামিনীনা শঙনু অদুগা নবকিশোরনা অমেবা হায়না মিং ওন্দুনা লৈরে, মখোয়গী মচা অমসু লৈরে, পোইরে মৈত্রবাক্কী চৎনবী পল্লোনগী ৱাংমদা লানবনি হায়না য়াওবা ৱারেংনি। পাউ-চেদা ফোঙলকপদগীদি নবকিশোর অমসুং যামিনী খল্লাং চীংজাওগী তাংখুল ওল্লে হায়বদু মীয়াম্না খঙনখি। মখোয়বু মীয়াম্না নুংশিবা পোক্তবা ঙম্নখিদে। মখোয়গী মমা মপাশিংদি অমুক্কা হেন্না অৱাবগী থাক অমা হাপখিরম্মী। অৱাবা ঈশৈ অমা শক্তুনা সখীনা অৱাবা ফোংদোকখি। শ্যামানা অসিগুম্বা মৈত্রবাক্কী কল্লবা চৎনবীগী চেকশিন্না খারবা ৱাংলবা পল্লোনবু নাম্থোক্তুনা চৎমিন্নখিবা অসি অতাঙবনি, পংথোক থোকলোইদবনি, ওম্থোক্লসু কল্লিদা পল অসি, পল অসিবু লাম্থোক্তুনা চৎখিবা অসিবু খোইয়ুমগী নোংদমখোল্ল হায়খি।

## তরামাপলশুবা মতাং

নোংমা লোইবী কসোম চীংজাওগী চীংখোঙদা যামিনীনা উখাদা তুমলিংদে মঙখিবা মঙ অদু নবকিশোর যামিনী অনীগী মফমদা তাইবঙদা চপ চানা থোক্লরে মণিপুর তম্পাক্তা কূম্লুবদগী হল্লকপা নুমিৎ ৫ / ৬ লৈরল্লগা নোংমা যামিনী নুমিৎ তারমদাইদা মচানুপাগা লোয়ননা মখূৎতা ঈশিং লুম্লুবগী কোল অমুবা অমা পায়রদুনা ঈশিংখোং তান্না ঈশিং শোকপা কূমথাখরম্মী। মতম অমদা নোংমা কসোমগী খুল্লকপনা তাকপিখিবা অদু কাউথোকখিদুনা ঈশিংখোংদগী কোল অমুবা অদু লূপশিন্দুনা নোম্থদুনা ঈশিং শোক্লবা লাক্লখি। খুদকতা অশোঙবদগী কৈজাও অমা খঙহৌদনা চোংশিল্লক্তুনা যামিনীগী লুশমদা লাকখি অদুগা শোঙলবা অঙম্বা চীংমায় নাপোমদা শোরো শোরো চিংখৎলম্মী। মদু উবদা মচানুপা অদুনা ও ইমা! ও ইমা! হায়দুনা খংলাউ লাউখি। পামলৌ য়াল্লুবদগী হল্লকপা নবকিশোর ময়ূমদা হল্লকপগী লম্বীদা ফত্তবা খুদমগী মশক ওইরবা শজি শঙাইগী য়াক্লবা খোঞ্জেলনা মতম চাদনা অরাক অরাক্লা মশক উবা ফংদবা মফম খঙদবা মায়কৈরোমদগী খোংলকপা অমুক অনীরক মাগী মনাকোংনা তাখিরম্মী। খুদক অদুদা নবকিশোরনা ইস করিনো ঙসিগী মতৌ অসিদি পুন্সিগী অরোইবা পূংফম হায়বদু লাক্লবরা খনখি। ময়ূম হেক য়ৌরকপদা মঙায়রি। মতম অদুদা মচানুপানা লাউরকপদু তু চুংনা তাখি। তরং মালংগী ৱাহৈ খরনা ঈশৈ ওইনা শক্লক্তুনা লমুকনহনখি। ঈশৈদুগী মরোলদি *অরোইবা*

[redacted]

*পুংজানি / খল্লাং পোন্দা চাক্তাবা / তমগী পোশ্নী চেক্লা / হন্দক মপোক লাংওনগী / পুন্সি য়াচগুলে / অরা মৈশা লাংলরোই / তাইবঙ তূমখুল তাল্লনি / হা তমগী পোশ্নী চেক্লা ও!* ঈশৈগী মরোলসি হেক মাঙখিবদা থীন্দনা নবকিশোর মখূৎতা তা অমা পায়রদুনা ঈশিংখোং তান্না থুনা চেন্থখি। কৈজাও অমনা যামিনীবু চিংবদু উখি। প্রপ প্রপ চেন্শিনখিদুনা কৈজাও অদুগী মথবাক্তা তানা থূম্না থিনখি। মদু ফাওবদা কৈজাওদু যামিনীবু থাদোকখিদে। নবকিশোরনা তাখোক পায়রগা খংমূক মূকখি। কৈজাও অদু লোংনা হাইথখিদুনা লোকখাদা থরো থরো ওন্থখি। নবকিশোরনা নুংশিনা যামিনীবু কৌদুনা তপ্না পমখৎলম্মী। যামিনী মতম অদু ফাওবা মথৱাইমক্তি লাল্লমদ্রি। মপুরোইবগী খোঞ্জেল তাবদা মমীৎ পাঙথোরকখি, "ইবুংঙো ! ইবুংঙো! হায়না কৌজখি। মচাবুসু 'ইবুংঙো ! ইমা খোল্লাং অমুক্তং ইল্লমগে লাউ" হায়না কৌরকখি। মতম অদুদা কৈ মথি ফোংলক্কুনা অতোপ্পা কৈ অমা থোরক্কুনা নবকিশোর যামিনী তন্না চোংশিনখি। পুংখায়মরুম নবকিশোরগা কৈ অদুগা লাক্লখি। অদুদগী কৈ অদু মতোম তুথজখি। তাঞ্জাদুদা নবকিশোর য়াম্না ৱানা যামিনীগী নাক্তা উপ্লাক্লা শীৎতুনা চঙশিনখি। যামিনীবু মতম্বাক্তা মোন খাঙহল্লম্লগা আ: যামিনী ! পারী ইবুংঙো ! হায়রম্লগা তুথখি। অতোপ্পা চীংমায় অমদা পাম য়ানবা হাওযাম অমসু থৌদোক থোকফম অদুদা লাকখি। মতম অদুদা নবকিশোর অমসুং যামিনীদি মপোক লাংওন অমগীদমক তাইবঙপান থাদোকখিরমলে। পাউ তাবদা খল্লাং খুল্লাকপসু য়ৌরকলে। লৌরিবা মতৌ অদু উবদা খুল্লাকপা অদু মথৱায় নুংঙাইতবনা থম্মোয় কায়খিরম্মী। মথৱায় শোক্লা কপখি। অদুবু করিদি তৌরুনি? পিক্লিবা অঙাং অদুদা "ইবুংঙো ! চীংনুং চাদি নুংশিবা ! চৎলসি লাকও !" হায়না পমখৎপিরদুনা খল্লাং চীংদোল তন্না কাখৎখি।

## অরোইবা মতাং

মণিপুর তম্পাকতগী হনখ্রবা মতুং তরুকনি শুরা নুমিৎতা নবকিশোর অমসুং যামিনী কৈনা শোক্লুনা লৈখিদ্রে, মচানুপা অমা থনম্মী হায়বগী পাউ অমা তানরকলে। পাউ অসি মখোয়গী মমা মপাশিংগী মফমদসু য়ৌস্রে। তাবদা যামিনীগী মমা বাধে "ইমাগী ইবেম্মা যামিনী..." হায়না অমুক অনীরকতং অরোইবা খোম্থাংদা কৌরম্লগা লৈমায়থক্তো অদুম ৱাম্থখ্রে। নবকিশোরগী মমা কুরোকলৈসু "ইমাগী



ইবুংঙো নবকিশোর নহাকপু কদায়দনো...” হায়না কৌর-কৌরদুনা অঙাওবী ওইনা অদুম পংচৎতা চৎখ্রে, মহাক [illegible] চুপ্পা তাইবঙপাল শেরান্নখ্রে। যামিনীগী মপাবুং স্নাজাও, নবকিশোরগী মপাবুং যুগোল অনীসু মচাশিং কায়নবগী অব্রা-নুংশিগী মৈচাক খাঙবা ঙস্নকত্রদুনা নুমিৎ ৪/৫ নিদং ব্রানা খাঙলম্লগা তাইবঙপাল থাদোকখ্রে। নহালমখৈ মখোয়না হিংলমলিবসি মচাশিংগী শিবগী পাউ তাবা ঙাইবা ওইনা থোকখ্রে। নবকিশোর অমসুং যামিনীগী থব্রায় মিরেন্না লাইরৈবাক্তা ঈংনা তপ্না লৈবা ফংজনবগীদমক শ্যামা অমসুং সখী অনীনা নুংশি পিরাং শীন্থনা তাইবঙ মপুদা চেঙ-থোইদিং, হৈ-রা, লৈ-শুনচিংবা কৎচখি। অদুগা মতম কুইনগী ওইনা নীংশিংদুনা লৈহৌনবগীদমক “কেমখিবা” হায়না মিংথোনবা শৈরেং অমা থৌবাল হায়স্কুলগী মেগাজিন্দা হাপ্পুনা ফোঙখি।



## শ্রী লৈতান্থেম রাম সিংহগী উপন্যাসতা চীংমী-তম্মীগী মরী

শ্রীরাম সিংহগী উপন্যাস অহুম– "জাৎ ওনবা", "খঙগনি পোলোইদা" অমসুং "মীৎয়েং অমত্তং" অসিদা চীংমী-তম্মীগী মরক্তা লৈনবা মরী মমি তাই। উপন্যাসশিং অসিদা মরী অসি থোইনা হেন্না চেৎশিন্নবা শাগৎপগী ৱারী য়াওরি। মণিপুর চীং তম অনী পূল্লগা ওইরিবনি। চীংমী তম্মী অনী লৈবাক অসিগী মীওই ঙাক্তনি। কাঙলূপ মশেল নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবা, জাতি-বিজাতিগী খেন্নবা লৈহন্দবা, চীংমী তম্মী অমত্তা ওইনা জাতিগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎনবা মায়কৈদা চঙশিনবদা মায় ওনশিল্লি। য়েলহৌঙৈদগী হৌনা চীংমী তম্মী নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরকই, অমনা অমগী মতেং লৌনদুনা হিংমিন্নরকই। অদুবু চারৌ মৌরৌনবগী মরীদদি শকউদবা পল অমনা থৎতুনা থম্বগী মওং ওইনা তৌরম্মী। মরক মরক্তা চীংমী-তম্মীগী মরক্তা কনাগুম্বা কনাগুম্বী শাবি শানৌ লৌন-লৈনবা য়াওরকপদা সমাজনা মখোয়দা ওম্থোকপা মীৎয়েং অমদা য়েংবিরকই। মহাক্কী উপন্যাস অহুম অসিদা চীংমী-তম্মী নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবা লোয়ননা কাঙলূপকী খেন্নবা মীৎয়েং থমদনা চারৌ-মৌরৌনবা য়াহনবা পরিং অসোমদা শ্রীরাম সিংহনা মাগী উপন্যাসশিং শাগৎনবা হোৎনখি।

মহাক্কা শাগৎচনীংবা অমসুং খুংনীংবা পান্দমফম ... ফংবদা মায় পাকখি হায়বা য়াই। করম্মা পরিং অসিদা মহাক্কী উপন্যাসশিং শাগৎলকখিবগে হায়বদ মহাক্কী উপন্যাসশিং অসি মথং মনাও নাইনা পারগা ময়েক শেংনা উবা ফংই। উপন্যাস অহুম্মক্তা চীংমী-তম্মীগী ৱাফম য়াওই।

মহাক্কী মিং হেক পন্নরকপদা মহাক্কী "জাৎ ওনবা" হেক্তা নীংশিংনরকই। "জাৎ ওনবা" গী শন্নপ্পা ৱারী মতাং খুদিং তেন্তক-তেন্তক্তা মথক্তা পীজখ্রে। মহাক্কী অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা উপন্যাসকী মচং ওইবা ৱারী য়াম্না শম্না মখাদা পীজরি—

ইং কুমজা ১৯৫৪ দা উপন্যাসকার রাম সিংহনা মাগী অহানবা উপন্যাস "জাৎ ওনবা" পুথোকখ্রবা মতুংদা ইং ১৯৫৮ দা মাগী অনীশুবা উপন্যাস "খঙগনি পোলোইদা" অসি ফোঙই। অনীশুবা উপন্যাস অসি অহানবা উপন্যাস অসিগী মখা চত্থরকপা শরুক্কি হায়বা য়াই। নবকিশোর অমসুং যামিনী লোইবী চীংদা পাম্বা কৈনা শোক্তুনা পুন্সি লোইখি। মখোয়গী পুন্সি লম্মখাংদা লোইখিবা অসিদা অৱাবগী নীংঙমদবা চৈনা অমা মীয়ামগী থম্মোয়দা ফাওখি। মখোয়গী পীক্লিবা মচানুপা অমা থনম্মী। মহাকপু খল্লাং হাওখুলগী খুল্লাকপনা য়োকখি। মহাক্কী পুন্সি করম তৌখ্রবা খঙনীংবা অমা মীয়ামগী থম্মোয়দা মমি তাখি। অনীশুবা উপন্যাস অসিদা মীয়াম্না খঙনীংলিবা অদু ময়েক শেংনা খঙহল্লি।

নবকিশোর অমসুং যামিনী লোইবী চীংদা পাম্বা কৈনা শোক্তুনা পুন্সি পন্দোম লোমখ্রে। পীক্লিবা মপারী অমা থনম্মী। মখোয়না শাইদাংলম্বা খল্লাং হাওখুলগী খুল্লাকপনা মখোয়গী মপারী অদুবু য়োকপগী পোৎলুম পুখি, চাউননবা য়োকখি। খল্লাং হাওখুলদা ক্লাস সিক্স ফাওবা তমখি। ক্লাস সিক্স লোইরবা মতুংদা মমান্নবশিংগা লোয়ননা তমদা লাক্তুনা থৌবালদা মহৈ-মশিং তমথখি। চীংলেন হায়না মিংথোনবা ছাত্রসি নবকিশোর অমসুং যামিনী অনীনা থনম্বা মখোয়গী মপারী অদুনি। মহাক থৌবালদা মমা-মপাগা লুনা-চান্না

তিন্নরম্বা সখী অমসুং শ্যামাগী য়ূমদা লৈখি। অদুবু শ্যামা অমসুং সখীনদি মহাক নবকিশোর অমসুং যামিনী অনীনা থনম্বা মচাদুনি হায়বা খঙখিদে। শ্যামা অমসুং সখীগী অমত্তা পোকচবী মচানুপী অমা লৈ। মমিংনা কুমারী কৌই। কুমারীগা চীংলেনগা ক্লাস অমত্তুদা তম্মীন্নৈ। অসুম্না চীংলেন অমসুং কুমারী হৌমীন-কামীন্নরকখি, খঙনা চান্নরকখি। মমৈথংদা মখোয় অনীবু শকউদ্রবা নুংশি-থৌরীনা তপ্না তপ্না পুনশিল্লকখি। মখোয় অনীমক লাইরিক-লাইশুদা থব্বায় য়াওবা ছাত্র-ছাত্রী ওইরকখি। মথং মথং ক্লাস মখা তমথদুনা মমৈদা মখোয় অনীমক বি. এ. পাস তৌখি। অসুম্না লৈনকপা অসিদা মখোযগী নুংশি-মরীদি নোংম-নোংমগী চেৎশিল্লকখি। নুংশি থোবা অসিনা মখোয়বু মমৈদদি ক্রক ফাজিনখিদুনা মখোয় অনী পুন্সি লৈপুন ওইবা বাবেপ্লখি অদুগা নোংমা অহিং অমা তূমিন্না চীংদা চেনখি। মসিনা মরম ওইদুনা কুমাবীগী মমা-মপাগী থম্মোযদা তাশোন্না থিনবগুম থোকখি। অমত্তা ঙায়জবী মমোর্মনি। অসিগুম্বী অমত্তা পোকচবী মচাবু জাৎ তিন্নদবা চীংমী অমদা করম্না য়ানীংনা থাজগনি? মথব্বায় নুংঙাইতবগা লোযননা অশাও-মৈরী কাখ। মচানুপীগী অপাম্বগী মায়োক্তা কোর্টতা শীংনখি। অসিগুম্বা ফিবম অসি লাক্লবদা কোর্টতা খন্নাং খুল্লাকপা লাকখি অদুগা চীংলেন কনানো হায়বদু পাউদমখি। চীংলেনগী অশেংবা মরী মখোঙ খন্নাং খুল্লাকপনা হায়দোবকপদগীদি মহাক খুল্লাকপগী মচা চীংমী নত্তে, নবকিশোর অমসুং যামিনী অনীনা পীক্লা হুন্দোক্লম্বা অমত্তা ঙায়ববা মখোয়গী মপাবীনি হায়বদু খঙনবকখি। চীংলেন কনানো, কনাগী মচানো হাযবা অশেংবা খঙলবা অদুদদি শ্যামা অমসুং সখী অনী হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদে। লৈখিদ্রবা লৈখিদ্রবী মরূপ অনীগী লমন শিংবা ওইনা চীংলেনবু লৌখৎখি অদুগা মচানুপী কুমারীবু মঙোন্দা থাজবদা অয়াবা পীখি। অসুম্না মীপূম খুদিংগী থম্মোযদা হরাওবা নুংঙাইবা ফাওনখি। নুংঙাইবা অসিগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইবদি চীংলেন্না থৌবাল ব্লোক্কী ডিপুটি ইন্সপেক্টর ওব স্কুলস ওইবা অদুগা কুমারীবুনা লেদি

সোসিযেন্স ইদুকেসন ওর্গেনাইজর ওইনা হাপ্পা আসান। অসুম্না নুংঙাইরবা পুন্সিনা পোলোইনদুনা "খঙগনি পোলোইদা" হায়বা উপন্যাসকী ৱাবী লোইশিল্লি।

উপন্যাসকার অসিগী অহুমশুবা উপন্যাসতি ইংশোক ১৯৬১ দা ফোঙবা "মীৎযেং অমত্তং" হায়বসিনি। উপন্যাস অসিদা চীং তম অনীগী মবক্তা হকথেংননা চারৌ-মৌরৌনবগী মরী উৎলি। চাওথোই মৈতৈ পাখংনি অদুগা হাওবী চীংমী চনুরানি। তমদা পোকপা চাওথোই তমদা চাউবকই। মহাক মৈতৈ ওফিসার অমনি। নুংঙাইরবা ৱাখল অমনা লমজিংদুনা নোংমা মহাক অসুম কোয়থোক্লবদা অসুম থোকউ তম্বনা লোইবী সাইবোম চীংজাওগী খোংজাই নিংথৌ চোহাংগী মখুল য়ৌখি। খুল অদু য়ৌবদা মহাক খোংজাই নিংথৌ অদুগী মচানুপী হাওবী চনুবাগা উনখি অদুগা মখোয় অনী অপাম-নুংশিগী থৌরীনা পুনশিনবা হৌখি। চুম্মতা নুংশি থৌবীন ইচম-চম্না পুনবা নত্তে লৌন-লৈনসি হায়না ফাওবা ৱাশক্লখি। মখোযগী অসিগুম্বা নুংশি-মরীসিং চোহাং নিংথৌনা খঙখি। চাওথোইগী মথক্তা কবিগুম্ব খরা তৌগে খনখি। অদুবু মচানুপীগী অরেপ্পা পূকচেল উবদগীদি চাওথোইবু ঙাকপীখি। চাওথোইনা চোহাং নিংথৌগী মফমদা শরী ৱাশকখি, মচানুপীগী পুন্সি চৃপ্পা থাদোক্লোই হায়খি। থম্মোয় পেল্লবা খোংজাই নিংথৌ কবিগুম্ব মখল অমত্তগী থবক চাওথোইগী মথক্তা লৌখৎকে খনখিদ্রে। মসিগী মতুংদা মতম খবা হৌখ্রে। চাওথোই মহাক্কী ওফিসতা হল্লক্তুনা মথৌদা পূক্লিং চঙদুনা লৈখি। অসোমদনা সাইবোম চীংজাওদা লৈহৌবিবী হাওবী চনুবা চাওথোইবু ঙাইদুনা লৈখি। চাওথোই হাওবী চনুরাবু কাউথোক্তে। মহাক নুপামচা থোক্লা নোংমা হাওবী চনুরা মহাকপু মরমদম থৌবালদা পুবক্তুনা লুহোং-খোংদোংনবা শেম শাখি। চীংমী নীংঙোল লৌবা পাম্মী-পামদে, য়ানীংই য়ানীংদে হায়বা অপাম-পামদা কযা মৈতৈ সমাজদা লৈখি। যাম্না লুরবা তাঞ্জা অমা ওইখি। মসিদা চাওথোইগী অচৌবা থৌনা

হাপ্পিবসি মহাক্কী মমা-মপানি। চাওথোইগা হাওবী চনুবাগা লুহোংবগী মতাং অসিদা মীযামগী অচৌবা মীটিং অমা পাঙথোকখি। মদুদা নহাবোলমখৈনা ঙমদুনা চাওথোইগা হাওবী চনুবাগা লুহোংগদবনি হায়বগী অকনবা ৱাবেপ লৌখি। ৱাবেপকী মতুংইন্না মখোযগী লুহোংনবা নুমিৎ লেপখি অদুগা লুহোংবা অদু মৈতৈগী চৎনবী মতুংইন্না মীযাম খঙনা পাঙথোকখি। অসুম্না চীং অমসুং তমগী মবক্তা লুহোংবগী থবক অদু ফজনা মহৈ য়ানখি।

উপন্যাসকাবগী অহানবা উপন্যাস "জাৎ ওনবা" দা যাওবিবা শাবি শানৌ ওইবিবা নবকিশোব অমসুং যামিনী তম্মী ঙাক্তনি, অমনা মৈতৈনি অমনা বামননি হায়বগী ৱাতনি। মখোয লোইবী চীংদা শাইদাংলুবনি। তমগী নীওইনা চীংদা শাইদাংদনা মৈতৈ সমাজগী চৎনবীগী পলগী ৱাংমদা পুন্সি লৈপন ওইকৰগী বাবীনি। সমাজ পলনা শাবি শানৌদা অসিগুম্বা অৱাবা চথেং পীবা অমসুং তমগী মীনা চীংদা শাইদাংদুনা চীং-তম নুংশিনবা মবী ৎর্থল। অনীশুবা উপন্যাস "খঙগনি পোলোইদা" দা অইবনা চীং-তম অনীগী মবক্তা নুংশি-মবী অমা শাগত্তুনা চাবৌ মৌবৌনবগী মবী উৎলিদি হায়বব চীংলেন অমসুং কুমাবী অনীমক তমগী মী ঙাক্তনি। চীংলেনবু চীংদা যোক্তুনা চীংমী-তম্মী নুংশিনবগী মবী উৎলি। হকথেংননা চীং অমসুং তমগী মবক্তা চাবৌ-মৌবৌনদুনা চীংমী-তম্মী নুংশিনবগী মবী উৎপদি মাগী অহুমশুবা উপন্যাস "মিৎযেং অমত্তুং" হায়বসিনি। চাওথোই তমদা পোকপা, তমদা চাউবা তম্মীনি; হাওবী চনুবা চীংদা পোকপী, চীংদা চাউবী চীংমীনি। মখোয অনী লৌন-লৈনদুনা চীং-তম অনীগী অচেৎপা মবী থমখি।

শ্রীবাম সিংহগী অহানবা উপন্যাস "জাৎ ওনবা" দা চীংমী তম্মী অনীগী মবক্তা শাবি শানৌ নুংশিনবগী ৱাবী যাওদে। তমগী মৈতৈ পাখং অমগা তমগী বামন লৈশাবী অমগগী নুংশিনবগী ৱাবীনি। মৈতৈ পাখংগা বামন চনুগা লৌন-লৈনবা সমাজনা যাদবা মবম্না নুংশিনবিবা শাবি-শানৌ অনী চীংদা লোত্তুনা জাৎ ওন্দুনা চীংমী ওইদুনা লৈবগী ৱাবীনি। মখোযবু

চীংগী খুল্লাকপা অনীনা লুনা নুংশিনা মচা শক্লা য়োকপী-থাকপিবা, চীংমী অতৈ কয়ানসু মখোয়বু নুংশিবীবা কয়া য়াওরবা উপন্যাসনি। শাবি শানৌ অনী অদুনা পীক্লিবা মচানুপা পুদুনা তমদা ময়ূমদা চীংমী ওইনা লাকপদা মখোয়গী মপা-মমাশিং অমদি তিন্নজরম্বা-তিন্নজরম্বী মরূপ্না লুনা নুংশিনা তৌবী। তম্মীনা চীংমী শাদুনা লাকপনি। অশেংবদি মখোয়বু তম্মীনি খঙনা নুংশিবা নত্তে, চীংমীদা চীংমীনি খন্দুনা নুংশিবনি। শাবি শানৌ অনীনা পাম্বা কৈগী শারাক ওইদুনা পুন্সি লোইখ্রবদা খল্লাংগী খুল্লাকপগী থম্মোয় কায়খি। পূম্নমক অসি থম্মোযগী ৱানি, মীওইবদা যাওবা মীনুংশিগী ৱানি, লাইগী ওইবা গুণ চেনবা থম্মোয়গী ৱানি। শ্রীরাম সিংহনা তমথীববা কল্লবা মৈত্রবাক্কী চৎনবীগী পলদি অসি ওইরেকো তাকপগা লোয়ননা চীংমী-তম্মী অনীগী নুংশিনবগী মরীসু অসিনি হায়বসু তাক্লি।

অনীশুবা উপন্যাস "খঙগনি পোলোইদা" হায়বসিদা চীংমী পাখং অমগা তমগী লৈশাবী অমগা নুংশিনবগী ৱাবী উৎলি। শাবি শানৌ অনী জাৎ মান্নদে অমনা চীংমীনি অমনা তম্মীনি খঙনা নুংশিনবনি। তমগী চনু কুমাবীনা চীংলেনবু তম্মীনি খঙনা নুংশিবা নত্তে, চীংলেন্নসু মহাক তম্মীনি খঙনা নুংশিনবা নত্তে। তম্মী মশেল শাবি শানৌ অনী নুংশিনবা ওইরবসু মখোয় তম্মী মশেলনি খঙনা নুংশিনবা নত্তে। খল্লাং হাওখুলদগী লাকপা চীংলেনবু শ্যামানা মাগী য়ূমদা থম্মী। চীংমী-তম্মী নুংশিনবগী মমি উবা ফংই। চীংলেন অমসুং শ্যামাগী মচানুপী অমত্তা পোকচবী ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নবী কুমাবী মখোয় অনী নুংশি থৌবীনা চেৎনা পুনখি। চীংলেন্দা কুমারী চেনখি। অমত্তা পোকচবা ওইবনা শ্যামানা মচানুপীবু চীংমীদা থাজনীংখিদে, মশাদা অশাউবা পোকখি। কোর্টতা ৱাকৎখি। খল্লাংগী খুল্লাকপা কোর্টতা লাক্কুনা চীংলেনবু তম্মী নবকিশোর অমসুং যামিনীগী মচানি পাউদম্লে। শ্যামা শাউবা ফখি, অহাইনদুম থোইনা হেন্না নুংঙাইজখি, হরাওজখি। মতাং অসিদসু নুংশিনবিবা শাবি শানৌ অনীগী মাঙদা পল অমা মায়োক্লখি।

**শ্রী লৈতাঙ্খেম রাম সিংহগী উপন্যাসতা চীংমী-তম্মীগী মরী**

অহুমশুবা উপন্যাস "মীৎয়েং অমত্তং" হাযবসিদদি মৈত্রবাক্কী চৎনবীগী পল মীযাম চঙদুনা নমখাযনবা হোৎনবগী মমি ফজনা তাবে। অনীশুবা উপন্যাস "খঙগনি পোলোইদা" হাযবসিদা মকওইবা চবিত্র অনী– চীংলেন অমসুং কুমাবী তম্মী ঙাক্তনি। অহুমশুবা উপন্যাস অসিদদি নুংশিনবিবা শাবি শানৌ অনী তোঙান তোঙানবা জাতিনি। চাউথোই তম্মীনি মৈতৈমচানি, হাওবী চনুবা চীংমীনি। মখোয অনী লৌন-লৈনবদা অযেৎপা খবা অদুম মবৈবি। মৈতে তম্মী পাখংনা চীংমী লৈশাবী লৌবদা য়ানীংদবা মীওই কযা লৈবি। মখোযনা শাবি শানৌ অনী পুন্সি লৈপুন ওইনা চৎমিন্নবদা অযেৎপা পীবি। নহাবোল মযাম মীটিং তৌদুনা অযেৎপা অদুগী মাযোক্তা লৈখি, মখোযগী খোঙহৌ ঈহৌ মায পাকখি, চাওথোইগা হাওবীগা পুন্সি লৈপুন শেমদুনা যূম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নখি।

শ্রীবাম সিংহগী মফমদা ধর্মগী, জাতিগী, কাঙলূপকী, অচৌ-পিশক্কী খেন্নবা লৌখদে। ফিজেৎ-চাকচা, কুচু-কুমেন, লাইনীং-লাইশোন্দা খেন্নজববসু মীগা মীগা খেন্নবা লৈতে হাযর্বাস মহাক্কী বাখল্লোন্নি। নুংশিনবা হাযবসিদা লাইবিক হৈবা-হৈতবা, লাইববা-ইনাকখুনবগী ৱাফম লৈতে, মসিদি থম্মোযগী বানি। নবকিশোব অমসুং যামিনী অনীবু কসোমগী অমসুং খল্লাংগী খুল্লাকপশিংনা লুনা চান্না তৌখিবা থম্মোযগী ৱানি। র্মসিদা লাইবিক হৈবা হৈতবগী ৱা লৈতে। "জাৎ ওনবা" দা অসিগুম্বা থম্মোযগী ওইবা বাফমসিদা ৱাবী শাগৎলি। অনীশুবা উপন্যাস "খঙগনি পোলোইদা" হাযবসিদা যাওবিবা কুমাবীগী মপাবুং শ্যামা অপোকপী সখী লাইবিক হৈববা ঙাক্তনি, স্কুলগী ওজাসু ওইবিবনি। মখোযনা মখোযগী অমত্তা ঙাযজবী মমোম কুমাবীবু চীংমী চীংলেনদা থাজনীংদে। অমত্তা পোকচবী ওইবগী থাজনীংলমদবা ওইবম্ববুদি যাই হাযববু কাঙলূপ খেন্নবা, জাতি-বিজাতিগী ৱাফম, সমাজগী চৎনবীগী পল মখোযগী থম্মোযদা লৈখি। খল্লাংগী খুল্লাকপনা কোর্টতা চীংলেন চীংমী নত্তে, নবকিশোব অমসুং যামিনীগী মচানি হাযববতদা মখোয়গী

থম্মোয়দা অহোংবা লাকখিৰ্বা, করিগুম্বা খল্লাং খুল্লাকপনা অথূপ্পা ৱাফমসি ফোঙদোক্লমদ্রবা নৎত্রগা চীংলেনসি চীংমীদা চীংমী অশেংবা ওইরম্লবা শ্যামা অমসুং সখীগী থম্মোয় হান্নগী হান্না অদুদা অদুম ওইরম্বা য়ই। চীংলেন অমসুং কুমাবী লাইরিক হৈরবা-হৈরবী ঙাক্তনি। মখোয়না চীংমী-তম্মীগী খেন্নবা থমদুনা চাবৌ-মৌরৌনবা লম্বীদা চঙশিল্লি। কাঙলূপ খেন্নবনি খঙনা নুংশিনবনি। অহুমশুবা উপন্যাস "মীৎয়েং অমত্তং" হাযবসিদা য়াওরিবা চাওথোই লাইরিক হৈববা মৈতৈ ওফিসাৰ্বনি, মহাক্কী মফমদা ধৰ্মগী, জাৎকী, কাঙলূপকী অচৌ-পিশক্কী, চীংমী-তম্মীগী খেন্নবা লৈখিদে, হাওবী চনুরাবু শোয়দনা লোয়নবী ওইগনি হাযনা শনি ৱাশকখি, লুহোংসু লুহোংখি। হাওবী চনুবাগী অপোকপা খোংজাই নিংথৌ লাইবিক-লাইশু হৈবা হৈতবগী ৱা নত্তবীদা মমোমগী পূকচেল খঙবদগী চাওথোইবু ঙাকপীখি। চীংমী-তম্মী লৌন-লৈনবদ মৈতৈশিংগী মবক্তা পাম্মী পামদেগী ৱাফম লাক্লবদা মীটিং তৌদুনা খন্ন-নৈনবদা লৌন-লৈনবগী অযাবদা বাবেপ পাস তৌদুনা চাওথোইগা হাওবী চনুবাগ লুহোংখি।

লৈবাক অমগী মনুংদা লৈবা তোঙান-তোঙানবা খেন্নবা জাৎশি ফুরুপশিং, কাঙলূপশিং অমগা অমগা নুংশি-চান্ননা পূকচেল খোজেন তিন্নন লৈমীন্নবনা লৈবাক অদুগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎপদা য়াম্না মতেং ওই। অদুগা খেন্নবা জাতিশিং, কাঙলূপশিংগী মবক্তা চাবৌ-মৌবৌনবা শাবি-শানৌ লৌন লৈনবনা নুংশি চান্ননা লৈমীন্নবদা মতেং ওই। অমত্তা ওইবা শক্ত একটা অসি শাগৎনবা পরিংদা চাবৌ-মৌবৌনবগী মফম অসি থাক য়াম্ন ৱাংই। রাম সিংহনা খেন্নবা জাৎশিং কাঙলূপশিংগী মবক্তা চাবৌ-মৌবৌনবদ থিংলিবা পল অসি ময়েক শেংনা উই। মহাক্কী সমাজ সংস্কারগী থবক অসি থিংলিবা পল অসি লৌথোকপদা মীৎয়েং থম্মী। মাগী উপন্যাস অহুম্মক্ত ৱারী পরিং শাগৎলিবসি খেন্নবা জাতিশিং কাঙলূপশিংগী মবক্তা শাবি-শানৌশিং নুংশিনবা অমসুং লৌন-লৈনবদনি। নায়ক নায়িকা ওইরিবা শাবি-শানৌশিং

খেন্নবা জাৎশিং কাঙলূপশিংগী মরক্তনি।

লৌন-লৈনবা, চারৌ-মৌরৌনবদা লৈবা মৈত্রবাক্কী চৎনবীগী পল অসি মরা চেৎনা, মরু লুনা হৌরবা উপাশ্বী অমগুম লৈবনা মসিবু মরু ফংনা ফ্‌ক্তোকপা অসি পাক হেক ঙমগদবা নত্তে। তপ্না তপ্না অমগা অমগা ভাব তানরগা মরু অসি ফৃক্তোক্কদবনি। অইবনা মাগী অহানবা উপন্যাস "জাৎ ওনবা" দা ধর্মদি মান্নবা জাতিনা মান্নদবা শাবি-শানৌ অনীগী চরিত্র য়েক্তুনা উপন্যাসকী ব্ৰারী পরিং শাগৎলি, অপাবা অমসুং অতাবশিংদা অথিংবা চৎনবীগী পল অসিনা শাবি-শানৌ অনীদা অসি য়ৌনা অব্রাবা পী খঙহন্দুনা থম্মোযদা চৈফৃ অমা পী। মাগী অনীশুবা উপন্যাস "খঙগনি পোলোইদা" হাযবসিদনা চীংমীগা তন্মীগগী মরক্তা নুংশি-নুংওনগী মবী লৈনবা অসিদা লাইবিক লাইশু-হৈরবা মী ফাওবা জাৎ তিন্নদবা মশেল চাবৌ-মৌবৌনবা পামদবা, মশাবু জাৎ ফবনি খঞ্জবশিংনা থাক হম্ভবা জাৎকা ঙাইশেল ওইবা পামদবা লৈ হাযবা উৎপগী মতাংসু যাওরি। অসিগুম্না মীওই কযাবুসু নুংশিবনা জয় ওই। তপ্না তপ্না শাগৎলকপা ঈহৌ অসি "মীৎয়েং অমত্তং" দদি খঙকন কনশিল্লকই। ...হারোল কয়াগী ঈহৌ লাকই, তমগী পাখংনা চীংমী চনুরাগা পুন্সি লৈপুন শেন্নদা সমাজনা অয়াবা পীবকই। চীং-তমগী মরক্তা অমত্তা ওইবা শক্তম একটা অসি শাগৎলি।

শ্রীলৈতাম্বেম রাম সিংহগী উপন্যাস অহুমঃ জাৎ ওনবা, খঙগনি পোলোইদা অমসুং মীৎয়েং অমত্তং অসি মীৎযেং অহুমদা য়েংবা যাই—নুংশি-নুংওন, সমাজ সংস্কার অমসুং চীং-তমগী মবী। উপন্যাস খুদিংমক্তা মীৎয়েং অহুম অসি লোইনা মমি তাই অদুগা অহুম অসিমক পূল্লপ পূন্না চৎলি হায়বা য়াই। শাবি-শানৌ অনীগী নুংশিনবা অসিনা কনমনখিবনা জাৎ-বিজাৎ খেন্নবগী পল থুগাযদুনা সমাজ সংস্কাব ওইরক্লবগী লোয়ননা চীংমী-তন্মীগী লৈনবা মরী ফরক্লবগী মচাক ওই। নুংশিনবগী চাংনা য়াম্না থংবদগী জাৎ-বিজাৎ অমসুং চীং-তমগী অথিংবা পল নমখাযবনি। "জাৎ

ওনবা" দা শাবি শানৌ অনী- নুংশিনবগী মরী য়াম্না কনবা মরম্না মখোয় চীংদা শাইদাংদুনা পুন্সি লেনবা ঙম্বনি, চীং-তম নুংশিনবসু ঙম্বনি, জাৎ খেন্নবগী চৎনবী পলসু লানবা ঙম্বনি। "খঙগনি পোলোইদা' শাবি-শানৌ অনীগী নুংশিনবা মরীনা চীংমীগা তম্মীগা নুংশিনবা মরী থম্বা ঙম্বনি, জাৎ-বিজাৎকী পলসু নমখায়বা ঙম্বনি। "মীৎয়েং অমত্তং" দসু অসি মঙাই, শাবি-শানৌ অনীগী নুংশিনবনা জাৎ খেন্নবগী পল লালবনি তম্মীগা চীংমীগা নুংশিনবগী মরী ফহনবা ঙম্বনি।

উপন্যাসকার অসিনা শাবি-শানৌ নুংশিনবদা তোংদুনা সমাজগী চৎনবী চুমথোকপা অমসুং চীংমী-তম্মী নুংশিনবা অসি মথং মথং থাক নাইনা কাদুনা অরোইবা পান্দমফম অদু য়ৌনবা চঙশিল্লি। "জাৎ ওনবা" দা মীয়ামগী ঈহৌ য়াওহন্দে, মতম অদুগী এনভাইরোনমেন্টকী ফিবমনা পান্দা ঈহৌ লৈহন্দবনি। অদুবু মীয়াম্মুদি ভাব তানবা হোৎনৈ, নুংদা ঈহৌ লৈহল্লি। সমাজগী চৎনবী পলনা কনবনবদগী শাবি-শানৌ অনী ইমুং-মনুং, শাগৈ-নাতৈ, মরূপ মপাং কায়নহল্লি, চীংদা শাইদাংহন্দুনা চীংমী তম্মী মরী লৈনহল্লি, লম্মখাংদা মপুন্সি পিখম্নহন্দুনা মীয়াম্বু নীংঙমদবা পোকহন্দুনা ভাব তাহল্লি। "খঙগনি পোলোইদা" দদি শাবি-শানৌ অনী নুংশিনহন্দুনা চীংগা তমগা হকথেংননা নুংশিনবা মায়কৈদা চিংশিল্লি। মীয়ামগী ঈহৌমক্তি পুশিল্লকখিদে। মীয়ামগী ঈহৌ শাগৎপা মতম চাদ্রি হায়বা উপন্যাসকারনা উরম্বা য়াই। মীয়াম লোইনা ভাব তানদ্রি ঈহৌ শাগৎকদৌবা মতম ৱাৎলি, মীয়াম মীৎ পাঙবা হৌনরক্লবসু ওর্থোদোক্স সমাজ ওইবনা হান্নগী চৎনবী লীপুন্না অদুম পুন্না চৎলি। অদুবু "মীৎয়েং অমত্তং' দদি মীয়ামগী ঈহৌ লৈরে। তমগী নুপানা চীংমী নীংঙোল লৌবদা পাম্মী পামদে হায়বগী ৱাফম লাক্লবদা মীয়ামগী মীটিং পাঙথোকই। ফোংনা ফৈ-ফত্তে, য়াই-য়াদে, পাম্মী-পামদে খন্নরবা তুংদা অয়াবনা ঙমদুনা মীয়াম খঙনা লুহোংবগী থৌরম পাঙথোকখিবনি। মপূক্লিং পেল্লবা উপন্যাসকারনা শাবি-শানৌ অনীবু য়াইফ-মঙ্গল পীদুনা উপন্যাস অদু লৌশিনবনি। লুহোংবা

অদুগী মতাংদা অইবনা অসুম্না ফোঙদোকচৈ– "... পোইবৈ মৈত্রবাক সমাজদা কবিগুম্বদসু ওইথোকখিদ্রিবা, চীং অমসুং তমগী ওইবা শক্তমদা হাওবী চনুবা অমদি চাওথোই অনীগী লুহোংবা ফজনা মহৈ যানখি।

চীং তম অনীগী মবীগী মীৎযেংদা উপন্যাসকাব অসিগী উপন্যাস পুস্তম অসি অসুম্না বাবোইশিন পীবা যাই– অসুম্না শ্রীবাম সিংহগী উপন্যাস অহুমদা মহাক্না চুমথোক্লীংলিবা শেমদোক্লীংলিবা সমাজগী চৎনবী অসি মথং মথং অওনবা লাকপগী মমি তাই। অহানবা উপন্যাস "জাৎ ওনবা" দা মীযামগী ঈহৌ থেংনদে। অদুবু নর্বকিশোব অমসুং যামিনী অনী পাম্বা কৈনা শাক্লনা লোইবী চীংদা মখোযগী পুন্সি পনদোম লোমদ্রে তাবদা মীযামগী থম্মোযদা নীংগুমদবা নুংঙাইতবা পোক্লখি। নুংদা চৎনবীগী পলবু নিন্দা তৌদুনা শকউদবা ঈহৌ অমা পোক্লবকখি। অনীশুবা উপন্যাস "খঙগনি পালোইদা" হাযবসিদা নায়ক ওইবিবা চাংলেন তম্মীনি খর্ঙাদ্রিঙৈদা জাৎ খননগী বাখল থাদোক্তুনা কুমাবী চাংলেনগা নুংশিননবনি, পুন্সি লৈপুনগীদমক লেম্দা চেনবনি উৎলি। মতাং হাসদা মীযামগী ঈহৌ হাউদোকপা যাওদে। পার্নশিংনা অতাবশিংদা নীংদমদবা, থম্মোয শোকপা থোইদোকপা যাওদে, মনাগী মম মপার্নদি কোটিতা শীংনব উৎলি। মমৈদা চীংলেং চংমী নত্তে নর্বকিশোব অমসুং যামিনীগী মচানি খঙনবকপদা অহোইনদুম নুংঙাইর্নখি। মমা তম্মীগী মবক্তা নুংশিনবসু অদুম লোযনবে। অহুমশুবা উপন্যাস "মীৎযেং মওং" হাযবসিদদি মীযামগী ঈহৈ ফজনা লৈবে। তমগী ওকিসাব চওথোইগা চংগী হাওবী চনুবাগা লুহোংবদা পাম্মী পামদেগী ব্রাহ্মণ লাক্লবদা মীযাম্না ঈগী হৈদুনা মীটিং পাঙথোক্লনা খন্না নৈনবদা লুহোংবদা অযাবা পীখি, লৌখি, হায়া থোকখিদ্রিবা মওংনা মীহাম খঙনা চীং তমগী মবক্তা লহোব পাঙথোকখি। মসিনা উপন্যাসকাব মশামকসু পেঞ্জখি। অসুম্না লৈতাঙ্থেম বাম সিংহগী উপন্যাসতা চীংমী তম্মীগী মবী অসি উৎলি।

থোইদোক হোন্দোক্লা পুক্লিং শিংশিনবা যাবা কযা অমসুং লৈবি।

**শ্রী লৈতাঙ্থেম বাম সিংহগী উপন্যাসতা চীংমী-তম্মীগী মবী**

“জাৎ ওনবা” দা কসোম ’ াকপনা নবকিশোর অমসং যামিনীগীদমক্তা অশোয় অঙাম লৈতনবা শীনবীখিবা, খন্নাংগী খুল্লাকপনা জাৎ মান্নবা নত্তে হাযবগী রাখল তৌদনা মখোয়বু মচাদা মচাদৌনা য়োকপিখিবা, পান্বা কৈগী খৃৎতা মখোয়গী থৱায় থাগ্রবদা মথম্মোয় কায়বমখৈ রাখিবা, মখোয়গী মচাবু মহাক্কী মশূদা মশূদৌনা য়োকখিবা; “খঙগনি পোলোইদা” হায়বসিদা মখোয়গী মচা চীংলেনবু মী ওইনবা মহৈ মশিং তমহনবা, খুদোংথীবা থোক্কদৌববদা কোর্টতা লাক্কুনা চীংলেন কনানো তাক্লবা, “মীৎয়েং অমত্তং” দা চাওথোইবু খোংজাই খুল্লাকপনা ঙাকপিখিবা কয়া চীংমীনা তম্মীবু নুংশিবগী খুদম্নি। অমবোামদা অমুক নবকিশোর অমসুং যামিনীনা মচা পুদুনা অরোনবা ফিজেৎত লাকপদা মখোযদা মীনুংশি উৎখিবা, শ্যামানা খন্নাংগী চীংমী মচাশিংবু মাগীদ লৈহন্দুনা মহৈ মশিং তমহনখিবা, চাওথোইনা হাওবী চনুরাবু পুবকপদ চাওথোইগী মমা মপাগী থৌদাং, মৈতৈ নহাবোলাশংগী রাবেপ কয়া তম্মীন চাংমীবু নুংশিবগী খুদম্নি।

## শ্রী লৈতাম্থেম রাম সিংহগী উপন্যাসতা প্রেমগী মহিমাগী থাক

শ্রীলৈতাম্থেম রাম সিংহগী উপন্যাসশিং 'অসি পাবা নুংঙাই, কদেক কদ্রুক লাউদে, ব্রাহৈ বাতা থোৎলি, মেঙই, থম্মোয় নৌথোকখল্লি, কবন খৌবক্কলৈগে, কবি থোরক্কদগে খঙনীংবা পোকহল্লি। *জাৎ তুনবাদা* বামন বাংভোন অমগা মৈতৈ পাখং অমগা নুংশিনবগী রারী উৎলি। যামিনী বামন নংঙোন্নি, বামন পাখং অমদা থাজরবনি। মাগা নুংশিনবদি মৈতৈ পাখং নবকিশোরনি। সমাজগী চৎনবীগী পলনা বামন নীংঙোলগা মৈতৈ পাখংগা লীন-লৈনবা য়াদে। মসিবু উপন্যাসকার শ্রীরাম সিংহনা *মৈত্রবাক্কী চেকশিন্না খাৎবা চৎনবীগী পল* হায়না য়েকই। যামিনী অমসুং নবকিশোর থুংনগে হায়রবদি সমাজগী রাংমদা লৈবা তাই, পোক্লফম লমদম থাদোক্কুনা কদায়দগো খাবা খঙদ্রবৈদবা মফমদা লোৎপা তাই। সমাজসিদা লৈবা তাবগানা নুংশিনবা থমনবা তাই। অদুবু মখোযগী নুংশিনবদি চুম্নগী অচম্বা লৌকিক প্রেম অসি নত্তে। মী ওইনা পোকপা জীব ওইবা মরম্না যামিনীনা নবকিশোরবু নুংশিজবা অলৌকিক প্রেমনি হায়বদি য়াদে, হায়মনবা তাগনি। অদুবু মখোয়গী থম্মোয়দা ঙাবিবা মখোয়গী প্রেম অসিদি অয়ৌবা থাক্কিনি। নুংশি পম্লুং য়ৌনবা লম্বী

চৎপা তারবদি মখোয় সমাজগী পল লাম্থোক্কুনা চ৲।। তাই। চৎনবীগী পল লানবা তাই। মসিদা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া থেংনগদৌরিবনি। অদুনা নবকিশোরনা হায়– "ও! যামিনী পুন্সিগী নহাক লোইরেদো, ইশুংলাংগী নুংশিরবা নহাক্কী ইমা, পাবুং, নবূং তরেৎ কায়নবা,... পোক্লফম লমদম নুংশিববু হুন্দোকলম্বা তারবা, মৈত্রবাক্কী ৱাংনা থিংখ্রবা চৎনবীগী পল ঈৱাংমদা নঙ ঐ লানমীন্নবা মতম অমা লাক্লগনি, মতম অদুদা পাঙ্গল শোনবী নুজা নঙবু ইমাঙ থানা পুবদা ৱায় হায়রকলোইদ্রনে।" কয়াদা থম্মোয় নুংহিক্লবা ৱাফম ওইরিবা! অপাবশিংগী থম্মোয়দা করিগুম্বা ঈথিল অমা পীরিবা।

অমুক য়েংসি যামিনীগী থম্মোয়গী ৱাফম মাগী লাইনীংঃ

*হয়েং মতম অমদা*
*নুংশি মশুংলাংগী*
*কন্না চেকশিন্না খারিবা*
*ৱাংলবা পল্লোন লানবদা*
*তুংইঞ্জবা ঙমজবা*
*পীনবীয়ু সিতদি*
পাঙ্গল শোনবী নুজাদা।

অমুকসু–

*অঙম্বা চীংমান কাবদা*
*অশোঙবা নারক মোংশোং চৎপদা*
*অমদি অচৌ অচৌবা*
*অপাকপা পাৎ তুরেললনচিংবা*
*তূ-খোং লানবদা*
... থাদোকপিগনু তুংইঞ্জগে।

কয়াদা কল্লিবা শাবি শানৌগী নুংশিনবগী মৈরি, কয়াদা থম্মোয় শোকহল্লিবা অপাবশিংদা, কয়াদা ফজনা খূৎ থারিবা অইবনা। অসুম্না

ফোঙদোকপা ঙম্বা, ইথোকপা ঙম্বা অসি শ্রীবাম সিংহদা মপোক্কী পীথোরক্লবা টেলেন্টনি হায়বা য়াই। মতাং অসি ব্রজ গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা থমজবা প্রেম অদু নীংশিংবা য়াই। শৈশকপশিংনা অসুম্না শকই—

*বৈকুন্ঠদা লৈবসু পামজদে*

*স্বর্গদা লৈবসু পামজদে*

*চরণ সেবা ফংজবা নত্তনা*

অতৈ অমা পামজদে।

অদুগা অমুকসু য়েংসি ডা. কমলগী *মাধবীদা* উবীরৈগী থম্মোয়ঃ

*পোকমীন্নবগা লৈগী জাৎতা*

*শাৎচ্ং লৈখোক অমদা*

*পোকমীন্নরগা উচেক্কী মপোক্তা*

*তোংমিন্নজগে উশা খুদিংদা*

*হৌমীন্নরগা পাম্বী ওইনা*

য়েৎচগেনে উবী ওইনা।

ব্রজ গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা, উরীরৈনা বীবেনগী মফমদা লৈরিবা থম্মোয়গী ব্রাফমগা যামিনীনা নবকিশোরগী মফমদা লৈরিবা থম্মোয় অসিগা চাংদম্নবা য়াই। মফম অহুম্মকতা লৈরিবা থোৎ-নৌববা ব্রাহৈশিং অসিনা অপাবশিংগী থম্মোয় শুক্ষৎলি।

নবকিশোব অমসুং যামিনীগী প্রেম সমবন্ধি অসি ইচম-চম্বা লৌকিক প্রেমগী মশক্তু নত্তে হায়বা য়াই। নুংশিনরবা শাবি-শানৌ কযা লৌকিক প্রেমদা য়ুম্ফম ওইবা কয়া য়াওরি। নুংশিবা হায়বা অসি কমর্সিয়েলাইজ ওইহনবসু য়াওরি। লৈফমদা, শাগৈ জাৎ ফবদা, মশক মতৌদা, মরল মথুমদা, খূৎকন পাঙ্গনবদা, তলব চাবদা, শেম্লোক লৈবদা অসিনচিংবা কয়াদা য়ুম্ফম ওইরগা নুংশিনবা কয়া অসিদি লৌকিক প্রেমগী মনুং চল্লি, মসি মীওইবগী হৌনশানি, তাইবঙগী (world) ওইরবা, চুম্নগী (ordinary)

ওইরবা, কষ্টমরী ওইরবা প্রেমনি। অদুগা জাৎ ওনবাদা ওজা রামসিংহনা য়েক্লিবা চরিত্র অনী নবকিশোরগা যামিনীগা নুংশিনবা অসিদি অসিগুম্বা লৌকিক প্রেমদগী হেন্না থাক ৱাংখৎলবা থম্মোয় থম্মোয় অমত্তা ওইরবা প্রেমলোমদা চঙশিনবা ওইনা য়েকই। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা অসুক্কী মতীক থাক ৱাংই, অলৌকিক প্রেমনি, তাইবঙগী ওইবা নত্তবা (uncommon)নি সুপর নেচরেলগী থাক্লি। অসিগুম্বা অলৌকিক প্রেম অসি মীচম তাইবঙ মীওইবদা লৈবা ঙমদে। অলৌকিক প্রেমদি তমথীরবা সমাজনী খায়াৎতা তাবা ঙমদে। যামিনীনা নবকিশোরবু নুংশিবা, নবকিশোরনা যামিনীবু নুংশিবা ইচম-চম্বা লৌকিক প্রেমদা উঙদুনা লৈবা নত্তে, শুদ্ধ প্রেমদা মায় ওনশিনবনি। মখোয় তমথিরবা সমাজগী চৎনবীগী পন্দগী, শম্বলদগী চোংথোরক্লবনি। চীংদা মখোয় তমথীরবা শাহিং চাবা কৈনা শোকখি, মখোয়গী পুন্সি পিথম্নখি। শাহিং চাবা কৈনা শোকত্রিঙৈদা কৈদগী হেন্না শাথীরবা সমাজনা শাবি শানৌ অনীবু শোকখি। কৈদগীসু হেল্লবা সমাজনা মখোয় অনীদা চীক্কদৌরবদা খাঙবা ঙমদবদগী নাম্থোক্কুনা চেল্লক্লবা তুংদা শাহিংচাবা কৈনা শোক্কুনা মখোয়গী পুন্সি পিথম্নদুনা মখোয়গী হকচাং পোলাং থাদোক্লম্লগা মখোয়গী য়াইবী থৱাযনা মপু মাগী লৈকোলদা হৈনম লৈনম তিনবগুম তিনখিবনি। শাবি শানৌ অনীমক তাইবঙ মীরম্লেন্দা লৈমিন্নরিঙৈদা অমত্তা ওইনা পূকচেল অনী লোঙদনা লৈবম্লগা অমত্তা ওইনা অমুক লাইরম্লেন্দা মখোয়গী আত্মানা মপু মাগী লৈকোলদা লৈখিবনি। রাধা কৃষ্ণ অনী থানবা য়াদবগুম শাবি শানৌ অনী থানবা যাদনা তাইবঙ মীরম্লেন থাদোকখি। অইবনা মখোয় অনীগী প্রেম অসি অযৌবা থাক্তা থম্মী। মখোয় অনীগী প্রেম, শুদ্ধ প্রেমগী মশক ওইনা য়েকই হায়বা য়াই।

নবকিশোরগী মফমদা লৈবা যামিনীগী প্রেমগী মহিমা থাক য়াম্না ৱাংই হায়বসি নবকিশোরনা যামিনীদা মখোয়গী তুংগী পুন্সি সি-সি ওইরবা যাই

হায়রকপদা যামিনীগী পাউখুমদগীসু খঙবা ঙম্মী। নবকিশোর মৈতৈ পাখংনি অদুগা যামিনীনা ব্রাহ্মণ চনুনি। মৈতৈ পাখংনা বামন লৈশাবী লৌবা মতম অদুগী সমাজগী চৎনবীনা য়াদে। য়াদে খঙনা খঙনা মখোয় অনী নুংশিনবনি। অদুনা নবকিশোরনা যামিনীদা হায়— *নহাক্তি ব্রাহ্মণ চনুনি যামিনী! অদুগা ঐ অসিনা অচম্বা মৈতৈ মচানিদো। নঙ ঐ চুম্না নুংশিনরুবগী পংহায় হায়নখ্রে। মদুনা পুন্সিগী অরোইবা ৱারেপ্পি হায়না লৌনবা য়াবদি নত্তে। মরমদি ঐখোয মৈত্রবাক্কী চৎনবী হায়বা অমনা ইচাউ-চাউনা পুন্দুনা লৈরিদো। মসিবু নঙ ঐনা খঙনা খঙনা, উনা উনা চৎপা তারবদা কদায়দনো? নহাক অমুক্তা মুন্না খল্লু। অসিগুম্বা মৈত্রবাক্কী চৎনবী পলগী ঈৱাংমদা নত্তনা নঙ ঐগী অমুক চৎফম লৈতে। মতম অদুদা য়াম্না ৱানা নঙ ঐবু লোইদাম থাবু তরাগী ঈ মতৃমদগী হৌনা চাউননবা য়োকপী-থাকপীরক্লবা নুংশিরবা ইমা, ইপা কায়নবা তাববনিদো অদুগা নুংশিরবা ইচিন-ইনাও অমদি চান্নরবা মরূপ-মপাং পূম্নমক শেংনা খাইনবা তাববনিদো! অদুগা অমবোমদা নহাক্তি পাঙ্গল শোনবী নুজানি। হযেং মতম অমদা পোক্লফম লমদম নুংশিরবা থাদোক্লুনা চৎখ্রগা অঙম অঙম্বা অৱাংবা চীংজাও কয়া কযা কারবা য়াই, অশোঙ-অশোঙবা মী তাদবা নারক মোংশোং কয়া কয়া চৎলবা য়াই; অদুগা অচৌ-অচৌবা অপাকপা অরুবা পাৎ তুরেলনচিংবা তৃ-খোং কয়ামুকসু লান্দুনা মৈত্রবাক্কী চৎনবীগী ঈৱাংমদা নঙ ঐতা লৈমিন্নরুবা তারক্কনি। মতম অদুদা চাদ-থক্তবা কযা, তৃমদ-হীপুবা কোঙ্গায় থোক্লক্কনি। মদুদা নহাক ৱারক্কনি, লৈহৌরগে হায়রক্কনি; য়াম্না মুন্না খল্লু যামিনী! ঐনা নঙবু নুংশিদুনা হায়বা নত্তেকো। অদুনা নহাক ৱারৌনু। ঙসিদগী হৌনা নঙ ঐ পুন্সি অসিমগী ওইনা কায়নরে হায়না লৌনরসি।*

মথক্কী ৱাফম অসি যামিনীবু মাগী অহল লমন্না কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমদা লুহোংনবা নুমিৎ লেপ্পরবা মতুংদা নোংমা নবকিশোরনা যামিনীদা হায়খিবনি। যামিনীনা করিগুম্বা কনাগুম্বী ইচম চম্বী নুপীমচা অমগুম ওইরম্বা

তারবদি মহাক্কী থম্মোয়, নু,শবগী মায়ওন হোংলম্বা য়াই। চুম্না পাখং লৈশাবী ওইরুবদগী ফাগী-ফরাং তৌনরুবনি, পংহায় হায়নরুবনি খন্দোক্লুনা কায়নবা য়াবা মতাংনি। অদুবু যামিনীনা মাগী থম্মোয়দা নবকিশোববু খোয়দাজবদি চুম্নগী মরক-ময়াগী থাক্তা নুংশিনবদা খোয়দাজবা অদু নত্তে, সমাজগী চৎনবীনা যাদে খঙনা খঙনা নুংশিবনি। মাগী থব্রায়গী মবুংঙোনি খঞ্জবনি, নবকিশোরগী ব্রাখলদতা থব্রায় লূপচবীনি। অদুনা মহাক অহল লমন্না ব্রাহ্মণ পাখং অমদা থাজনবা লুহোংবগী থৌরাং তৌবদু য়ানীংখিদবনি। চুম্না মপূৎক্লিংদা যানীংদবতা নত্তনা মহাক্কী অপাম্বা অনীংবা অসুম্না ফোঙদোকচবনি-- *ইমা, পাবুং অমসুং ইবুংখোয়গী থৌজাল নিজরি। য়াথং অদু অমুক্তা হাযদোকপীখো। মীগী মচা অদু ব্রাহনবীগনু অমসুং ইকাযবসু পীবিগনু, ঐগীদি ইপূক্লিংদা পামজবা মহাক অদুদা মতম চানা পীবিয়ু, মদুদং ফিগাও শানা যাজবি।* ব্রাফম অসি য়াম্না তোয়না নোল্লুক্লা হায়জবনি। অদুং মহাক্লা হায়জবা পূম্বা কবিমত্তা থৌওই-ব্রাওইনা তাবীখিদবনি।

যামিনীগী মফমদা নবকিশোবনা থের্মজিন-ব্রাহৈ কযা হাযবকপদা যামিনী ব্রারম পূম্নমক যাম্না থব্রায শোক্লা মপূক্লিং নুংশিবগা লোযননা তাখ. মমীত্তগী মপি চদুম চদুম তানা হীক্লা হীক্লা কপখি। নবকিশোরনা হায়বা ব্রাফম অসি মহাক্লা যামিনীবু থাদোক্লগে হাযবা ফিরেপ লৌবদগী কায়ননবা হাযব নত্তে, যামিনীগী থম্মোয়গী অরেপ্পা ব্রা খঙনীংবদগী হায়বনি। কবিগুম্ন যামিনীনা নবকিশোরগী ব্রাফম অদু অচুম্বনি খন্দুনা কায়নবগী ব্রাফম য়াবম্ব তারগদি নবকিশোরসু কায়নবা অদুদা য়াবম্বা য়াই নৎত্রগা মখা তানা অমুক তকশিল্লম্বা য়াই। মতাং অসিদা অইবনা মানা পাল্লিবা পম্বুংফম পান্দমফম অদোমদা চঙশিন্নবা উপন্যাসকী পবিং শাগৎলি। নবকিশোরগী মফমদা লৈবা যামিনীগী প্রেমগী মহিমা অব্রাংবা থাক্তা পুখৎলি। যামিনীনা য়াম্না থম্মোয় শোকপা ব্রাহৈনা অসুম্না তপ্না তপ্না হায়জে-- *"ইবুংঙো! করি ব্রানো তাকপীবিবা অসিবু? নুংশিবগী মরীদা শাগৈ-জাৎ অমুক খায়বীবরা? অচৌ-পিশক অমুক*

*নাইবীরিবরা? করিগী অরেপ্পা নত্তে হায়না লৌবীগদৌরিবনো? নহালঙৈগী নুংশি ৱাশক পরৈ চেৎনখিবা অরেম্বা শীংদা চনবীবরা? মতম অদুদা থৱায় হকচাং পূম্নমক ইবুংঙোদা কথোকখ্রে। ইবুংঙোনসু হরাও-হরাও লৎনদনা লৌবীখ্রবা নৎত্রা? অদুগা হৌজিক্তনা অমুক পাঙ্গল শোনবী পাওদ্রবী নুজানি, অঙম অওম্বা চীং-মান কাবদা, অশোঙ-অশোঙবা নারক মোংশোং চৎপদা অমদি অচৌ-অচৌবা অপাকপা পাৎ তুরেললনচিংবা তূ-খোং লানমীন্নবদা খুরৌ চেল্লি খনবীরক্লবরা? থাদোকপীগনু তুংইঞ্জগে।”*

কয়াদা ফজখ্রবা? কয়াদা থম্মোয় শোক্লীংঙাই ওইরিবা! কয়াদা থম্মোয় শেংনা পূক্লিংগী ৱা হায়দোক্লিবা অসুম্না শ্রীরাম সিংহনা নবকিশোরগী মফমদা লৈবা যামীনিগী প্রেমগী মহিমা অসি অৱাংবা থাক্তা পুখৎলি। মখা তারকপা মখোয়গী পুন্সিদসু মখোয়গী নুংশিনবগী মতীক ময়াই অসি অৱাংবা থাক্তা থমদুনা মহাক্কী উপন্যাস মপূং ফানা শাগৎলি। চুম্না ইচম চম্বা লৌকিক প্রেমগী মশক ওইহনদে অলৌকিক প্রেমরোমদা পুশিল্লি। সমাজ সংস্কারগীদমক শাগৎলিবা উপন্যাস অসিগী ৱারী পরিং মরীক চূমহল্লি। করিগুম্বা যামিনীনা লৌকিক প্রেমদা উংদুনা মপাবুংনা মাবু মখোয়না পামজবা মতীক চাবা, মহৈ-মশিং হৈবা, শাগৈ-জাৎ ফবা, মচিঞ্জাকসু কাবক কাবক মচাজরিবা ব্রাহ্মণ মচা অমদা থাজনবগী য়াথং পীথোকখিবা অদুদা যারম্বা তারগদি শ্রীরাম সিংহগী উপন্যাস অসি সমাজ সংস্কারবু নাথৈরক্লগা অতোপ্পা মায়কৈ অমদা চৎলম্না য়াই। অদুগা নবকিশোরনা যামিনীদা তুংদা সি সি ওইরকপা য়াই মুন্না খল্লু হায়বা অদুদসু যামিনীনা য়ারম্লবা তারগদি যামিনীনা নবকিশোরবু নুংশিবা অসি করিসু লৈতবা ওইরমগনি, “জাৎ ওনবা” হায়বা উপন্যাস অসি শাগৎপা য়ারম্লোই, অইবনা পাল্লিবা সমাজ সংস্কাররোমদা চঙশিনবা ঙম্লম্লোই। অদুবু রাম সিংহদি রাম সিংহনি, সমাজ সংস্কারক অমনি, সমাজ সংস্কারগীদমক যামিনীগী নুংশিবা অসি লৌকিক প্রেমদগী নাথৈহল্লি। নবকিশোরগী মফমদা লৈবা যামিনীগী প্রেমগী মহিমা অৱাংবা থাক্তা থম্মী।

**শ্রী লৈতাম্হেম রাম সিংহগী উপন্যাসতা প্রেমগী মহিমাগী থাক**

"জাৎ ওনবা" দা ...মন চনু যামিনীনা মৈতৈ পাখং খাঙেম্নম নবকিশোরবু নুংশিজখিবসি চৎনবীদা য়াদে খঙনা খঙনা নুংশিজখিবনি। পুন্সি লৈপুন ওইবা তারবদি সমাজনা শোয়দনা ইম্থোক্কনি, অদুনা মখোয় মৈত্রবাক্কী সমাজগী ৱাংমদা লৈবা তাবনি। অহল লমন্না মখোয়বু খাইদোক্লনবা পোরম শীল্লক্কদৌরিবনি। পুলিসনা মখোয়বু ফানবা থিরিবনি। কায়ননীংদবদগী মখোয় মীরোৎ ওইনা লৈখিবনি। অৱাবা কয়া খাঙজখিবী যামিনীনি। মতৌ অসুম্না "খঙগনি পোল্লোইদা" হায়বা অসিদসু কুমারীনা চীংলেনবু চীংমীনি, খল্লং হাওখুলদগীনি খঙনা খঙনা নুংশিজখিবনি। লাইরিক লাইশু হৈরবী কুমারীনি, চীংমী পাখং অমদা মহাক পুন্সি লৈপুল ওইরগদি অহল লমন, মমা মপা... হরাও হরাও য়ারকফম থোক্লবনি। অদুগীসু মথক্তা মহাক্তি মপাবুং অমসুং অপোকপী মমাগী অমত্তা ঙাক্নজরবা মচানি। অদুনা মমা মপানা মচাবু চীংমীদ থাজনীংলোই। মমা মপা অনীমক লাইরিক হৈবা হৈবী ওইজরবসু মখোয় সমাজগী চৎনবীগী পল মনুংদা লৈরীবনি। মসিগী মায়োক্তনি কুমারীনা চীংলেনব নুংশিজখিবসি। চুম্না পাখং-লৈশাবী ওইরুবদগী, খঙনা-চান্নরুবদগী, তিন্ন-খোৎনরুবদগী ৱারী-ৱাত্তাই শান্নরুবদগী, ফাগী ফরাং তৌনরুবদগী শানৌ শানৌ ওইবগী হৌনসা নুংশিনরুবা, মতম লেন্নবা পংহায় হায়নরুবা অদুগুম্না নুংশিনবা খুৎনুংশি অদু নত্তে; পুন্সি লৈপুন ওইনবা থাক্তা নুংশিনখিবনি। অদুনা কুমারীনা চীংলেনবু নুংশিজবা অসিদসু প্রেমগী মহিমা অসি অৱাংবা থাক্তা থম্মী। মথা তারকপদা "মীৎয়েং অমত্তং" হায়বসিদা তম্বী ওফিসার চাওথোইগা লোইনী হাওবী চনুরাগা নুংশি মরী লৈনবা অসি জাৎ মায়দা কাঙলূপ অনীগী মরক্তনি। নুংশিবাদি জাৎ, ধর্ম, কুচুনচিংবা খেন্নবগী মথক্ত লৈ, চৎনবীগী মথক্তসু লৈ, আইনগী মথক্তসু লৈ। পুম্নমক্সি খঙনা চাওথোইনা হাওবী চনুরাবু নুংশিখিবনি, হাওবী চনুরানসু চাওথোইবু খৌরাংনা ঙাইজখিবনি। শ্রীরাম সিংহনা মাগী উপন্যাস অহুম-- *জাৎ ওনবা, খঙগনি পোল্লোইদা* অমসুং *মীৎয়েং অমত্তং* অসিদা প্রেমগী মহিমা অসি অৱাংবা থাক্তা থম্মী।

**শ্রী লৈতাম্হেম রাম সিংহগী উপন্যাসতা প্রেমগী মহিমাগী থাক**

## শ্রী লৈতাম্থেম রাম সিংহগী উপন্যাসতা
## সমাজ সংস্কারগী মমি

সমাজগী ফত্তবা চৎনবী কয়াবু চুমথোক্লবা শেমদোক্লবা রাজা রাম মোহন রোয়, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, জননেতা ইরাবতনচিংবা কয়ানা চাউরবা থৌদাং লৌখি। অসিগুবা সমাজ সংস্কারক কয়ানা সমাজগীদমক হোৎনখিবগুম শ্রীরাম সিংহসু মাগী উপন্যাসশিংদা ফত্তবা সমাজগী চৎনবী পলবু নমখায়নবা থৌদোক কয়া ইদুনা সমাজ সংস্কারক (সোসিয়েল রিফোর্মিষ্ট) অমনি হায়বদু চপ-চানা উৎলি। তশেংনমক মহাক সমাজ সংস্কারক অমনি।

শ্রীরাম সিংহগী *জাৎ ওনবা* উপন্যাস অসি সমাজগী শকওং চৎনবী অসি ময়েক শেংনা মমি তারবা মিংশেন্নি হায়বা য়াই। মতম অদুগী সমাজগী চৎনবী অদু ময়েক শেংনা তাকই। য়েক থোক্লবসু নত্তবা, মচীল মৌপ্বাগী মরীসু নত্তবা, সমাজনা য়াবীরগে হায়বদা করিসু কায়দবা মৈতৈ পাখং অমগা বামন লৈশাবী অমগা নুংশিনদুনা লৌন-লৈনবগী মতাংদা করিসু লৈতবদা শাবি-শানৌ অনীবু কয়াদা ৱাহল্লিবা হে সমাজ! হায়নীংই। লাইবক থীরবা কয়াগী মফমদদি লাইবক্লা মীওইববু অৱাবা কয়া পীরি, লাইগী নোংদম্না মীবু লাইবক থীহল্লি। পূম্নমক অসি য়েংলুরগা অমসুং *জাৎ*

*ওনবা* পাকুরগা ওজা বাম সিংহবু মণিপুরগী থোমাস হার্দিনি হায়বা যাই। হার্দিনা মাগী উপন্যাস *দ মেয়র ওব কাষ্টরব্রিদজদা* মরাইবক থীরবী লুসেতা শিখিবা, লাইগী নোংদমদগী উপন্যাস অদুগী চরিত্র কয়াদা থোকখিবা লাইবক, লাইবক্কা লাইগী নোংদম ওইবা কয়া ময়েক শেংনা য়েকপগুম লাইবিক অসিদা নবকিশোর অমসুং যামিনীগী লাইবক অসি সমাজনা ওইহনবা, লাইবক্কা মখোযগী লাইগী নোংদম্ ওইহনবনি হাযবসি উৎলি। পানদা য়েংবদা মখোয়না সমাজগী চৎনবীগী মায়োক্তা লেপ্লদগী মখোযগী অৱাবা ফংবা ওইনা উই। সমাজগী চৎনবী মতুংইন্না চৎলম্লবদি অৱাবা অমা কোক্লবসু অৱাবা অমদি অদুম ফংগনি। নবকিশোব অমসুং যামিনীদা পীবিবসিদি সমাজগী চৎনবীননি।

মতাং অসিদা পনবা যাবা ৱাফম অমনা জননেতা ইরাবতন সমাজগী চৎনবীগী মতাংদা মাংই শেংই হায়বগী মতাংদা মাংলিবা মী অদু শেল পীরগদি শেংদোকপা যাবা, মাংহনগে হায়ববসু মাংহনবা যাবা, রতননা মাংহল্লগা লুপা ৫০না কোকপা, ব্রহ্মসভানা মাংহল্লগা লুপা ৮৫ পাই ২৩না কোকপা, নিংথৌগীনা লুপা ৫০০না কোকপা অসিনচিংবনি অকক্লবা থম্বগী মায়োক্তা লেপ্তুনা ইরাবতনা সমাজ সংস্কাবক অমা ওইখিবগুম ওজা রাম সিংহসু *জাৎ ওনবা* ইদুনা শেমদোক শেমজিন যাবা সমাজগী চৎনবী অসিনা মীবু ৱাহনবা অদুগী শক্তম মীয়াম্বু খঙহন্নবা হোৎনবা সমাজ সংস্কারক অমনি হায়না লৌবা যাই। ফত্তবা সমাজগী চৎনবীদি শেমদোক শেমজিন তৌবা তঙায়ফদে। শেমদোক শেমজিন যাবা সমাজগী চৎনবীনা মীবু কয়া য়াম্না ৱাহনবগে হায়বদু *জাৎ ওনবাদা* মৈত্রবাক্কী চেকশিন্না খারবা চৎনবীগী পলগা শাবি শানৌ নুংশিনবগী নুংশি মৈরিগা থেংনবা লান মাগী উপন্যাসশিংদা শ্রীবাম সিংহনা উৎলি। মহাক্না ইরি—

*য়েংবীয়ু... মৈত্রবাক্কী চেকশিন্না খারবা চৎনবীগী পল*

**শ্রী লৈতাঙ্থেম রাম সিংহগী উপন্যাসতা সমাজ সংস্কারগী মমি**

*শাবি শানৌগী মখোৎ কারকপগী নুংশি মৈরি।*

লাননি, অকনবা লাননি, চৎনবীগী পলগা নুংশি মৈরিগা থেংনবা লাননি। নুংশি মৈরিনা কনব্রা, সমাজগী চৎনবীগী পলনা কনব্রা, অনীগী চাংয়েংনি। ইচম চম্বা লৌকিক প্রেম ওইরম্লবদি সমাজ পন্না থিংবা ঙম্লমগদবনি। পল অসিনা শাবি শানৌ কয়াগী নুংশি মরী কায়হনবা কয়া য়াওবির্বনি। অদূবু নবকিশোর অমসুং যামিনীগী মফমদদি সমাজগী পল ফনা কন্না চেকশিনবা খারবসু মখোয়গী নুংশি মৈরিবুদি থৎপা ঙমখিদে; মখোয়গী নুংশি মৈবিনা সমাজ পলবু থুগাইবা ঙমদ্রবসু সমাজগী পলনা মখোয়বু মায়থীবা ঈ"বদি ঙমখিদে। কয়াদা কনখ্রবা মখোয়গী প্রেমগী মহিমানো! কবিগুম্বা নবকিশোব অমসুং যামিনী য়েক থোক্লবম্লবা, মচীল মৌপ্পা ওইবম্লবা মখোযবু থীনা ঙাঙনবা য়াই। অদুমক্তি নত্তে। মৈতৈ নীংঙোনবু বামননা লৌবদি যাবা, বামন নীংঙোন্দি মৈতৈনা লৌবা য়াদবা হায়বসি য়াফম থোকপ্রা? থোকতবনি। অসিগুম্বা তমথীরবা সমাজগী পল অসিগী মায়োকতা শাবি-শানৌ অনী পুথোক্তুনা ব্বারী পবিং অমা উপন্যাস অসিদা শাগৎলগা শ্রীবাম সিংহনা খৃৎহৈবা চিত্রকাব অমনা করিগুম্বা লাই অমা ফজনা য়েকপগুম মহাক্না উপন্যাস ওইনা য়েক্লিবসি মহাক মশামক সমাজ সংস্কারক অমনি হাযবা তাকই। নবকিশোর অমসুং যামিনী অনীগী পুন্সিদা অব্বাবা তাখিবা অসি সমাজগী পল অসিননি হায়বা মীয়ামদা খঙহল্লি। সমাজগী পলগী মাযোক্তা লৈরর্বদি নবকিশোর অমসুং যামিনী অনীনা অব্বাবা ফংখিবগুম শাবি-শানৌ কযাসু অব্বাবা ফংগনি হায়বগী পাউতাক লাইরিক নত্তে হাযজনীংই। তমথীববা সমাজগী পলনা মীবু ব্বাহল্লি তাকপা উপন্যাসনি। সমাজগী পলনা অফবা মখলগী পল ওইরম্লবা, য়েক মশেল লৌনবগী মায়োক্তা লৈবা, মচীল মৌপ্পা, মচন মবুং থোক্লবা লৌন-লৈনবগী মফমদদি অথিংবা অসি কলহনবা তার্বান। বামন পাখংনা মৈতৈ লৈশাবী লৌবদি য়াবগা মৈতৈ পাখংনা বামন লৈশাবী লৌবদা করি অকায়বা লৈবগে হায়বা ব্বাহং অমা অদুম

চোংথোরক্কনি।

অপাবা কয়ানা শাবি শানৌ অনীগী পুক্সিদা থোক্লিবা লাইবক অসি সমাজগী চৎনবী নঙননিকো হায়বা ঈথিল অমা পী। সমাজগী চৎনবী চুমথোকতবা য়াদ্রে হায়বগী ঈহৌ শাগৎনবা মচাক পীরি। অসিগুম্বা মচাক পীবিবনা ওজা বাম সিংহনি, তশেংনমক মহাক সমাজ সংস্কারক অমনি, বিপ্লবী অমনি। সমাজগী অশোয়বা চুমথোক্লবা নহারোলদা শিদহিদাক পীবনি, থৌনা হাপ্পনি. লিংজেলগী ঈনোৎ পীবনি, মথৌ শঙবনি। কয়াদা চাউখ্রবা সমাজ সংস্কারক অমা ওইরিবা। *জাৎ ওনবা* অচম্বা উপন্যাস নত্তে. নহারোলগী খূৎলাইনি, পাম্বৈনি; অবদাননি, ওজা রাম সিংহগী অবদাননি। নহাবোলদা পীবা অবদাননি, সমাজদা পীবা অবদাননি। নত্তে অচম্বা অবদান; শিদহিদাক্লি, অমৃতনি, চাক লাম্বশিংদা চীঞ্জাক্লি, থৌরাংলবশিংদা লাইজ ঈশিংনি, য়াঙ্গংলবশিংদা ব্লদ তোনিক্লি।

তমগী সমাজ কৈনা চীকপিরবা, চীংগী পাম্বা কৈনা শোকপিববা. মৈত্রবাক্কী চেকশিন্না খারবা চৎনবীগী পলবু নাম্থোক্কুনা চেনবা ঙম্লবা. পলদুবু শাবি-শানৌ অনীগী মথোক কারকপগী নুংশি মৈবিনা মায়থীক পীবা ঙম্লবা. পুক্সি লৈপুন ওইদুনা লোইবি চীংদা যুমলেপ চার তমখ্রবা শাবি শানৌ অনীগী নুংশিগী পোথোক ওইখ্রবা, নৌনা পলেম পম্বৌ কাযনদুনা লমজা-শাবা ওইহৌরিবা, লোইবী চীংদা থনম্লবা নবকিশোর অমসুং যামিনীগী মচা অদুবু করম তৌখ্রবগে খঙনীংবগী ব্রাহং অমা *জাৎ ওনবা* পাবিবশিংনা মতোম মতোমতা হংজবা খঞ্জবা মতাং অমা হেক্তা ফাওরক্লমগনি মখোযগী থম্মোযদা, ব্রাখলদা। ব্রাহং অসিগী পাউখুম পীবিরম্মী ওজা রামসিংহনা মাগী *খঙগনি পোলোইদা* হাযবসিদা। কাইনথংদা মখোয়গী মচা চীংলেন্না মপূং মরৈ ফারক্কুনা লাইগী নোংদমদগী হায়গদ্রা, লাইবক্তা তম্লকপনি খলগদ্রা, তান চারুবনি লৌগদ্রা নবকিশোরগা তিন্নজরম্বা মরূপ শ্যামা অমসুং যামিনীগী মতা সখী অনীগী মচানুপী কুমাবীগা নুংশিনদুনা

লৌন-লৈনখিবা কযাদা ফজনা জাৎ ওনবা পাবশিংদা মখোযনা হংনীংবা খঙনীংবা ব্রাহংগী পাউখুম ওজা বাম সিংহনা পীবিবা।

*"চন্দন পাম্বী কযানা/চীংমান নাবক শীংলকতা*
*মাঙবগুম অবেম্বদা উকং ওইনা,*
*পূক্লিং লৈকোলগী অথৌপদা থাম্বিবা লৈবাংদু চেকশিন্না*
*কংখ্রগনিদো অবেম্বদা পূক্লিং হকচাংগা লোযননা*
*খঙহৌববোইনা কনা'মত্তা"*

হাযনা কবি কমলনা মাগী উপন্যাস *মাধবীগী অবোইবা শব্দকনী* ম্বাইনা ওইনা ইবম্বা থেংনবদা ওম্মোক্লা খাঙঙমদবা নীংঙমদবা চৈনা ... পাবশিংদা পীবগুম নবকিশোব অমসুং যামিনীগী অবোইবা পাক্সদা থার্কখিব। থৌদোক্কী নুংঙাহতবা চৈনা ফর্ংলিঙৈদা মখোযগী মচা অদুসু অবেম্বদা মাঙখিবা তাবব্রা, কবম তৌখ্রবগে হাযবগী চৈথেং ফন্দনা খাঙঙমদবা মৈচাক ফর্ংলিঙৈ অসিদা মৈচাক অদুবু মুথৎনবা নোংমদোনগী ইজ ওইনা খীকথবিববই ওজা বামসিংহনা মাগী পাউখুম *খঙগনি পোলোইদা*।

*জাৎ ওনবা* অমসুং *খঙগনি পোলোইদা* হাযবা অসিদা মতম ওইরগা সমাজগী চৎনবী অদু খুৎহৈববা চিত্রকাব অমনা যেকপগুম ওজানা ... তাকই। মখা তাথৈ *মীৎযেং*, অমত্তং মৈতৈ পাখং চাউথোইগা খাংনাই নংঙোন হাওবী চনুবাগা নুংশিনবগী বাবী মখোযগী পুথি।

সমাজগী চেকশিন্না খাববা পন্দগী নাম্বোর্বাখ নবকিশোব অমসং যামিনা জাৎ ওনবাদা। সমাজগী পল অমমুক থেংনখি মখোযগী মপাবি চংলে। অমসু, মহাক্কী থম্মোযগী লৈকোলদা শাৎচর্বী কুমাবী অনীনা। জাৎ ওনবদা পল অমা লৈ সমাজবু খাজীল্লিবা- মৈতৈনা বামন লৌবা যাদবা। খঙগনি পোল্লোইদা পল অমমুক লৈ— চাংমীনা মৈতৈ নীংছোল লৌবা লৌবা। নবকিশোব অমসুং যামিনী সমাজগী পল ব্রাংমা লান্না চোংখি অদুবু

চেকশিন্না খাদবা পল অদুদি ব যদনা লৈহৌই। কায ... লৈ হাযদুনস্ মখোঃ অনীবুদি থিংবা ঙমখিদে, নাম্থোকখি। সমাজ সংস্কারক অমা ওইনা থুগাইনীংঙ অপনবা অসি ওজা বাম সিংহনা। খণ্ডই, উই নোংমদি শোযদনা অপনব পল অসি কাযবক্কনি হাযবা ওজানা। কাইবি কাইবি তৌবকই চীংলে৹ অমসুং কুমাবীগী মতাংদা। নীংঙম্মখিদে খ্বাইনা নবকিশোব অমসুং যামিনীগ পুক্সিবু। নিন্দ তৌননীংঙাই ওইবকই সমাজগী পল। *খণ্ডগনি পোলোইদা* পল হেবা হৌনকই। হেন্না হেন্না হেন্জিল্লকই। যৌশিল্লকই ওজাগী খোঙজ, কনশিল্লকই ওজাগী লডাই সমাজ বিপ্লবী অমা ওইনা, উখোবকই মীংহে ... মতং। মৈতে বামন লৌন লৈনবগী লানফমদগী চীংমী তম্মী লৌন-লৈনব পানফমদ চঙাশিল্লি। নোংমা নত্রগা নোংমদি চাবৌ মৌবৌনবক্কন হাযব উপন্যাসকাব আসনা উবা মীৎযেংনন। মৈতে পাখং চাওখোইগা খোংঙ নাংঙোল হাওব চনুবাগা নুংশ পম্বুং ওইবদা সমাজগী পন্না থিংবা ঙমাখদ সমাজ অমদি আইন্না থিংবগী মহুত্তা অহোইনদুম তবাম্না ওকখি। ক... ফজনা চখবক্কিবা লাঙ্গংনো, কযাদা ফজনা খাবক্কিবা ওজাগী ক... পুৎথানে। হেন্না মশক তাক্লকই সমাজ সংস্কারক বিপ্লবা অমনি হাযব অদুবু লোইনা নাইদে সমাজগী পল পল অমগী নথংদা পল ... যাবনগী মকোক চোংবগুম চোংথোবকই হেঙ্গা। নমখাযনীংঙাই পল ... লৌব। মৈতে নীংঙোল কযাবু বামন পাখংশিংনা লৌবানগা মখুৎ চাবীদব, ... খোংহন্দবা কবম্না মগলগী প্রেমনো, কাব সমাজনো, কাবগাদম থাংলবা পলনো? মীনা মাবু ওৎপা নত্তে হাযগদৌবিববা?

উপন্যাসকব বাম সিংহনা জাৎ ওনবা ইদুনা ফোঙখিবস খন্থগী বৃ. ১৯১৮ দান। ইবা হৌখিবদি মমাঙগী চহীদগীনি। মতম অদুগী মৈতে সমাজগী চৎনবাদা চাবৌ-মৌবৌনবদা আথংগা কযা লৈবদু মাগী উপন্যাস মমি ওই। মতম অদুদা মণিপুবী সমাজদা মৈতেনা বামন লৌবা থাবমদে মৈতে পাঙন, চীংমী তম্মীগী মবক্রা চাবৌ মৌবৌনবদা অথিংবা ...

লৈবন্মী। অথিংবা অসিবু উপন্যাসকাব অসিনা মৈত্রবাক্কী চৎনবীগী ব্রাংনা খাববা পল হাযনা যেকই। মশক উদবা পলনি। পল অসি লৈবনা হাযবিবা চাবৌ মৌবৌনবসি যাবমদে, সমাজনা ইস্থোকপা হাযবা অমা চৎনবন্মী। হাযবিবা পল অসিবু নমখাযদুনা চৎলুবা শাবি-শানৌ কযা সমাজনা ইস্থোকই, মবা মীশা লাংই, অঙাওবা তাই, অপঙবা শকই, পুন্সি পিথমুনা লেল্লি। এবম অসিনা চৎনবী অমসুং অথিংবা পল অসিগী মাযোক্তা কনানসু ওথৌনা লৈনা মাযবোং যাবা ঙম্নদে। অদুনা খেন্নবা জাতিশিং কাঙলূপশিংগী এবক্তা লৈনগী মতম ওইবনা শাবি শানৌ কযা নুংশি নুংঙনগী মবী লেনরুববসু সমাজগী পল অসিবু কিবনা থম্মোয চাক্কা কাযনখিবা কযানি। কনাগুম্বা কনাগুম্বা শাবি শানৌ খবা নুংশি মৈচাক্কা হেনবদগী পল অসিগী মাযোক্তা পুন্সি লৈপুল ওইগে খল্লবদি অমসুং ওইবা তাববদি সমাজগী বংমদা নাথৈদুনা চীংনুং মায়ু দা পুন্সি হিংবা তই। পল অসি কনমনাখবন বন অমত্তনা মসিগুম্বা শাবি শানৌগী মীচঙদা লেপ্পা ঙম্মখিদে, চৎনবা পল অসি পামদবা কনাগুম্বা যাওবরসু থৌনা ফনা মসিগী মাযোক্তা লৈনবা থোবকপদি ইযাও যাওদে। অদনা চৎনবী অসিব চুমথোক্লবা হোৎনবদা মতম শাংনা চঙবা মশানা তাখি। তপ্পা তপ্পা অমগা অমগা ...ব তানদুনা ...লকপা তাখ। চৎনবী আস ডবদা থম্মোয শোকখিবা বাম সিংহনি। ...হাক্কা মীযাম্বু ভব তাহনবা পামখি, মখোযগা থম্মোযদা মীনুংশিগা মমি ...থম্লাংখি, চৎনবী আসং চুমথোকপা পামখি, মীওই কযাগী বাখল অমদি ...থম্মোয হবদংদা ওইববসু হোৎহনব পামাখ। সমাজগী চৎনবী অসিদা ...ক্ষম ওইবগা মহাক্কী উপন্যাসকা বাব শেমগৎতুনা চৎনবী মসিবু প্রেঃচেষ্ট ...বা ওইনা জাৎ ওনবা পুথোবকাখি। নবকিশোব অমসুং যামনা হাযবা ...বত্ত অনা শেমগৎতুনা মীওইবগা নুংশি নুংঙনগী মবীদি চৎনবীগা ...লাংল্লৌ কাৎল্লৌনা চেৎনা পুন্দুনা থম্না ঙমদে হাযবা উৎলি। অমুকস্ ...ওই কযাগী থম্মোয খুদুম চন্নবা, নাংঙমদনা অমদি মীনুংশি পোক্লবা মী

খঙদনবা অবোৎপা চীংগী হিং ইতা মযুমদা মরূপ মপাংগী যুমদা লাকহল্লি, সমাজগী চৎনবীগী কৈনা শোক্লবা শাবি-শানৌ অনীবু চীংগী শাহিং চাবা পাম্বা কৈগী শাবাক ওইহল্লি, পুন্সি পিখম্লহল্লি। মীযামগী থম্মোযদা মীনুংশি পোকহল্লি, নীংঙম্লহনখিদে। মীযামগী থম্মোযবু জয তৌনবা মীনুংশি পোক্লবা পোক্লফম লমদম কাযনবগী; ইমুং-মনুং, মরূপ-মপাং মপিজা শেংনবগী ঈশৈ কযা মতাং চানা থেংাচল্লি। মীওইবগী থম্মোয নৌথোকহল্লি। পূম্নমক অসি সমাজগী চৎনবীগী পল অসিননিকো হাযবা মীযামদা পাউজেল অমা পী। বাম সিংহনা মাগী থম্মোযদা লৈবা ব্রাখল্লোল অদু মাগী উপন্যাসতা মমি তাহন্দুনা মাযাম্বু ভাব তাহনবা অসি অইবগী মায পাকপনি হাযবা যাই। চৎনবীগী পন্নুংদা ভাব তাদনা লৈবিবা মীওই কযা ঈ থোকহন্দনা "জাৎ ওনবা" না পীবিবা চৈফ্ অসিনি। খবমখৈদি মথোয তাং তাবনল্লগনি থাজে। অসুম্না "জাৎ ওনবা" দা সমাজ সংস্কারবগী মমি ... অদুগা অইবা মশামক সমাজ সংস্কারক অমনা, "জাৎ ওনবা" না মাহাক ভাব তাহন্নবা খৃৎলাযানা হাযবা য়াগ্রি।

থৃগাযনীংাল্লবা মৈত্রবাকা চৎনবীগী। পল অসি পাক হেক থুগাং ঙম্নগদবা নত্তে। থম্মা চেংশিনা খাবনা পলানি। তপ্না তপ্না মাযাম্বু ভাব তাহনবা চঙই। "জাৎ ওনবা" না মীযাম্বু ভাব তাহনবা মাযকৈদা পাশিল্লি তমগী। মৈতৈ পাখং অমগা তমেগা বামন লৈশবী অমগগী। মবক্তা চৎ নুংাশনবগী ব্রাবা পানংদা উপন্যাস অসি শাগৎলি। তম্মী মশেল ওইবব জাৎ, ক চলূপ হিংদ্রবাদ লৌন-লৈনবদা শকউদবা লৈই অমনা থৎলি। লৈই অদু মৃত্যুৎপানি বাম সিংহগী অপাম্বা। অনাশুব অমসুং অহুমশুবা উপন্যাস চীংমী অমসুং তম্মী লৌন-লৈনবদা খাবিবা পল অসি শাদোবপগী মযাং চঙশাল্লি। অনীশুবা উপন্যাস "খঙগান পোলোইদা" হাযবাসদা পোলোইদা খঙবা উৎলি। নবাকিশোব অমসুং যামিনাগী মচানুপা তদুবু কংমে তৌখ্রবা খঙনীংবা অদু পোলোইদা খঙই। শ্যামা অমসুং সখিগী মচানুপা কুমার

চীংলেন্দা চেনখি। চীংলেন কনানো হাযবা পোলোইদা খণ্ডই। শ্যামা অমসুং সখীনা মচানুপীবু চীংমী চীংলেন্দা লুহোংবিনীংদে। মখোয লাইবিক হৈববনি। লাইবিক হৈ হায়দুনসু চীংমী তম্মী লৌন-লৈনবদা মখোযসু মচাগীদা মখোযগীদা থোক্লববনিনা মখোযসু অথিংবা পল অদুম মওই। পোলোইদা চীংলেন কনানো খণ্ডলবদা মখোযগী থম্মোয হোংই। শ্রীবাম সিংহগী মীৎতা ধর্ম অমসুং জাৎকী খেন্নবা উবা পামদে, মীগা মীগগী মবক্তা শম্বল খাবা পামদে। মীওইবা খুদিংমক চপ মান্নে, শক চু খেন্নববসু মী হাযবর্দুদি অমত্তনি; মণিপুব চীং অমসুং তম অনী পূনবা লৈবাক্লি, অনী অসি নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবগা, থোং মান্ননা চৎমিন্নবগা চাওখৎপগী লম্বীদা চঙশিনবা ঙমগদৌবিবনি। পূন্নমক অসি হান্না খণ্ডনবমদ্রবসু পোলোইদদি শোযদনা খণ্ডগনি। খণ্ডলমদবা কযা পোলোইদা খণ্ডগনি। খণ্ডলমদবা কযা পোলোইদা খণ্ডননবা শ্রীবাম সিংহনা খূৎ থাবনি। মাগী অনীশুবা উপন্যাস "খণ্ডগনি পোলোইদা" পুথোকপনি।

পামদ্রবা সমাজগী পল লৌথোকপা/শীদোকপা অসিদা অপনবা কযা লৈবিবনি। লাইবিক হৈববা মীওই কযাসু পল অসিনা মবম ওইদুনা থম্মোয চাউথোক্লবা ঙমজদ্রি। অদুবু হান্নগী মীৎযেং হোংলগা অনৌবা মীৎযেং অমত্তং যেংবা তঙাই ফদবা ওইবকই। তোখাইনা চৎপগী বাখল থাদোক্লগা পূন্না চৎমিন্নবা, পূন্না হিংমিন্নবা, পূন্না চাওখৎমিন্নবা অদু ওইবগতা লৈবাক অমা চাওখৎপা ওইগদৌবিবনি, খেন্নবা কাঙলূপ, খেন্নবা লোল, খেন্নবা কুচু কযা লৈবিবসি মীগী মী অমহানি হাযবগী বাখল্লোন্দা নুংশি-চান্ননা লৈবর্বদি ঈং-তপ্পা, তঙদু লৈতানা হিংমিন্নবা ঙমগদৌবিবনি। পূন্নমক অসি শ্রীবাম সিংহনা উই অমসুং মসি মহাক্কী অপাম্বনি। মাযকৈ অসোমদা মীৎযেং অমত্তংদি মীপূম খুদিংনা যেংবা অইবা অসিনা পামজৈ। মসিদগী থোবকই মাগী অহুমশুবা উপন্যাস "মীৎযেং অমত্তং"। উপন্যাস অসিদা চীংমী চনু হাওবী চনুবাবু মৈতৈ ওফিসাব চাওথোইনা খোযদার্জখি। লুহোংনবা

শেম-শাখি। চাওথোইগী ম. মপানসু মচাবু পূক্লিং থৌগৎপিখি। তমগী মীনা চীংমী লৌবদা পামদবা কয়া য়াওরবসু অথিংবা চৎনবী অসি পামদে হায়দুনা নহারোল কয়াগী ঈহৌ লাকখি। পল অসিবু লৌথোকপা পামখি। মায়কৈ অসোমদা মীয়ামগী মীৎয়েং অমওং থমদুনা চাওথোইগা হাওবী চনুরাগা লুহোংখি। অসুম্না মাগী উপন্যাস অহুম অসিদা সমাজ সংস্কারগী মমি তাই।

উপন্যাসকার শ্রীরামসিংহনা য়াম্না হৈ-শিংনা সমাজগী চৎনবীবু শৌগৎলিবা মীওইশিংবু ভাব তানবা, মখোয়গী থম্মোয়দা মীনুংশি পোক্লবা, নীংঙমদবা মৈচাক্লা চাক্লবা অমসুং অওনবা অমা পুরকপদা মায় ওনশিন্নবা মীৎযেংদা "জাৎ ওনবা" গী ৱারী পরিং শাগৎলি। নবকিশোব অমসু যামিনী সমাজগী চৎনবীগী পলদগী নাম্থোকখিদুনা মীরোৎ ওইনা লোইব চীংদা জাৎ ওন্দুনা লৈহল্লি। কৈবেই লৈকায়গী মীনা কাউনখ্রবা মতম্দ মখোয তমদা কূন্নক্লগা মমা মপা অমদি মরূপকী যূমদা চঙহল্লি, মখোয শক খঙহন্দে। অদুদগী মখোয় লোইবী চীংদা অমুক হুলহল্লি। মখোয লাক্লম্মী, মখোয় জাৎ ওল্লে খঙনবা পাউ-চে (খবর) অমসুং চিঠিদ ৱাবোল পীহল্লি। লোইবী চীংদা হনখ্রগা চীংমীগী পুন্সিদা নুংঙাই য়াইফন লৈখ্রে হায়না মাগী উপন্যাস "জাৎ ওনবা" লোইশিন্দে। কৰিগুম্না মখোয নুংঙাইববা পুন্সি মহিং অমদা লৈখ্রে হায়না ৱারী পরিং অসি লোইশিল্লম্না তারবদি খবরদা হাপ্লম্বা চিঠিদা ইবম্বা ৱারোলশিং অদুনা কনাগুম্বা অমওই থম্মোয় শোকহনবা ঙম্লোই, নীংঙমদবা পোকহনবা ঙম্লোই, মীনুংশি পোকহনবা ঙম্লোই, থম্মোয নৌথোকহনবা ঙম্লোই, সমাজগী চৎনবীবু নিন্দা তৌনীংলোই। খবরগী চিঠিগী ৱারোল অদু ইচম চম্না পাউ পীরম্বতা ওইরমগনি, মখোয়বু খঙহল্লম্বতা ওইরমগনি। মখোয়গীদমক নীংঙমদবা, থম্মোয শোক্লা নুংঙাইতবা থোইনা পোক্লম্লোই। কনাগুম্বা খরগী মফমদাদ ৱাগে ৱাসনু, সমাজগী চৎনবী থুগায়বগী মহৈ চাজবনি হায়বা ফাওব

হায়নরম্বা য়াই। অদুবু উপন্যাসকার অসিনা য়াম্না হৈ-শিংনা মানা পাল্লিবা সমাজ সংস্কারগীদমক শাবী-শানৌ অনীবু লম্মখাংদা পুক্সি পিখম্নহল্লি, অৱাবনা লোইশিনবা উপন্যাস ওইহল্লি। অদুবু মীয়ামগী মীৎতি পাঙহল্লি, মহাক্না পাল্লিবা সমাজগী পল অদু থুগায়বা মায়কৈ অশোমদা মীয়ামগী মীৎযেং চিংশিল্লি।

সমাজগী চৎনবীগী পল অসি অসুক্কী মতীক কল্লি হায়বসি উপন্যাসকাবনা মাগী উপন্যাস অহুম অসিদা উৎলি। অহানবা উপন্যাসতা শাবি শানৌ অনী মৈত্রবাক্কী সমাজ মনুংদা লৈবা য়াহন্দে, ৱাংমদা চৎহল্লি। অনীশুবা উপন্যাসতা লাইবিক হৈববা মীওই ফাওবা সমাজগী চৎনবীবু কিবনা নৎত্রগা অতোপ্পা জাৎকী মীওইদা মচানুপী থাজনীংদবনা কোর্টতা শীংনপুল্লি। অহুমশুবা উপন্যাসতা জাৎ মান্নদবা নুপী লৌবদা পাম্মী পামদে হায়বগী ৱাথোক অমা লৈহল্লি অদুগা পামদবা কাঙবূদু মাযথীহল্লি। অপাম্বা নহাবোলশিংনা ঙমহল্লি। কল্লবা সমাজগী চৎনবীগী পল থুগায়।

জাৎ ওনবা, খঙগনি পোলোইদা, মীৎযেং অমত্তং অহুম্মক নুংশি-নুংঙোলগী উপন্যাসনি, পাসটোবেল রোমান্সনি। জাৎ ওনবা অৱাবনা লোইবা উপন্যাসনি (দুঃখান্ত উপন্যাসনি, পাসটোবেল ট্রেজেদীনি)। অদুবু সমাজবুদি মীৎ পাঙহল্লি। খঙগনি পোলোইদা অমসুং মীৎযেং অমত্তং নুংঙাইবা অমদি থুংনবনা লোইশিনবা উপন্যাসনি (সুঃখান্ত মিলান্ত উপন্যাসনি, পাসটোবেল কমেদিজনি)। সমাজদা অওনবা পুবকপনি।

হৌজিক্তি মৈতৈনা বামন নীংঙোল লৌবা য়াদবগী চৎনবীগী পল নমখাযবক্লে, চীংমী তম্মী লৌন-লৈনবা য়াদবগী পলসু নমখাযবক্লে। অদুবু পলশিং অসিবু কলহন্নবা হোৎনবা কয়া অমসু লৈবি। বামনদা ওংবী মৈতৈ নুপীগী অৱাবগী পল লৈবি। চৎনবী পলসিগী মতাংদা পাম্নম্বা যাই অতোপ্পা লড়াই অমা, লাঞ্জং অমা ওজাগী কলমগী চৈথা ওইনা অদুবু কেমখি ওজাদি খাঙঙুথক্তা ঙন্তানা। খল্লকই ওজাদু মতম খবদং শাংথনা

লৈরন্নবদিকো! নীংঙমহৌদে: *পুঙ্গিগী থাবা*না করম্বা লাঞ্জং চঙদুনা সমাজগী করম্বা শক্তম তাক্কুনা করম্বা সমাজগী পল অমা থেংনগদগে হায়বদু বিধিনা তুংইন্নখিবনা লোইশিনবিরমদনা থম্বীরম্মী *পুঙ্গিগী থাবা*। খণ্ডদে কনানা মখা শমথহৌগনি।

## শ্রী লৈতান্থেম রাম সিংহগী পুন্সি অমসুং লাইরিকশিংদা অখণ্ড-অহৈশিংগী মোৎ

শ্রী লৈতান্থেম রাম সিংহগী পুন্সি অমসুং মহাক্কী সাহিত্যগী খূদোলশিংগী মরমদা শক্লাইরবা অখণ্ড-অহৈ অমদি অইবা কয়ানা ৱারেং কয়া ইদুনা ফোঙনরক্লি। খন্ন-নৈনবা থৌরম কয়া পাঙথোক্লরক্লি, মহাক্কী মতীক মগুণ শীংথানরক্লি, মতুংদসু ফোঙদোক্লরকখিনি, নৈনরকখিনি। নৈনদুনা ফোঙলবা ৱারেং কয়াগী মনুংদা দা. মোইরাংথেম প্রিয়ব্রতগী *শ্রীরাম সিংহগী সাহিত্যঃ মীৎয়েং অমা* অমসুং *হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা জাৎ ওনবগী মফম;* দা. কোইজম শান্তিবালাগী *লৈতান্থেম রাম সিংহগী শৈরেংগী লোল অমসুং ষ্টাইল;* লোংজম জয়চন্দ্রগী *লৈতান্থেম রাম সিংহগী উপন্যাস;* নোংমাই পণ্ডিতকী *থৌবালগী লৈতান্থেম রাম সিংহ ঃ 'জাৎ ওনবা" ইবা রাম সিংহ* অমসুং দা. শরতচন্দ্র লোঙজোম্বগী *মণিপুরী রোমান্টিক কবিশিংগী মরক্তা রাম সিংহগী মফম (১৯১৫-৫৫)* অমসুং *মণিপুরী রোমান্টিক শৈরেংগী খোঙহৌ ঃ কবি রাম সিংহগী মফম (ইং ১৯১৫ দগী ১৯৫৫ ফাওবগী)* হায়বা ৱারেংশিং অসি মরুওই। মহাক্কী পুন্সি ৱারী অমসুং থবক্তা মরী লৈননা ইথ্রবশিংগী মনুংদা যুগেশ্বর ৱাইখ্বা, লৈশাংথেম বীর, সত্যবতী নিঙোম্বম, মোইরাংথেম রাজেন্দ্রনচিংবগী মিং পনবা য়াই।

**সত্যবতী নিঙোম্বমগী ৱাবোলঃ**

সত্যবতী নিঙোম্বমনা মাগী ৱাবেং **"নীংশিং ঈরোম্মুংদগী ওজা ৱাম সিংহ"** দা অসুম্না হায়— *থৌবাল মাযকৈগী সাহিত্যগী থোঙ হাংবিবস্না তুমদুনা লৈথোক্লম্বশিংবু মণ্ডালগী থৌনা পীবিদুনা মিকপ থোকহনবীবস্না. সমাজগী থবক থৌবমশিংদা অচৌবা থৌদাং যাবীবস্না ওমজিং লমতাক্লপ্ন অমত্তা মিং ওইনা পঞ্জবা তাববদি শ্রী লৈতাম্ছেম বাম সিংহনি। ওগা ওইনা হোবকই, ওজা ওইনা পুন্সি লেমখি। ...ওজা ওইবগী তোপ তোম্না ... লৈ। ...মশীং যামখ্রবা ওজাশিংগী মনুংদা অখন্নবা থবতবু মীযাম্না শীংথানবিবা. অসুম্না ওগাগা ওণ ওনা চেল্লবা ঐখোযগী ওজা বাম সিংহনি। ...ওজা পুন্সিদি ঈরোং ... কাংলবা ইচে ওম্বনি। অচেৎপা তংগী মাঙগী লাক্তৌ ...যেংশিংগী খেংযম চেং, লেপ্পুনা থৌবাল মাযকৈগী সনাগী ... থোনাগৎপীবম্বনি। অফবা লক্ষ্মন থন্না লৈতেংলবা ওজাগী পুন্সিনি।*

**লৈশাংথেম বীবগী বারোলঃ**

**লৈতাম্ছেম বাম সিংহগী পুন্সি অমসুং থবক** হায়না মিং ... *বারেং অমদা লৈশাংথেম বীবনা অসুম্না পাল্লে— মালেমগী মচা মচাদা ... লাইপোক ওইবা, অখন্নবা মীথোই মাংলবা কয়া খোঙদাবকাখিবা ... লমদমদসু খোঙদাবকাবা লমযানবা নুপা অমা, মহাক অদুদি স্বর্গীয় শ্রী লৈতাম্ছেম বাম সিংহনি। ...বেদ পণ্ডিত ওইনা ফংবা তলবতগী হেন্না শেম্ছোক লৈজা মহাক্না মীযামগীদমক মতম, পাঙ্গল, পৈশা চাদিং তৌদুনা পুন্সি লেনা মহাক্না মীযামগী যাইফনবা তৌবীবস্না থবকশিং অদুদি কুইব-কুই ... নুংশবা তেনগৎলাক্ল। মীযামগী যাইফবা থম্মোয শেংনা খল্লম্না মীওইশিং খোঙ্গুলনা নোংম-নোংমগী মযেক লাবা হেনগৎলকপগুম ওজাগী খোঙ্গুল নোংম নোংমগী মযেক লাবা হেনগৎলক্লি।*

**যুগেশ্বর বাইখ্বাগী ৱাবোলঃ**

শ্রী লৈতাম্ছেম বাম সিংহগী মবমদা যুগেশ্বর ৱাইখ্বানা মাগী বারেং

**শ্রী লৈতাম্ছেম ৱাম সিংহগী পুন্সি অমসুং লাইবিকশিংদা অখণ্ড-অহৈশিংগী মোং**

**"কবি রাম সিংগী শন্নগ্না পুন্সি ৱাৰী অমসুং মহাক্কী দান"** হায়না মিংথোনবা অদুদা অসুম্না ইবি– *থৌবাল অমসুং মণিপুরগী খা মাযকৈদা শীংথাবা যাবা কবি হায়বগদি শ্রী লৈতাস্থেম বাম সিংহ পনবদা মতীক চায। মণিপুবী সাহিত্যদা অইবসিগী চাউববা দান লৈ। মবম অসিনা মহাকপু মাণপুবী প্রজাশিংনা শকখঙবিবগী তঙাই ফদবা লৈ। ...মহাক্কী মপুং ওইবা শিনফমদি ওজানি। অদুবু মহাক সোসিযেল ৱার্কবনি, ইদুকেস্নিষ্টনি, কবিনি আর্টিষ্টনি। মবমদমগী চাওখৎ-থৌবাং কযাদা হুমাংমল থিদনা মপুন্সি কখোকখিবা মশক্তি। ...শ্রী বাম সিংহ কলা সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যবু যাম্না নুংশিজবা অনাদ লর্মশিং অসিগী লমযানবা মীশক (মাযকৈ অসোমদা) অমনি। পুন্সিগী অযাম্বা শকক্তি লর্মশিং অসিদা কখোক্লম্মী হাযবা যাই। ...মণিপুবী সাহিত্যগী শক্লাইববা লমযানবা অইবশিং– কমল, চাওবা, অঙাংহলনচিংবগী মতংদা খা মাযকৈগী ওইনদি শ্রী বাম সিংহ ঐখোযনা কাউখোকপা চুমদে। মণিপুবগী ইবা মশীং লীক্লিঙৈ মতমদা মহাক্লা তৌবীবম্বা দান থান্না চাউই।*

**মাইবাংথেম বাজেন্দ্র সিংহগী ৱাবোলঃ**

মোইবাংথেম বাজেন্দ্র সিংহগী **"লৈতাস্থেম বাম সিংহগী মপোক থানা শাকপদা"** হাযনা মিংথোনবা মাগী বাবেং অমদা শ্রী বাম সিংহগী মবমদা অসুম্না হায– *শ্রী লৈতাস্থেম বাম সিংহ ফিদম্নীংঙাই ওইববা ওজা অমা ওইখি, কবনি, উপন্যাসকাবনি, সমাজ সংস্কাবক অমনি অদুগা অতৈসু ওইদবা নত্তে। মযনে শৈবেং ইববু কবি। অদুবু শৈবেং ইবা খুদিংমক কবিনি হাযনা লোইনমক হকায খুম্নবদি নত্তে। অদুগুম্না স্কুল, কলেজ অমদি অতৈ মহৈ তম্ফমশঙশিংদা ওম্বীবির্বশিং ওজানি; প্রাইভেৎ ট্যুটবসু ওজানি। অদুবু ওজা খুদিংমক লোইনমক ওজাগী মগুণ চেনবদি নত্তে। ওজানি হায হাযদুনসু লোইনমক মীনা হকাযখুম্নবা নত্তে। কবি অমা ওইবগী তোপ-তোপ্পা গুণ লৈ। লৈবিবা গুণ অসি পাতঙ, হোৎনবা, কখোকপা, লমচৎ শাজৎ, মথৌ খঙবা অসিনচিংবা কযাগী মখা পোল্লি। অপিগুম্বা কযা যেংলুবগা শ্রী লৈতাস্থেম বাম সিংহ মতীক চাববা,*

*মগুণ লৈরবা, মথৌ মশক খঙলবা ওজানি হায়না ইকায়খুম্নখিবা মীশক্রি; ইরন্না লাইরিকশিং... য়েংলগা মহাক কবি অমসু ওইখিবনি। "ওজা রাম সিংহ", "কবি রাম সিংহ" হায়না খঙনখিবনি, ইকায়খুম্নখিবনি।*

মখা তানা শ্রী রাম সিংহবু শীংথাদুনা অসুম্না হায়— *মোমবতি মশা তুমখিবা য়াই মঙালদি পীরম্মী। ওজা রাম সিংহ মশা লৈখিদ্রে, মঙালদি পীবিরম্মী। মৈদি মূৎখ্রগা মঙালসু মূৎখি, মহাপুরুষ ওইরবা মীথোই-মীহেল্লবা মীদি শিখ্রবসু মঙালদি মূৎখিদে ঙাব্দুনা অদুম লৈহৌই। ওজা রাম সিংহ চৎখ্রবসু মঙালদি লৈহৌরি, তুংদসু লৈহৌখিনি।*

**দা. এম প্রিয়ব্রতগী ৱারোলঃ**

দা. মোইরাংথেম প্রিয়ব্রতনা মাগী ৱারেং অমদা শ্রী রাম সিংহগী মরমদা অসুম্না হায়— *"...শ্রী রাম সিংহ পূকচেল শেংলবা ভক্তিগী পূজারী, লাইরিক-লাইশুগী মতাংদা, সমাজগী চাওখৎ খোঙথাংদা, ধর্ম অমদি কলা সংস্কৃতিগী মায়কৈদা মিকূপ অমত্তং পোত্থাবা লৈতনা থবক তৌবিরম্না, অদুগা পূম্নমকসিগী মথক্তা লুব-লুরবা পূক্রিংগী, থৱায়গী অমদি মীওইবগী থম্মোয়গী ওইবা মরীগী লমদা লোইবা নাইদনা সাহিত্যগী খূৎ থাবিবম্না পূম্নমকসি ঙানথোকপা হৌরকই। ...শ্রী রাম সিংহ মণিপুরী সাহিত্যকার অমা ওইনা পুন্সিগী থৌদাং মপূংফানা পাঙথোকলম্না লেখক অমনি হায়বসি শেংই। ইচম চম্না সাহিত্যদা চাংয়েং অমা তৌরম্না নত্তে। য়াম্নমক কম্মিটেট ওইনা সাহিত্যকার অমা ওইনা কত্থোকপগী পাব্দম লৈখিবনি।*

অতোপ্পা ৱারেং অমদা দা. প্রিয়ব্রতনা অসুম্না ই— *শ্রী রাম সিংহ রোমান্টিক কবিনি। পুন্সিনা পীরকপা চৈথেং কয়াগী য়ুম্ফমদা পূক্রিংগী লমদমদা শৈশকপনি। ...তশেংনা হায়রবদা শ্রী রাম সিংহদা অশেংবা কবিত্বগী শক্তি ৱাংনা লৈ। মহাক্কী পুন্সিসু কবিতা অমনি। ...শ্রী রাম সিংহগী উপন্যাস পূম্নমক রোমান্স নোভেল ঙাক্তনি।*

"জাৎ ওনবা" উপন্যাসকী মতাংদা দা. প্রিয়ব্রতনা অসুম্না হায়-

*শ্রী রাম সিংহগী মিংচৎকী চীংদোলদি মহাক্কী উপন্যাস "জাৎ ওনবা" না পুরকখি। উপন্যাস অসিনা অইবগী মিং অমদি পুন্সিগী ৱাংমদা কুইনা লৈখি। মতম কুইনা শাবি-শানৌশিংগী মোলাংখাগী লাইরিক ওইখি।* উপন্যাস অসিগী ৱারীগী মতাংদা দা. প্রিয়ব্রতনা অসুম্না হায়– *"হৌবদগী লোইবা ফাওবা লীশাং শীংনা, পরীং নাইনা পরম্পরাগী মওংদা চত্থরকই। ইন্টেনসিটি অমদি সসপেন্স মতাং চানা মরাং কায়না হাপ্পী। মফম, মতম অমদি ৱারীগী থৌদোক পরীংশিংগী চূশিন্নবা ফজবা থেংনৈ। পূম্নমকসিগী মথক্তা উপন্যাসকারগী ভিজন, অচেৎপা থাজবা অমদি লেঙদ্রবা থৌনাগা লোয়ননা শাগৎলকপদা তশেংনা মায পাকই। শ্রী রাম সিংহ য়াম্নমক কোন্সস ওইবা, য়াম্নমক চেকশিনবা উপন্যাসকারনি। সমাজ বিদ্রোহিগী শক্তম লৌদুনা থারক্লিবা খূৎথা অসি দোশ যাওহন্দনবা উপায় অমদি যুম্ফম কয়াদা তত্তনা ঙামথৈ। ...চবিত্র যেকপদসু শ্রী রাম সিংহগী হৈশিংবা য়াম্না লৈ। মপুং ওইরিবা নায়ক নায়িকাগী নুং-পাল অনীমক্তা চেনগদবা পূক্লিং অমসুং পাঙ্গলগী থৌনা মরম চানা, খন্থবগী শক্তি থাৎহন্দনা শাগৎলকই। ...শ্রী রাম সিংহগী উপন্যাস অসি রোমান্স নোভেলনি। ...অঙাংহলগী কুঞ্জো অমদি জহেরাগী পোলোই; শীতলজিৎকী ইম্বোকপগী সমাজ অদুদগী মাঙলোমদা চঙশিল্লম্বা শ্রী রাম সিংহগী খোজ্জেনি। মহাক্কী সাহিত্য মণিপুরীশিংগী থম্মোয়দা ভাগ্য-বিধাতা লাউথোক্লম্বা লাইবাউনি। ..পূম্নমকসিগী মথক্তা উপন্যাস অসিদা মণিপুরগী লম্মিৎ-তুম্মিৎকী মফম-মতম শৈথারকপদা চূননা চঙখোনবা, মণিপুরগী চীং-তমগী নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবগী ফজবা লৈখোন অমসু তত্তনা লংলা অমা ওইনা পুশিল্লি। ...পূম্নমক অসিনা 'জাৎ ওনবা' মণিপুরী সাহিত্যগী তোপ-তোপ্পা গুণ কয়ানা লৈতেংলবা উপন্যাস ওইনা লৈরক্লি। লৈহৌবগনি।"*

**দা. কে শান্তিবালাগী ৱারোলঃ**

দা. কে. শান্তিবালানা **"লৈতাম্থেম রাম সিংহগী শৈরেংগী লোল অমসুং ষ্টাইল"** হায়না মিংথোনবা মাগী ৱারেংদা অসুম্না ইরি– *মণিপুরী*

স'হিত্যদা বাম সিংহবু মশেক-মঙ'ল নাইহনখিবাদ মহাক্কী উপন্যাস "জাৎ ওনবা" (১৯৫৪) হাযবসিনি। মীওইবগী নহা ওইবিঙৈগী খোঙচৎত শাবি-শানৌগী নুংশিবদি অকনবা ঈচেল ওইনা চেঙ্থবক্লিবনি, ঈচেল অসিবু থিংলুবা ওইথোক্কবনি; সমাজগী চৎনবী ফাওবা নাথৈদুনা চেনগদৌবিবনি। ব্রাফম অসি ফোঙদোকপদা মহাক্কী থৌনা যাওবি। মতম অদুগী সমাজদা মহাক্কী "জাৎ ওনবা" শীংনবা অমনি। থৌনা অসিমক মাগী শৈবেংশিং অসিদা মতাং চানা ফোঙদোক্কুনা শাৎকাযহল্লি। ... "ব্রাখলগী লৈকোল" দা যাওবিবা শৈবেং ২৪ অমদি "ছৈবেং অনৌবা" দা যাওবিবা শৈবেং ২৮ পূন্ন ৫২ অসিগী মনুংদা শৈবেং অযাম্বদি নুংশিববু শৈথাবনি। ...হ্যমেনিজমগ ব্রাখল চেনবা কবিনি। অফবা চাওখৎপা সমাজ অমগী মঙ মঙখিবা বা. সিংহান, অনৌবা ভাবত অমা শেমগৎলম্বা বাজা বামমোহন বোয, ঈশ্ববচন্দ্র বিদ্যাসাগবনচিংবা লুচিংবশিংগী খুদুং লীজনীংবা অইবনি। অদুনা প্রোগ্রেশপ ওইবা খুৎই মখল অমা মাগী শৈবেংশিংদা মকা লান্না ফোঙদোক্লম্মী। মঙ উৎপা খুৎই অসি মকুওইনা নুপীশিংদনা হেন্না মীৎযেং থমদুনা ইবম্ম ...বোমান্টিক কবি অমা ওইনা পুন্সিবু লাম্থেংনবদা, নুংশিবগী মৈচাক খাঙদ. সমাজগী চৎনবীবু মাযোক্লবদা কবিগী থৌববা থৌনা শীজিন্নখিবগুম মবৈব নুংশিজবা ফোঙদোকপা শৈবেংশিংদসু থৌনা অসি উবা ফংই। ..শৈবে খবদি শৈশক পান্দুনা ঈশৈ ওইনা শকপা যানবা মওংদা ... ইবম্বসু যাওব ...ছন্দগী মশক কাযদনবা শেন্মী। বাম সিংহগী শৈবেংশিং অসি সমাজগ অওনবা মবক্তা অবংবা প্লান্স শাগৎতুনা শেমগৎনীংবগী ইঙ্গিৎ যাওই খজিক্কুং হেনজিনখিদুনা পাউতাকলোমদা চৎপা খবসু থেংনৈ। .. শৈবে কযাদ "চৎনবী" হাযবা বাহৈ অসি হাপ্তুনা মতম অদুগী ওল্লক্লিবা সমা অদুদা অপাবশিংবু পুনবা হোৎনৈ। মহাক্কী লোলনা, খুৎফোঙদোক্লা অপাশ আশাগী লৈবাং থন্না শাৎলব লৈকোল অমদা পোখাহল্লি। . .কবি সিংহদি হোৎনবা কনবা, ঈশ্ববু থাজবা মীশাক্ল। সমাজনীতিবু যাজৈ. মত

*চাত্রবদি শেমদোক্লীংবগী ঈহুল শাফোঙলকই। ছন্দগা ভাবকা নিংথীনা তিন্নবা কবিতাবু অফবা কবিতা কৌনৈ। রাম সিংহদা অনীমক য়াওরি।*

**নোংমাই পণ্ডিতকী ৱারোলঃ**

শক্লাইরবা অইবা নোংমাই পণ্ডিতনা মাগী ৱারেং **"থৌবালগী লৈতাম্থেম রাম সিংহ ঃ 'জাৎ ওনবা' ইবা রাম সিংহ"** হায়বসিদা রাম সিংহ অমসুং "জাৎ ওনবা" গী মবমদা মহাক্কী মোত ফোঙদোক্নুনা মখাগী ৱারোল অসি য়াওনা ইরি—

*"ঐঙোন্দা তশেংনা নুংঙাইজরিবদি রাম সিংহগী পুন্সি অসিনি। মাগী পুন্সি অসিদি য়াম্না নুংঙাই অমসুং নুংশি। কখোকপতনা থল্লবা পুন্সি অমান। থৌবাল মায়কৈদা শিক্ষাগী মঙাল ফংনবা হোৎনজখিবা সমাজ সেবক অমনি। ফিদম্লীংঙাই ওইরবা ওজা অমনি। মাগী পুন্সিনা মাগী লাইরিকশিংদগী হেন্না নুংঙাই মাগী পুন্সি নীংশিংলুবদা হকচাং অসিং তগৎ-তগৎ তেকখৎলকই। ...ক্লাস নাইন ফাওবদমক পাস তৌখিবা, চহী ৩৫ লৈতাম্থেম কাহ্নাই গার্লস এল. পি. স্কুলগী হেদ পণ্ডিত ওইখিবা রাম সিংহ (১৯২৩-১৯৭৯) না থৌবাল মায়কৈদা শিক্ষা চাওখৎনবা তৌরম্বা থবকশিং ঙসি ফাওবা শোন্নবি। মহাক অফবা ওজা অমা ওইবগীদমক নেসনেল অমসুং ষ্টেট এৱার্দ ফংখি। গান্ধী নীতিদা হিংখিবা ফিদম্লীংঙাই ওইবা মীশক অমনি।"*

অসুম্না শ্রী রাম সিংহগী পুন্সিগী ৱারম খরা পীবগা লোয়ননা মখা তনা রাম সিংহগী থম্মোযগী অপাম্বা য়াওনা "জাৎ ওনবা" গী মতাংদসু মখাগী ৱাবোল অসিসু ইরি—

*...মপুং ওইনা বাম সিংহ উপন্যাস ইবা অমসুং কবি অমনি। থোইদোক্লা মামং চৎপদি উপন্যাস ইবা অমা ওইননি। মদুসু "জাৎ ওনবা" ইবা রাম সিংহ হায়বগা খণ্ডনৈ। রাম সিংহনা "জাৎ ওনবা" ইদুনা ফোঙলিবা মতম খৃ. কুম ১৯৫৪ অসি য়াম্না মক ওই। মতম অসিদা মমিং চৎপা উপনাস ইবা য়াম্না লৈত্রি— কমল, চাউবা, শীতলজিৎ নত্তনা। লাইরিক পাবা*

মী যাম্না লৈত্রি। রাম সিংহ মশামক সাহিত্যগী এ.-ন। যাম্না খঙবা, নৈনবা মীশক নত্তে। উপন্যাস হায়বা কলা অসি কবিনো, কবম্না ইগদগে খঙজবা অইবা নত্তে। মঙোন্দা প্রতিভা লৈবগী, মঙোন্দা ফাওবকপা ঈথিল খবা যাম্না চম্বা, লৈতেং থোইনা যাওদবা লোলদা ফোঙদোক্লনা ইজবনি। মান লৌখৎলিবা সমস্যা- রামনগা মৈতৈগা লৌনবা যাদবা, সমাজগী চৎনবী অসি মতমদুদা ফোঙ-ফোঙ শাবিবা রাফম অমনি। মানা লৌখৎলিবা সমস্যা অসি পূক্লীং চিংশিন্নীংঙাই ওই। ...রাম সিংহদি ধর্মগী খেন্নবা মীৎযেং, জাৎ বিজাৎ খায়বা পামজদবা অইবা অমনি। মাদি তাইবঙ মীওইবগী ভেল্যুজদ থাজে। চীং-তম অনী অমত্তা ওইবা মবী থম্বা পামজৈ। নুংশিবগী মবীদ শাগৈ-জাৎ খায়বা পামদে। মসিগী চৎনবীগী পল অসি নমখায়বা পামখি মানা সমাজদা পাবা অমা তম্বীবা পাম্মী। অদুনা অরাবনা লোইহন্দুনা অপাবশিংদা অরাবগী মৈচাক অসি ফাওহনবা পামখি। মাগী ফজববা, অরাংক বাখল মীৎযেং অসি কলাগী ফজবা খূৎশেম অমা ওইনা শেমগৎলকপ ঙমদে। সাহিত্য কলাদদি ফোর্মগা কন্তেন্তকা মান্নহন্দবা যাদে, অনী অসি মান চানহনবা ঙমদে। "জাৎ ওনবা" দা. কমলগী "মাধবী" গা চাংদম্নবা যাবোই "মাধবী" না যাম্না হেল্লি। চাউবগী "লবঙ্গ-লতা" অমদি শীতলজিৎক উপন্যাসশিংগা চাংদম্নবসু যাবোই "জাৎ ওনবা" না যাম্না নেম্না লৈ। মতম অমদা যাম্না নুংশিববা রাবী অমা ওইনা পানখিবনি। হৌজিক্কী মতমদা পাবদ রানা থোকই "জাৎ ওনবা"। অদুবু "মাধবী", "জহেবা", শীতলজিৎক উপন্যাসশিংদি হৌজিক মতমদা পাবদসু নুংঙাইবি। মতম অমদা ফোং লাউন ঙানখিবা উপন্যাস অমনি "জাৎ ওনবা"। মসিদা মতম কুইনা ঙান্দুনা লৈগদবা থাউ যাওদবদগী মাগী মতম লোইবগা মূৎখিবনি। কনাদসু তাইনগদবা নত্তে, তুং কোইনা পুস্সিগদবা কলাগী ওইবা মচাক খবা হাপ্পা ঙমদ্রবদ সাহিত্যগী খূৎই অযাম্বা মতম খবা লৈবগা শিখিবা ঙাক্তনি। "জাৎ ওনবা" অসি হিন্দী নৎত্রগা ইংবেজীদা হন্দোক্লগা মপালগী অখঙ-অহৈশিংগী মোং

*লৌদুনা য়েংবদা নুংঙাইরবা অমদি অচুম্বা পাউখুম কয়া ফংগনি নীংঙি। "জাৎ ওনবা" মতম অমদা মমিং যাম্না চৎখিবা উপন্যাস অমনি অদুগা অচৌবা উপন্যাস অমদি নত্তে। অদুগা মমিং চৎপা হায়বা অসিগসু অফবা সাহিত্যগী খুৎশেমগসু য়াম্না খেন্নে। মমিং চৎপা খুদিংমক অফবা সাহিত্যগী খুৎই ওইদে। অদুম ওইনমক "জাৎ ওনবা" না খৃঃ কুম ১৯৫০ গী মতম্না কোল্লিবা মতমদা, মণিপুরী সাহিত্যগী উপন্যাসকী লমদা মফম অমদি কন্দুনা লৈখি হায়বা অসিমদি কনানসু য়াদবা ঙম্লোই।"*

**লোংজম জয়চন্দ্রগী ৱারোলঃ**

শক্লাইরবা অইবা শ্রী লোংজম জয়চন্দ্র সিংহনা মাগী ৱাবেং **"লৈতাঙ্থেম রাম সিংহগী উপন্যাস"** হাযবসিদা রাম সিংহ অমসুং মাগী (রাম সিংহগী) উপন্যাসশিংগী মরমদা ইবা অদুদা মখাগী খরা অসিসু য়াওরি—

*"...লৈতাঙ্থেম রাম সিংহ মণিপুরী সাহিত্যগী উপন্যাস ইবশিংগী পরিংদা কাউবা যাদবা মীশক অমনি। ক্লাস নাইন ফাওবদং তমখিবা, ওজা ওইনা পুন্সি লেনখিবা, নহা ওইবিওঁদগী হৌনা কলা-সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যবু হক্লা নুংশিজখিবা, শৈরেং অমসুং উপন্যাসতা মকওইবা সাহিত্যগী খূদোল তৌবম্বা নুপা অসিবু ঙসি মণিপুরী সাহিত্য নৈনবশিংনা কাউফম থোক্তে। লৈতাঙ্থেম রাম সিংহবু ঙসি মকওইনা নীংশিংনরিবদি মহাক্না তাঙনা খূদোল তৌরম্বা উপন্যাসশিং অসিগী মপাললনি। মখোয়শিং অসি মশীং য়ামদে, অদুবু মশীং য়ামদবা মহাক্কী উপন্যাসকী চেনাশিংনা শাবি-শানৌ কয়াগী থম্মোযবু চেৎহনবা ঙমখি, লোন্না অমসুং ফোংনা পাখং ওইবশিংনা নুংশিবী শানৌশিংগী খূৎতা খূদোলপোৎ ওইনা তমখি, ফিশাখোঙদা পাদুনা তাহনখি, মহাক্না যেক্লিবা নাযক-নায়িকাশিংগী মরাইবক্তা পি শীন্থনা কপমিন্নখি। ...রাম সিংহগী উপন্যাসশিং অসি মশীংদা য়েংলুরবদি যামদে। মহাক্কী উপন্যাসশিং পীকই, চেনা মশীং য়ামদে, লোল অমসুং ষ্টাইল ইচম চম্মী। অদুবু হায়ফম খঙদবা লীচিং অমনা পুদুনা অপাবশিংবু মহাক্কী উপন্যাসকী লাংদা থুকদবা ঙমদে।*

...মহাক্কী ফিজেৎ-চাকচা, মীৎ: ং-নায়েং অমসুং শক্লা নত্তে মহাক্লা ঐখোয়গী থম্মোয় হুরিবসি।

অইবা অসিগী অপাকপা মীৎয়েং লৈ হায়বসি মহাক্কী উপন্যাসশিং অসিনা লেঙদ্রবা প্রমাণনি। মঙোন্দা ধর্মগী, জাতিগী, অচৌ-পিশক্কী খেন্নবা লৈখিদে। মীগা মীগা খেন্নবা লৈতে হায়বসি মহাক্কী ৱাখল্লোন্নি। মসিগী হকচিনবা হ্যুমেনিজমগী ৱাখল অসি মঙোন্দা চাউনা ফাওখি। 'জাতিগী অপূনবগী মশক' অসি যাম্না ঙন্না মহাক্কী থম্মোযদা মমি তাখি। পরিং অসিদা মহাক্কী উপন্যাসশিং শাগৎনবা হোৎনখি। চীং অমসুং তমগী খোঙবান্দা শাগৎখিবা মহাক্কী উপন্যাসশিংনা পীবিবা পাউজেলদি ইচম চম্মী, পোকফম শাৎফম্না মীগী মচু লেপকদবা নত্তে, থম্মোয হাংদোক্লুনা যেংউ, মদুদা তগুপ তগুপ ঙাল্লিবা মীওইবগী ৱাখলগী লংলা অদুদা নুংশিবা অমসুং চান্নবগী লিক্লগী পবেং শেমগৎকদবনি। কয়াদা চম্না অমসুং থোৎনা শাৎকাযবাক্লিবা মহাক্কী ৱাখলগী লৈনানি।

শ্রী বাম সিংহগী "জাৎ ওনবা" হায়বা উপন্যাসকী মতাংদা অমুকসু শ্রী জয়চন্দ্র সিংহনা অসুম্না ইবি—

"মতম অমদা মণিপুরী সমাজদা মৈতৈ-বামন... মৈতৈ-চীংমীগী মবক্ত চাবৌ-মৌবৌনবা অসি অথিংবা কয়া লৈবর্ম্মা, যাবমদে, সমাজনা ইস্থোক্লম্মী। মসিগী পল অসি নমখাযদুনা চৎলুবা শাবি-শানৌশিং মীৱা-মীশা লাংদুনা, পুক্সি পিখম্লনা লেনখি। চৎনবী অমদি অথিংবা অসিগী মাযোক্তা কনানসু থৌনা ফনা চৎলুবা ঙমখিদে। ...চৎনবী অসিবু উকবদা থম্মোয শোকখিব। বাম সিংহনা মীশিংগী ৱাখল খবদং ওইববসু হোংলক্লবা হোৎনদুনা মহাক্ক উপন্যাসকী বাবী অমসুং চাবত্র শেমদুনা চৎনবী অসিগী মাযোক্তা প্রোটেস্ট তৌখি। 'জাৎ ওনবা' হাযবা উপন্যাস অসি মতম অদুগী সমাজদা চৈেং পীখবা অচৌবা প্রোটেস্টনি।"

নবকিশোর অমসুং যামিনী পোক্লফম লমদম থাদোক্লুনা লোইবী চীং

শ্রী লৈতান্থেম রাম সিংহগী পুক্সি অমসুং রাইবিকশিংদা অখঙ-অহৈশিংগী মোৎ

জাৎ ওন্দুনা লৈখ্রে। নুংশিবগী কল্লবা লংলা সমাজগী অথিংবা পলগী খূৎনা থদৎপা ঙমখিদ্রে। মখোয়না অনী নুংশিবগী কল্লবা লংলানা মখোযগী থম্মোয লিক্লুবু ফজনা লেংখিবা মবন্না মখোয চীংনুং-মনুংদা লোৎতুনা পুন্সি লেনবা ঙমখি। মতম কযাগী তুংদা মখোয মশক লোৎতুনা নুংশিববা মপাম লমদমদা লাকই। মমা-মপা, মরূপ-মপাং মশক খঙহন্দনা উনখি। মসিদা অপাবশিংনা চৎনবীগী শম্বলবু তুক্কচনা যেংখি। মসিবু শ্রীজযচন্দ্র সিংহনা "উপন্যাসকাবনা ঈ থোকহন্দনা পীবম্বা চৈফূনি" হায। শ্রীজয়চন্দ্র সিংহনা মখা তানা ইবি– *"উপন্যাস অসিগী অবোইবা পন্দুপ অসি তশেংনমক থম্মোয কাযনীংঙাইনি। উপন্যাসকাবনা মিংকী পি শীন্থনা শাবি-শানৌগী পুন্সি লৈখোক্তগী থদৎখিবনি। সমাজগী চৎনবীবু শৌগৎলিবা মীওইশিংদা নবকিশোব অমসুং যামিনী অনীনা নুংঙাই-যাইফনা, পুন্সি তোলোযনা হিংবা হাযবসি ওথোক্তবা থবক্নি। উপন্যাসকাবনা মসি খঙনা মখোয অনীবু লম্মখাংদা পুন্সি পিখম্নহল্লগা মখোযগী মীৎ পাঙহন্নবা হোৎনখিবনি। ...ৱাবী অসিনা মতম অমগী মণিপুবী সমাজগী চৎনবীগী মশক উৎপগা লোযননা অইবনা থম্মোযগী অকনবা প্রোটেষ্ট অমা পীদুনা ইনৌ-নৌবা উপন্যাসকী মচল অমা মণিপুবী সাহিত্যদা খুদোল তৌবি।"*

শ্রী বাম সিংহগী অনীশুবা উপন্যাসতি "খঙগনি পোংলোইদা" হাযবর্সিনি। উপন্যাস অসিগী ৱাবীদি নবকিশোব অমসুং যামিনীনা থনম্বা মচানুপা চীংলেনগা নবকিশোবগী মরূপ শ্যামা অমসুং যামিনীগী মতা সখী অনীগী মচানুপী কুমাবীগা নুংশিনবা অমসুং পুন্সি লৈপুন শেম্বা অর্সিনি। উপন্যাস অসিগী মতাংদা শ্রী জযচন্দ্র সিংহনা অসুম্না ইবি– *"...মণিপুব চীং অমসুং তম অনীনা পূনশিল্লগা ওইবা লৈবাক্নি, অনী অসি থোং মান্ননা অমদি খূৎশম্মনা চৎলবা মতমদা লৈবাক অসিগী চাওখৎপা পুবক্কনি। তোখাইনা চৎপগী ৱাখল অসি কাউথোক্তুনা পূন্না চৎমিন্নবা অমদি হিংমিন্নবগী ৱাখল অমসুং মীৎযেংবু পামজখিবা বাম সিংহনা মহাক্কী উপন্যাসকী চেনা খুদিংমক অসিগী ৱাখল্লোন্দা শাগৎনবা হোৎনখি।"*

**শ্রী লৈতাঙ্থেম ৱাম সিংহগী পুন্সি অমসুং লাইয়িবিকশিংদা অখঙ-অহৈশিংগী মোৎ**

শ্রী রাম সিংহগী অহু ওবা উপন্যাস "মীৎয়েং অমত্তং" হায়বসিদা তমগী মৈতে ওফিসার চাওথোইগা লোইবী চনু হাওবী চনুরাগা নুংশিনবা অমসুং পুন্সি লৈপুন ওইবগী ৱারী য়াওরি। উপন্যাস অসিগী মতাংদা শ্রী জয়চন্দ্র সিংহনা অসুম্না ইরি—

*"মহাক্কী উপন্যাস মীৎয়েং অমত্তং হায়বসি চীং অমসুং তমগী মরীদা য়ূম্ফম ওইদুনা শাগৎপনি। অনীশুবা উপন্যাসতা অইবনা চীং অমদি তম অনীগী নুংশিববা মরী অমা শাগৎতুনা চারৌ-মৌরৌনবগী মরী উৎলবসু চীংলেন অমসুং কুমারী অনীমক তমগী মী ঙাক্তনি, মখোয়গী মমা মপাশিংসু তমগী মী ঙাক্তনি। অইবনা মসিদগী হেন্না থোইনা চঙশিনখিদে। তমগী মীওইনা চীংদা শাইদাংলকপগী মচীন-মনাও ওইবগী নিংথীরবা মরী অমদি উৎলি। অদুবু হকথেংননা চীং অমসুং তম অনীগী মরক্তা চারৌ-মৌবৌনবগী মরীদা শাগৎপদি অকোনবগী উপন্যাস অসিনি।*

মহাক্কী ৱারেংগী অরোইবদা সমালোচক অসিনা অসুম্না ইবি—*"উপন্যাস অহুম অসিদা রাম সিংহনা মহাক্না চেৎনা থম্মোয়না থাজবা হ্যুমেন ভেল্যুজবু ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা মসিনা পুম্নমক্কী অথোইবনি হাযবসি নিংথীনা উৎলি। ধর্ম, চৎনবী অমসুং জাৎ-বিজাৎকী ৱাখলনা মীওইববু খুরৌ চেলহনবা ওইফম থোক্তে। পুম্নমক্কী মথক্তা ৱায়েল্লিবা মীওইবগী থম্মোয়বু ঈরাংফম থোকই হায়না মহাক্কী অকনবা মোং পীখি। রাম সিংহগী উপন্যাসশিং অসি হৌজিক্কী উপন্যাসকী শকলোন্দা মিংশেল থাদুনা য়েংলবদি অৱাংপা কয়া শোয়দনা থেংনগনি। লোন্দা-পুদাদা, ষ্টাইল অমসুং টেক্নিক্তা, উপন্যাসকী শেম-শারবা মচলশিংদা। অদুবু মহাক্কী মতমগী ইনভাইরোনমেন্টশিং অসিসু তরাইনা লৌফম থোক্তে। মহাক মিসন অমা পুরগা লাকখিবনি, মদু মহাক্কী উপন্যাসশিংনা কাইদোং ওইরগা নিংথীনা মায় পাক্না পীনবা হোৎনখি।*

**দ. শরতচন্দ্র লোঙজোম্বগী ৱারোলঃ**

শক্লাইরবা সাহিত্যগী সমালোচক দা. শরতচন্দ্র লোঙজোম্বনা শ্রী রাম

সিংহগা মরী লৈননা ইবা মাগী ৱারেং অমদা শ্রী লৈতাঙ্থেম রাম সিংহবু রোমান্টিক কবি অমদি রোমান্টিক উপন্যাসকার অমা ওইনা হৌরক্লগা ইজম অসিদা পুক্নি লোমখি হায়না পনবগা লোয়ননা অসুম্না হায়— *শ্রী রাম সিংহগী জাৎ ওনবা, খণ্ডগনি পোলোইদা, মীৎয়েং অমত্তং হায়বা উপন্যাসশিং অসি মমিং তোঙান-তোঙান্না থোক্লবসু উপন্যাস অহুম অসিগী মপূং ওইবা শক্তমদি উপন্যাস অমখক্তংদগী শমথরকপা ঈচেলনি হায়না লৌবা য়াই। মণিপুরী সাহিত্যদা ইহান হানবা কবি রাম সিংহগী ত্রিলোজিদা শাগৎপা উপন্যাস কবি অসিগী অহানবা ফোঙবা ত্রিলোজিগী অহানবা শরুক ওইরিবা উপন্যাস "জাৎ ওনবা" মতমদুগী মীয়াম্না পাম্নখিবা শীংথাবা য়াবা তাঙনা থোকপা উপন্যাস অমা ওইখি। হিজম অঙাংহলগী "জহেরা" (ফোঙবা ঃ ১৯৬৪) ফোঙগদবা চহী ১০ গী মমাঙদা রাম সিংহগী জাৎ ওনবা মণিপুরীশিংনা খঙনা হৌখ্রবনি। অঙাংহলদি রাম সিংহগী মতুংদা মমিং লৈরকখিবা উপন্যাসকারনি। রাম সিংহদি মণিপুরী সমাজদা লালহৌ অমগা লোয়ননা চঙশিল্লকখিবা লিটরেরী এক্টিভিষ্ট অমনি। রিফোর্মিষ্ট অমনি। অঙাংহলদি মায়থীখি। কুঞ্জোনা জহেরাবু হাৎহনখিবসিনা মুস্লিম সমাজনা অঙাংহলবু মখোয়গী সমাজদা খক লৌশিনবা ঙমখিদে। রাম সিংহদি চীংমী-তম্মী অনীমক্লা, মৈতৈ-বামন অনীমক্লা ঙসিদি তবাম্না ওক্লি-একটাগী আমৃত চাইথরক্লি মফম খূদিংমক্তা। ...উপন্যাস অসিনা মতমদুগী সমাজদা অওনবা অমা পুরক্লবা লম্বী থিখি, মায় পাকখি। ...মহে য়ানখিবা রাম সিংহনি। তুংলমচৎকী শাংলবা লম্বী অদু খঙখিবা, মীৎয়েং শান্না উখিবা, তুংগী পোরম অমা কাঙবা হৌরম্বা বাম সিংহগী "জাৎ ওনবা" নি। রাজকুমার শীতলজিৎকী ৱারীমচা "ইম্থোকপা" গা নকশিন্নে মীৎয়েং মান্নে হায়নীংই। অঙাংহলগী "জহেবা" গদি নকশিন্নবা খক ঙমদে তোঙান তোঙানবা লম্বী অমমমদা চৎখিবদৌনা অপাবশিংগী থম্মোয়দা ফাওবকই।"*

শ্রী লৈতাঙ্থেম বাম সিংহবু বোমান্টিক কবি অমা ওইনা শীংথাবগা

লোয়ননা দা. লোঙজোম্বনা শ্রী রাম সিংহ্ অমসুং মাগী শৈরেংশিংগী মরমদা মখাগী ৱাবোল অসি পীরি–

"...কবিগী কলমদগী তাঙলবা সাহিত্যগী বিধা (genre) অনীখক খুদোল তম্নীরম্মী– উপন্যাস অমদি শৈরেং। ...রোমান্টিক কবি অমা ওইনা মণিপুরী সাহিত্যদা ফিদা অমা লৈরবা কবি রাম সিংহগী পোইটিক অস্পেক্ট– মীৎয়েং অহুমখক্তা শন্নপ্লা মশক লেপ্পবা হোৎনজরি। 'নুংশিবগী মশক', 'পুন্সিগী দর্শন' অমদি 'মরৈবাক নীংবগী ৱাখল্লোন'। ...রোমান্টিক কবি খুদিংমক নুংশিবদা ঙাওই। নুংশিবগীদমক্তদি পুম্নমক কখোকপদা চিংনবা লৈতে। ...নুংশিব কায়নবদা কপ্পী, থম্মোয় শোক্লা তেংথাবা ঙম্মী। ...মৈতৈগী রোমান্টিক কবিশিং... নুংশিবগী মগুণ খঙই। নুংশিবগী মশক লেপ্পা ঙমই। ...মৈতৈগী রোমান্টিক কবিশিংনা উবা ঙম্লমদ্রবা নুংশিবগী সংসার অমবু মশক মুন্না খঙখিবা কবিদি রাম সিংহ মথন্তনি। দা. শরতচন্দ্র লোঙজোম্বনা রাম সিংহগী শৈরেং খরা– অরোইবা অহিং, নীংবা কায়বা, সমাজগী রুঁহি ঙাক্তবা, সমাজদগী লাপথোকপা, যৌবনগী অযুক্তা অসিনচিংবা খবগী ৱারোল পীরবা তুংদা অসুম্না হায়– ইচম চম্না, লৈশি লৈথোনবা য়াওদনা ফজবা শৈরেংদি– রাম সিংহগী শৈরেংশিংনা ওইরি। নুংশিবগী শৈরেং ইবা কবি অমা ওইনসু রাম সিংহবু মশক ভেকপা য়াই। ...মীওইবা অমর নত্তে, নোংমদি শোয়দনা অশিবগী খায়াৎতা চঙখিনি, ...পুন্সিদি যাম্না তেল্লি নীনিগী পুন্সিনি তাকখিবা কবিদি রাম সিংহনি। ...পুন্সিগী দর্শনবু শৈরেংদা ময়েক শেংনা উৎনবা রাম সিংহনা হোৎনবম্মী। মাগী পনবা য়াবা শৈরেংশিং-- পুন্সি খোঙচৎ, পুন্সি যাচঙলকপদা, কনাসু লৈহৌরোই অমদি নক্লা তামখ্রে-নচিংবদা পুন্সিগী দর্শন য়াওরি। শিবা চঙবগী ৱাখল্লোন উৎনবা/তাক্লবা লাক্লরি। ...কবি রামসিংহ মরৈবাক নীংবা, মরৈবাকপু নুংশিবা দেশ ভক্ত কবি অমনি। ...খ্বাইদগী ফজবা শীংথানীংঙাই ওইবা কবি রাম সিংহগী শৈরেংদা উবা মশক অমনা মণিপুরগী লৈহাওদগী শাগৎপা (...) ইম্ফাল লম মযোনগী মতমদুগী

**শ্রী লৈতাম্ছেম রাম সিংহগী পুন্সি অমসুং লাইরিকশিংদা অথঙ-অঁহেশিংগী মোৎ**

মমিং লৈবৰা কবিশিংগী খূৎই অমদি মফেঙদোক্কগী তোঙান্না লৈনবা হোংনবা মতাং কয়া থেংনৈ। মসিনা কবি বাম সিংহগী মশক লেপ্পদা অচৌবা মতেং ওইবি। কবি বাম সিংহদি 'বাম সিংহ' ওইনা লৈফম থোকই। কবি বাম সিংহগী পোইটিক অস্পেক্টশিং নুংশিবগী মশক, পুন্সিগী দর্শন অমদি মতৌবাক নীংবগী বাখল্লোন অসিনচিংবা অসিগী হেন্দোকপা তোঙানবা অস্পেক্ট খবসু পুথোক্কুনা মখা তানা নৈনবা দবকাব ওইবি।

বাবোইশিন ওইনা দা শবতচন্দ্র লোঙজোম্বনা অসুম্না ফোঙদোবকই মণিপুরী সাহিত্যদা বোমান্টিসিজমগী ঈচেলদা উপন্যাস অমসুং শৈবেংগী কলাদা মপূঙ্গি কথোক্লবা বোমান্টিক কবি বাম সিংহদি ইং ১৯৫৫ গী মমাঙদা চাউবা কমল শীতলজিৎকী মতুংদা উপন্যাসকাব অমা ওইনা শক্তাকখিবা অমহিকস কবি অমা ওইনম লাইশ্রম সমবেন্দ্র অমদি এলাংবম নীলকান্তনচংবগী শৈবেং লাইবিকাশং ফোঙদ্রিঙৈদা শৈবেংগী কলাদা চঙ্গাশন্দনা শৈবেং লাইবিক অনী . ফোংদনা মণিপবী সাহিত্যগী সেবা তৌবা ইগ্বর্বনি। শাংলবা চহী ৫০ গী মথক্তা কবি বাম সিংহন মণিপুরী সাহিত্যকাব অমদি ক্রিটিকশিং (মব ওইন মণিপুরী ওজাশিং) না শকখঙাববমদবা অসি মণিপুরী ঐখোযগী লাইবক পীবনি, হিজনবা বাৎপগী চাউববা খুদম অমনি কাবগুম্বা কবি অসিনা ইস্ফালগী পা মযোন্দা পোক্লম্বা তাবগদি মণিপুব সাহিত্যগী সংস্থান অমগী অচৌবা থৌবুবাই অমা ওইনম্বা তাবগদি কবি বাম সিংহগী মমিং মণিপুরী সাহিত্যদা শক্ক শান্নবল্লোইদবগী মবম লেব্রা' মাগী শৈবেং খবা অবাংবা নংত্রগা অনেক থাক্কী মহৈবোর্হশিংগী তম্ন লাইবিক পাঠ্য পুস্তকা শোযদনা যাওবমগদবা"। .. কবি বাম সিংহগী মফম অমা মণিপুরী সাহিত্যদা পীবা তাববদি রোমান্টিক নোবেলিষ্ট অমা ওইননি অমসুং বোমান্টিক কবি অমা ওইননি। ইং ১৯৬০ গী মমাঙগী অইবশিংগী মবক্তা কবি বাম সিংহগী ফদা অমা পীনদা মতীব চাই। ফিদা অমা পীফমস্ থোকই গাযনীই কবি বাম সিংহদি মণিপুবগী খা মাযকৈ ঙাক্লম্বা শোখবব

*মণিপুরী সাহিত্যগী লমজিং ..ঙাক ওইবগ্বা ধ্রুবতাবানি। ...নৈন-নৈনবগা কবি বাম সিংহগী অশেংবা মশক অমা লেপ্পা ঙম্লকখিগনি।*

অতোপ্পা ৱাবেং অমদা দা. লোঙজোম্বনা অসুম্না হায়— *...লৈতাম্বেম বাম সিংহনা... জাৎ ওনবা... ইদুনা শক্তাকপা হৌখি। থৌবাল মাযকৈগী মিংচৎ পুবকখি। ...বাম সিংহ ঙসি কনানসু মাবু খঙবীদে। থিজিনবা মীওই খবনদা বাম সিংহবু নীংশিংবনি।*

শ্রী বাম সিংহ অমসুং মহাক্কী লাইবিকশিংগী মবমদা অসুম্না অখঙ-অহৈ অমদি অইবা কযানা ৱাবেং কয়া ইদুনা ফোঙনবক্কি, খন্ন-নৈনবক্কি। ফোঙনবকখিনি খন্ন-নৈনবকখিগনি। খন্নসি নৈনসি শ্রী বাম সিংহগী মীৎযেং, ৱাখল্লোন, পোখোক, অবদান অসিনচিংবা। অফবমখৈ খনগৎতুনা হেন্না থাগৎলগা তেন্না মগুণ চাউহনগদবা নৎত্রে শ্রী বাম সিংহ। অৱাৎপা অশোযবা কয়া পুথোক্লগা হন্থুগদবা নৎত্রে মাগী মগুণ। বাম সিংহদি বাম সিংহনি। অপাবশিংনসু লেপ্পা যাবে মহাক্কী মগুণ। মতম অমগী মণিপুবগী পাড চে "ঙসি" গী এদিতব শ্রী কৈশাম কুঞ্জবিহাবীনসু অসুম্না হাযবীবম্মী- *পাবীযু, খনবীযু লেখক্কী পূক্লিং/অঙানবা মঙালদা মামসু তাবনি/মল্লবা মমিদা মঙালসু উবান/পাঠক্না খনবীযু লেখক্কী পূক্লিং।* দা. শবতচন্দ্র লোঙজোম্বনসু অসুম্না হায— *ঙসিদি কাব অসিগী মতীক মগুণবু শক্ল-শোন্নবদা মতাং চাববনি অমহিকসু থেঙমল্লবনি হাযনীংই। মখা তানা কবি অসিগী পুন্সি অমদি কবি আসনা খন্বীবম্বা সাহিত্যগী খুদোলশিং (লাইবিকশিং) নৈনবা দবকাব ওইবে, নৈনফমসু থোক্লে। ঐখোযন মখা তানা নৈন-নৈনবগা... মানা পীবপ্পা সাহিত্যগী দর্শন মুন্না খঙবা ঙম্লকখিগনি। অদুবু সাহিত্যকাব কনানদি থৌদাং অসি মাযপুননা যাবিগনি?* অওইবর্মক্লি কাব অসিগী মবমদ খন্ন নৈনবদা চোংথোবকপা সাহিত্যকাব মশাং ৱাৎপগুম তৌবি। বাইটর্স এসোসিযেসন, কর্কচিং; মণিপুব সাহিত্য সমিতি, থৌবালনা কবি অসিগী মতাংদা লৌবিবা থৌদাং পূক্লিং চিংশিন্নীংঙাই ওই। থিজিনসি, খন্নসি, নৈনসি শ্রীবাম সিংহগী অশেংবা মশক লেপ্পা ঙম্নবা।

**শ্রী লৈতাম্বেম বাম সিংহগী পুন্সি অমসুং লাইবিকশিংদা অখঙ-অহৈশিংগী মোং**

## শ্রী লৈতাম্থেম রাম সিংহগী 'জাৎ ওনবা' দা মীৎয়েং অমত্তং

শ্রী লৈতাম্থেম বাম সিংহ শক্লাইববা অইবা অমনি। মহাক কবিনি, উপন্যাসকারনি। মহাক্না মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোন্দা সাহিত্যগী লৈরাং চাব মখল অনী খুদোল তম্বীবম্মী— অমনা শৈরেংগী, অমনা উপন্যাসকী। শৈবেংগী কাঙলুপ্তা *রাখলগী লৈকোল* অমসুং *ছৈরেং অনৌবা* অদুগা উপন্যাসকী কাঙলুপ্তা *জাৎ ওনবা, খঙগনি পোলোইদা* অমসুং *মীৎযেং অমত্তং*। *পুন্সিগী থাবা* হায়না মিংথোনবা উপন্যাস অমা ইবা হৌরম্লগা লোইদনা থনম্মী। মহাক্কী মিং পন্নবকপদা অমসুং নীংশিংনরকপদা মাগী উপন্যাস *জাৎ ওনবা* হেক্তা চোংথোরকই। মণিপুরী সাহিত্যদা মহাকপু মশেক মঙাল নাইহনখিবদি মহাক্কী উপন্যাস *জাৎ ওনবা* অসিননি। মরম অদুনা মহাকপু *জাৎ ওনবা* ইবা বাম সিংহ হায়না খঙনৈ। মহাক মণিপুরী সাহিত্যগী উপন্যাস ইবশিংগী পরিংদা কাউবা য়াররোইদবা মীশক অমনি। মহাক্কী মিংচৎকী চীংদোন্দি মহাক্কী উপন্যাস *জাৎ ওনবা* অসিনা পুরকখি। মহাক্কী উপন্যাস অহুম— *জাৎ ওনবা, খঙগনি পোলোইদা* অমসুং *মীৎয়েং অমত্তং* অসিদা নুংশিনরবা শাবি-শানৌগী অচেৎপা মরী, চীংমী-তম্মীগী মরী অমসুং সমাজ সংস্কারগী রাখল্লোন অহুম

অসি মমি তাই। উপন্যাস অহুম্মক্তা শাবি-শানৌগী অচেৎপা নুংশিনবগা সমাজগী লৌন-লৈনবগী য়াই-য়াদে হায়বগী চৎনবীগা থেংনবা লানগী মতাং য়াওরি। মহাক্কী উপন্যাস পুম্নমক রোমান্স নোভেল ওাক্তনি।

শ্রী রাম সিংহ উপন্যাসকার অমা ওইজরবসু কবি অমা ওইনা থোইদোক হেন্দোক্না শীংথানৈ। অদুনা হায়নৈ ঙাওনৈ *কবি রাম সিংহ*। মাধবী ইবা দা. কমল অমসুং লবঙ্গলতা ইবা খ্বাইরাকপম চাউববু উপন্যাসকার ওইনা হায়নবগী মহুৎতা কবি কমল, কবি চাউবা হায়না শীংথানবগুম জাৎ ওনবা ইবা রাম সিংহবুসু কবি রাম সিংহ হায়না শীংথানৈ। শ্রী রাম সিংহগী শৈরেংশিং মীৎয়েং অহুম— নুংশিবগী মশক, পুন্সিগী দর্শন অমসুং মরৈবাক নীংবগী খ্বাখললোন অসিদা য়েংদুনা মশক লেপ্পা য়াই। মহাক রোমান্টিক কবি অমনি।

শ্রী রাম সিংহনা মাগী শীংথানীংঙাই ওইরবা অমসুং সাহিত্যগী লমদা মহাক্কী মিংচৎকী চীংদোন ওইখিবা উপন্যাস *জাৎ ওনবা* খৃষ্টগী কুম ১৯৫৪ দা ফোঙই। মতম অসি মণিপুরী সাহিত্যগী (মরুওইনা উপন্যাসকী) খোঙচৎতা য়াম্না মরুওইবা মতম অমনি। মতম অদুদা মণিপুরদা মণিপুরীদা ইবা মমিং চৎপা উপন্যাস ইবা য়াম্না লৈত্রি। অদুগুম্বা মতম অদুদা *জাৎ ওনবা* শাফোঙলকখিবনি। *জাৎ ওনবা*-গী মমাঙদা উপন্যাসকী লাইরিক খববুদি লৈখ্রে। ময়াম্না শীংথানরিবা উপন্যাস ইবা লময়ানবশিংদি দা. কমল, খ্বাইরাকপম চাউবা, রাজকুমার শীতলজিৎ মখোয় অসিনি। সাহিত্যগী ইতিহাস নৈনবশিংনা উপন্যাসকী খ্বাফম পন্নরকপদা মখোয়বু হেক্তা শীংথানরকই। অদুবু কনাগুম্বা থিজিনবা মীওই খরা নত্তনা অয়াম্বনা রাম সিংহবুদি হেক হেক চিথবগুম তৌই। নীংশিংগদবদি মতম অদুদা লাইরিক পাবা মী য়াম্না লৈত্রি লোয়নননা পানীংঙাই উপন্যাসকী লাইরিকসু মশীং য়াম্না খ্বাৎলি। অখ্বাৎপা মফমঅসি শ্রী রাম সিংহনা মাগী উপন্যাস *জাৎ ওনবা* ইদুনা খরমখৈদি মেনশিনখিবনি। অদুনা মহাকপু শক্লাইরবা উপন্যাস ইবা অমনি হায়না শীংথানরোইদবগী মরম

লৈত্রা? মহাক মণিপুরী উপন্যাস ইবা লময়ানবশিংগী মনুং চন্দ্রবসু লমযানবশিং অদুগী মতুং নক্লা ইনখিবা উপন্যাসকার অমনি হায়না শীংথানবোইদবগী মবম লৈতে।

অদুগা অমুক খৃঃ ১৯৫০ না কোনবা মতম (১৯৪৯-৫০ দগী ১৯৫৯-৬০) অদুরাইদা লাইরিক পাবা মী য়াম্না লৈত্রি হায়বা যাই। লাইরিক পাবা মী য়াম্না লৈত্রিঙৈ মতম অদুদা *জাং ওনবা*-বু পাগে তান্নবদি মশীং ফনা যাম্মী। *জাং ওনবা* স্কুলগী তম্ন-লাইরিক (টেক্স বুক) নত্তে, মযাম্না আউত বুক হায়নবা অদুনি। অদুনা *মাধবী*-না মশীং হেন্না চৎফম থোকপনি। অদুবু *জাং ওনবা* পানীংনখিবদি *মাধবী* পানীংনবা অদুদগী থোইনা হেন্না হন্থবা ওইখিদে। অনীমক পানীংনখিবা ঙাক্তনি। মশীং যাম্না চৎপগী মতাংদা *মাধবী*-না হেনবদি অমনা তম্ন-লাইরিক ওইখিবা অদুগা অমনা চুম্নগী পানবা লাইরিক ওইখিবা অসিনা মবম অমা ওইখিবনি। *জাং ওনবা* খৃঃ ১৯৫৪ দা অহানবা ওইনা ফোঙবনি। মখা তাবকপদা খৃঃ ১৯৫৯, ১৯৬৩, ১৯৭৯, ১৯৮৮ দা মথংশীংনা অনীশুবা, অহুমশুবা মরিশুবা, মঙাশুবা ওইনা ফোঙখি অদুগা খৃঃ ২০০৯ দা তরুকশুবা ওইনা ফোঙই। মসিনা তাকপদি *জাং ওনবা*-বু পানীংবা মী যাম্না লৈ হায়বসিনি। উপন্যাস ইবা মীওই যাম্না লৈত্রিঙৈ (খবতবক লৈরিঙৈ) মতমদা বাম সিংহনা *জাং ওনবা* ইদুনা ফোঙই, মসিবু মীযাম্না যাম্না পাম্না পানখি। অদুবু হৌজিক্কী সাহিত্য তৌরিবা মীওইশিংনা মণিপুরী উপন্যাস ইবা লমযানবশিংগী মিং পন্নবকপদা মহাক্কী মিং হেক হেক চিখবা যাম্না যাওই।

*জাং ওনবা* অচৌবা উপন্যাসকী লাইরিক অমদি নত্তে, চেনা মশীং যামদে। অসুম্না মাগী অতোপ্পা উপন্যাস অনী অদুসু। অদুবু পীকচববসু লোয়ননা ফোর্মদা, ষ্টাইলদা, অতৈ অতৈ কবি কবিদা কবিগুন্সা অরাংপা লৈ-লাকপা লৈজববসু মাগী উপন্যাসশিং অসি পাকবদা অপাবশিংগী থম্মোয হেক্তা চিংশিল্লি, অদুগা উপন্যাসশিং অদুগী লাংদা হেক্তা থুবগুম তৌই।

হৌজিক হৌজক অইবা উপন কাব কযানা উপন্যাসকী লাইবিক কয়া ইদুনা ফোঙনবে। অদুবু খবা নত্তনা অযান্নদি অপাবশিংগী থম্মোয চিংশিনবা খবা পানা থেংল্লি। অদনা খবা নত্তনা মীযাম্মা পাম্নবা ৱাংলি। অদুবু জাৎ ওনবদি হৌজিকসু মীযাম্মা পাম্নবি। *জাৎ ওনবা* অমসুং মখা তাবকপা *খঙগনি পোলোইদা* লোযননা *মীৎযেং অমত্তং* পাকবদা চুম্না লাইবিকশিংদু পাকবগী নুংঙাইবা অদগী মথক্তা শ্রী বাম সিংহ কবম্না মাশক ওইবম্বা য়াই, মাগী থম্মোয় কবম তাই খঙনীংঙাই যাম্না লৈ। সমাজগী ফত্তবা চৎনবীবু চুমথোক্লীংবা মীশক্লি (সমাজ সংস্কাবক অমনি) হাযবদু খঙবা ঙম্মী। ঈশ্ববচন্দ্র বিদ্যাসাগব অমদি বাজা বামমোহন বোযগী থম্মোয চেনবা মীশক্লি বাম সিংহ। শ্রী বাম সিংহনা *অপাবশিংবু* ভাব *তাহল্লি*, মখোযগী *থম্মোয* চিংশিল্লি। জাৎ ওনবা হৌজিকসু পানীংনবি, মতুংদসু পানীংনখিগনি। তুং কোইনা লৈহৌবগনি *জাৎ ওনবা*।

শ্রী বাম সিংহবু শীংথাবীবা মশীং ৱাংলবসু মণিপুবী উপন্যাস ইবা লমযানবশিং অমসুং মখোযগী খুদোলশিং পন্নবকপদা দা কমলগী *মাধবী*, কবি চাউবগী *লবঙ্গ-লতা*, শীতলজিৎকী *থাদোকপা* অমসুং অতৈ উপন্যাসশিং, বাম সিংহগী *জাৎ ওনবা*, অঙাংহলগী *জহেবা* আসনচিংবা অসিদি কদৌনুংদা চিংথফম অমসুং কাউফম থোক্তে। কমল, চাউবা, শীতলজিৎ, বামসিং, অঙাংহল লৈখিদ্রে; অদুবু মখোযগী খুদোল মাধবী, লবঙ্গ-লতা, থাদোকপা, জাৎ ওনবা অমসুং জহেবাদি লৈহৌবি, লৈহৌখিগনি। মতম লোইবদুনা মোমবর্তিনা মঙাল পীবম্নগা মশা তুমখি। মশা তুমখিবগা লোযননা মঙালসু মাঙখি। অদুবু কমল, চাউবা, শীতলজিৎ, বামসিং, অঙাংহল মশা লৈখিদ্রবসু মঙালদি লৈহৌবি। মখোযগী খুদোল হৌজিকসু ঙাল্লি, ঙালহৌখিগনি। *জাৎ ওনবা* মতম অমদা ফোং লাউনা ঙানখির্বান, হৌজিকসু ঙাল্লি, তুংদসু ঙালহৌখিগনি।



শ্রী [illegible] সিংহগী 'জাৎ ওনবা' দা মীৎয়েং অমত্তং

# শ্রীলৈতাঞ্জেম খাম্বাসিংহগী মচম খরদং

| | | |
|---|---|---|
| পোকপা নুমিৎ | ঃ | পোক ১৯২৩, সেপ্তেম্বর ৭ |
| পোকপম/লৈকোল | ঃ | থৌবাল খাংমা অবা |
| লৈথিরবা নুমিৎ | ঃ | পোক ১৯৭৯, ডিসেম্বর ২২ |
| অপোকপগী মিং | ঃ | শ্রীলৈতাঞ্জেম তোম্বা সিংহ |
| অপোকপীগী মিং | ঃ | লানথেম নীংথৌজা কন্যা দেবী |
| মচীন-মনাও মশীং | ঃ | নুপা ৬, নুপী ২ |
| লোয়নবীগী মিং | ঃ | খাইদেম নিংথৌজা চন্দ্রমণি দেবী |
| অঙাং মশীং | ঃ | নুপা ৪, নুপী ৬ |
| মপুক্তি | ঃ | চহী ৫৬ থা ৩ নুমিৎ ১৫ |
| মহৈগী থাক | ঃ | ক্লাস নাইন |
| শাথাম মুংথান | ঃ | পারুপ তৌবা মবেপ্পা ওস্বা |
| কুচু কুমেন | ঃ | কুলৈ কুচু |
| পামজবা থিজোল | ঃ | যুমগী ইয়োংদা শাবা খাদিগী ফৈজোম অমসুং খাদিগী ফুরিৎ। |
| শিনথম | ঃ | স্কুলগী ওজা (হেড পণ্ডিত, থৌবাল গার্লস এল পি স্কুল) |
| লিংখৎপদা য়াওবা | | |
| তম্ফমশঙশিং | ঃ | ১/ থৌবাল হায় স্কুল (হৌজিক্কী চাওথাইমা হায়াব সেকেণ্ডরি স্কুল), ২/ শোপুলর হায় স্কুল (হৌজিক্কী নিমাইচান্দ হায় স্কুল), ৩/ থৌবাল গার্লস হায় স্কুল (হৌজিক্কী কন্যা গার্লস হায় স্কুল), ৪/ থৌবাল খাংমাতাবা বোইজ এল পি স্কুল, ৫/ মণিশং গার্লস এল পি স্কুল, ৬/ থৌবাল গার্লস এল পি স্কুল, ৭/ থৌবাল কলেজ। |
| মনা মথুম/উপাধি | ঃ | ওঝাশিংদা পীবা *নেসনেল এৱার্ড* (১৯৭৭), ওঝাশিংদা পীবা *ষ্টেট এৱার্ড* (১৯৭৮), *উপাধি পত্র* (১৯৮৮ দা রাইটর্স এসোসিয়েসন ককচিংনা মশা লৈত্রবা মতুংদা পীবা) |
| থবায় য়াওজখিবা থৌরমশিং | ঃ | লৈশৈ, কলা, সংস্কৃতি, সাহিত্য, সমাজগী থৌরমশিং, স্কুল লিংখৎপা। |
| ইরম্বা লাইরিককশিং | ঃ | মশা লৈরিঙৈদা ফোঙবা শৈরেং— ১/ বাখলগী লৈকোল (১৯৫২), ২/ শৈরেং অনৌবা (১৯৫৭)। উপন্যাস— ১/ জাৎ ওনবা (১৯৫৪), ২/ খণ্ডগনি পোলোইদা (১৯৫৮), ৩/ মীৎয়েং অমত্তং (১৯৬১) |
| মশাগী লৈত্রবা মতুংদা ফোঙবা | ঃ | উপন্যাস— পুক্নিগী থাবা (১৯৯৭, ইবা লোইশিন্দনা থন্নবা) |

